| | |
|---|---|
| মরম ওইবা<br>মরম্নি নীংব | মরম+নবা—মরম্নবা ; |
| শক্তম ওইবা<br>শক্তম্নি নীংব | শক্তম+নবা—শক্তম্নবা ; |

অসীনচিংব।

**ওইনবা** খণ্ডনবদগ্ শু মিথ্যৈদা **নবা** নীং তপই।

লম্বী ওইনবা — লম্বীনবা ;

শকফম ওইনবা — শকফম্নবা ;

শাজং ওইনবা — শাজংনবা ;

অসীনচিংব।

**মশক্নক ওইবা** খণ্ডনবদগ্ শু মিথ্যৈদা **নবা** নীং তপই।

থরায় মশক্নক ওইবা — থরায়নবা ;

মৈরি মশক্নক ওইবা — মৈরিনবা ;

মৈবা মশক্নক ওইবা — মৈবানবা ;

অসীনচিংব।

## তজন

**নত্তবা, তৌদবা** খণ্ডনবদা য়াহৈগী শক্লেপ্ত **ত** লক চল্লি।

| | |
|---|---|
| কৎপ নত্তবা<br>কৎপ তৌদবা | কৎ+ত-পা—কত্তবা ; |
| থপ্প নত্তবা<br>থপ্প তৌদবা | থপ+ত-পা—থপ্তবা ; |
| পকপা নত্তবা<br>পকপা তৌদবা | পক+ত-পা—পক্তবা ; |

অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—খোনবুরা, নাতোল্লম্বীনবা ময়েক্ক য় রা অমা মাঙদা লৈরবদি ত দ ওই।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ইবা | — | ইদবা ; | খঙবা | — | খঙদবা ; |
| উবা | — | উদবা ; | পাম্বা | — | পামদবা ; |
| কাবা | — | কাদবা ; | খায়বা | — | খায়দবা ; |
| ফংবা | — | ফংদবা ; | | | অসীনবচিংব। |

# লোন্সেম

অ, ই, খং, ত, পঙ, পুম, ম নচিংবা অসীনা মাঙদা ফম্নগা রাহৈগী মশা মশাগী তাজবা মরোল থৈননীংঙাই মখোয়বু লোন্সেম (উপসর্গ) কৌই।

## অ

তিনবা খঙনৈ।

ফবনা তিনবা — অ+ফবা—অফবা ;

মাঙবনা তিনবা — অ+মাঙবা—অমাঙবা ;

শীনবনা তিনবা — অ+শীনবা—অশীনবা ;

অসীনচিংব।

## ই

কাহেনবা খঙনৈ। ই চল্লবদি ক্ল অনী থোল্লি।

কা হেন্ন কংবা — ই+কংবা—ইকং কংবা ;

কা হেন্ন চাইবা — ই+চাইবা—ইচাই চাইবা ;

কা হেন্ন তনবা — ই+তনবা—ইতন তনবা ;

অসীনচিংব

### খং

খঙহৌদনা তোবা খঙনৈ। মসী চল্লবশু র্ অনী থোল্লি।

খঙহৌদনা কংব — খং+কংব—খঙ্গং কংব;

খঙহৌদনা হাঙৈবা — খং+হাঙৈবা—খংহাঙৈ হাঙৈবা;

খঙহৌদনা তৌবা — খং+তৌবা—খংদৌ তৌবা;

অসীনচিংব।

### ত

হকচিনবা খঙনৈ। ত-তম্ল ব্রাহৈ অনী থোল্লবশু থোল্লি, থোনদ্রবশু তোকই।

হকচিন্ন তেকপা —ত+তেকপা—তদেক তদেকপা, তদেকপা;

হকচিন্ন নৌবা —ত+নৌবা—তনৌ তনৌবা, তনৌবা;

হকচিন্ন পঙবা —ত+পংবা— তবঙ তবঙবা, তবঙবা;

অসীনচিংব।

### পঙ

ইকোম কোম খঙনৈ। পঙ-তম্ল ব্রাহৈগী র্ অনী থোল্লি।

ইকোম কোম্ল চৎপা — পঙ+চৎপ—পঙজৎ চৎপ;

ইকোম কোম্ল চাবা — পঙ+চাবা— পঙজা চাবা;

ইকোম কোম্ল নোকপা — পঙ+নোকপা— পঙনোক নোকপা;

অসীনচিংব।

### পুম

শীৎপ খঙনৈ। পুম-তম্ল ব্রাহৈগী র্ অনী থোল্লি।

শীৎন কংব — পুম+কংব—পুমগং কংব;

শীৎন খণ্ডবা — পূম+খণ্ডবা—পূমখণ্ড খণ্ডবা;
শীৎন চাবা — পূম+চাবা—পূমজা চাবা;

অসীনচিংব।

ম

কাবক খণ্ডনৈ।

কাবক কংব — ম+কংব—মকংব;
কাবক খণ্ডবা — ম+খণ্ডবা- মখণ্ডবা;
কাবক চাউবা — ম+চাউবা—মচাউবা;

অসীনচিংব।

**খজদবা—অ** নত্তবা লোন্সেম অতৈদি **ত**-জনবা রাহৈদগু তশই।

ই+চাইদবা — ইচাই চাইদবা;
খং+তৌদবা — খংদৌ তৌদবা;
ত+খেংদবা — তখেংদবা, তখেং তখেংদবা;
পঙ+খোমদবা — পঙ্খোম খোমদবা;
পূম+চাদবা — পূমজা চাদবা;
ম+ফত্তবা — মফত্তবা;
সুপ+চাদবা — সুপচা চাদবা;

অসীনচিংব।

# লোন্সেম তূমানবা

লোন্সেম লাকপদগী অনীথোনবা রংগী অকোনবদা অতোপ্প অমগু মচৈন্নে। অস্মূম্ন রাহৈ অমদা লোন্সেম অনী চনবা মচনবু **লোন্সেম তূমা-নবা** হাঙ্গনা কৌই।

**ই-ম**

ই+চাবা — ইচা-চাবা—ইচা-ম+চাবা— ইচা-মচাবা ;

ই+থকপা — ইথক-থকপা—ইথক-ম+থকপা—

ইথক-মথকপা ;

ই+নোয়বা — ইনোয়-নোয়বা—ইনোয়-ম+নোয়বা—

ইনোয়-মনোয়বা ;

ই+মাঙবা — ইমাঙ-মাঙবা—ইমাঙ-ম+মাঙবা—

ইমাঙ মমাঙবা ;

অসীনচিংব ।

**পঙ-ম**

পঙ+পাবা — পঙবা-পাবা—পঙবা-ম+পাবা

পঙবা-মপাবা ;

পঙ+ফাবা — পঙফা-ফাবা— পঙফা-ম+ফাবা—

পঙফা-মফাবা ;

পঙ+শাবা — পঙশা-শাবা—পঙশা-ম+শাবা—

পঙশা-মশাবা ;

পঙ+হাবা — পঙহা-হাবা—পঙহা-ম+হাবা—

পঙহা-মহাবা ;

অসীনচিংব ।

**পূম-ম**

পূম+চোইবা — পূমচোই-চোইবা—পূমচোই-ম+চোইবা—

পূমচোই-মচোইবা ;

পূম+ফংবা — পূম্ফং-ফংব—পূম্ফং-ম+ফংব—

পূম্ফং মফংব ;

পূম+শংবা — পূমশং-শংব—পূমশং-ম+শংব—
পূমশং-মশংব ;

পূম+হোবা — পূঙ্খো-হোবা—পূঙ্খো-ম+হোবা—
পূঙ্খো-মহোবা ;
অসীনচিংব।

সুপ-ম

সুপ+মুংশিবা — সুপমুং-মুংশিবা— সুপমুং-ম+মুংশিবা—
সুপমুং মমুংশিবা ;

সুপ+ফংব — সুপফং-ফংব — সুপফং ম+ফংব—
সুপফং মফংব ;

সুপ+মাঙবা — সুপমাঙ মাঙবা— সুপমাঙ ম+মাঙবা—
সুপমাঙ-মমাঙবা ;
অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

# ৱাপূন্নোন

ৱাহৈ মশেল পূনসন্নহনা অমতা ওইনা তাবর ৱাপুন (সমাস) কৌই। মথোয়গী মশক, মপূন অমদি লোনবু য়েংহনা—মপূং ওইনা মিঙ্খেগা মিঙ্খে-গরা মিঙ্খেনবা থোবান (সংজ্ঞার্থক ক্রিয়া) মশেল, মিংহুৎ মশেল অমনা থোংমান্নবা লেপ পূনবা মপূনবু, তুফাং লেপন্নবাই, তুফাং (দ্বন্দ্ব) ; মশীং থঙবা মিংথোনগা মিঙ্খেগরা মিংহুৎকরা পূনবদূবুনা মশীং খৈনবাই, শীখৈ (দ্বিগু) ; শক্লেপকা মিঙ্খেনবা থোবান-লা মিঙ্খে তশেংবরা অমগা মাঙ্গীনা

লিংনা পূনবদুবুনা, শক্লেপ্প মায়রোং ওইনঙাই, **শক্লেপ-মায়রোং** ( **অব্যয়ী-ভাব** ) ; মিঙ্খেগা মিঙ্খেনবা থৌবাল্ল, মিঙ্খে তশেংবরা অমগা নীংথংবনা লিংনা পূনবদুবুনা, নীংনা মরোন থৈনঙাই, **নীঙ্খে** ( তৎপুরুষ ) ; মিঙ্খেগা মিংথোনগরা লাম্বা (উপমা), মচাক (উপকরণ) নচিংবা থংব মিঙথৈ অমগরা পূন অহানবগী শকফম অমা পানবা মপুন্দুবুনা মশক পান্নঙাই, **শকপান্** (কর্ম্মধারয়) ; মিঙথৈগা মিংথোনগরা, মিঙথৈ অমগর, থৌবানগরা অমগা পুন্দুন মশা মশাগী মরোল লোললন্নজ লোন্তোপ অমা পোকপা মপুন্দুবুনা, লোললান্নঙাই, **লোল্লান** ( বহুব্রীহি ) হাঙ্গৈনা মপুংদা **রাপুন**গী কাঙলুপ তরুক তাবা য়াই।

শন্ন পুন্নবা রাহৈশিঙ্গি মশক, মপুন অমদি লোনবু মতুং ইন্না রাপূনগী **তুফাং**, **শীঙ্খে**, **শক্লেপ-মায়রোং**, **নীঙ্খে**, **শকপান** অমদি **লোল্লান** হাঙ্গৈবা কাংলুপ মপুং তরুক থোকই।

রাপুন

| তুফাং | শীঙ্খে | শক্লেপ-মায়রোং | নীঙ্খে | শকপান্ | লোল্লান্ |
|---|---|---|---|---|---|
| (দ্বন্দ) | (দ্বিগু) | (অব্যয়ীভাব) | (তৎপুরুস) | (কর্ম্মধারয়) | (বহুব্রীহি) |

## তুফাং

তুফাংনবা রাপুন্দ মচল ওইবা রাহৈ থোংমান্নে। গা না মচা থাই। রাহৈ মরোলগী অমেঙ-মেঙদ য়েংহুনা অহানবগীনা মাঙদা অকোনবগীনা নীংদ চন্নবনা নম্নি।

মপাগা মমাগা — মমামপা ;
মপাগা মপীগা — মপীমপা ;
নিংথৌগা লৈমগা — লৈমনিংথৌ ;

নিংথৌগা লৈবাক — লৈবাকনিংথৌ
নীপাগা নুপীগা — নুপীনিপা ;
তাগা থাঙ্গ — থাঙতা ;
ইরোইগা শনগা — শনইরোই ;

অসীনচিংব।

অতেনবা ৱাহৈনা মাঙ থাগললি।

নোংশাগা কৈগা — কৈনোংশা ;
হৌদোঙ্গগা হুইগা — হুইহৌদোং ;
চুঙ্গোয়গা থাঙ্গ — থাঙচুঙ্গোয় ;
লৈশাবীগা পাখঙ্গ — পাখংলৈশাবী ;

অসীনচিংব।

খোহ্লাই ন.ঙায়বা য়েংহুনগু চললি।

কৈগা শামুগা — শামুকৈ ;
শামুগা শগোলগা — শগোল শামু ;
য়ুমগা কৈগা — য়ুমকৈ ;
তাগা চুমগা — চুমতা ;

অসীনচিংব।

**খঙ্গদবা—অঙাং** গা **নুপী** গা পুন্সনবদা অহানবগীদা হাললগা অকোনবগী মশক **নুবী** ওই ; অকোনবগীনা হাললগা অহানবগী **অ** মাঙই। **তু** গা **ৱা** গা প.নবদনা **তুৱা** গু ওই।

অঙাঙ্গ নুপীগা — অঙাংনুবী ;
নুপীগা অঙাঙ্গ — নুপীঙাং ;

তূগা ৱাগা — তূৱা / তূমা

মিঙথৈনবা থোৱাল মশেনস্থ তূফাংনৈ। খোঙ্লাই ন্‌ঙায়বা য়েংহুনা তূই।

থকপগা চাবগা — চাবথকপা;

চাবগা শেংপগা — শেংপচাবা;

ফম্বগা লেপ্পগা — লেপ্পফম্ব;

চোংবগা চেনবগা — চেনবচোংব;

অসীনচিংব।

মিংহুং মশেনস্থ পুনসম্নৈ। নঙ অমদি মাগী শকওলশিংন মাঙ থানৈ।

ঐগা নঙ্গ — নঙঐ;

মাগা নঙ্গ — নঙমা;

ঐহাক নহাক — নহাকঐহাক;

মহাক নহাক — নহাকমহাক;

ঐখোয়গা নখোয়গা— নখোয়ঐখোয়;

মখোয়গা নখোয়গা— নখোয়মখোয়;

অসীনচিংব।

ঐ না মাগী, ঐ গী শকওম্ন মা গীশিংগী চানবা পুম্নমক ইননৈ।

ঐগা মাগা — মাঐ;

ঐহাক মহাক — মহাকঐহাক;

ঐখোয়গা মখোয়গা — মখোয়ঐখোয়;

অসীনচিংব।

## শীথৈ

শীঙথৈনবা ৱাপ্‌ন্দ মশীংথঙনবা ৱাহৈনা তাংই; মদোম-থোকপা

ৱাহৈশিংগ চৎমিননৱবদি মতুং থংই। মশীংথঙনবা ৱাহৈ অমা, অনী, অহুমগী অ মাঙই।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| নিংথৌ অমা | — | নিংথৌমা ; | কৈ অনী | — | কৈনী ; |
| মী অমা | — | মীমা ; | শা অহুম | — | শাহুম ; |
| শা অমা | — | শামা ; | | | |

অসীনচিংব।

ৱাহৈগী শক্লেপকা পুললবদি মশীং-থঙবা ৱাহৈনা মাঙ চৎলি, থোক্লবা ৱাহৈনা ঈ না লোইরবগু লোই। অমা, অনী, অহুমগী অ শু মাঙদে।

| | | |
|---|---|---|
| অমা পানবা | — | অমপানবা<br>অমপানবী |
| অনী লোঙবা | — | অনীলোঙবা<br>অনীলোঙবী |
| অহুম ফাংব | — | অহুম্ফাংব<br>অহুম্ফাংবী |
| মরি থোকপা | — | মরিথোকপা<br>মরিথোকপী |
| মঙা তাবা | — | মঙাতাবা<br>মঙাতাবী |

অসীনচিংব।

মশীং-থঙনবা ৱাহৈ মশেন, অমনা মিঙথৈ সা অমনা মশীং-থঙনবা অহুম ওই, পূনসগৈ। মশীং থঙনবহুনা মনীং থংই। অমা, অনী, অহুমগী অ মাঙই। অনী-অহুমগী মমাঙদা চা গী আ হৱিললি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| য়াঙ্খৈ অমা | — | য়াঙ্খৈমা ; | চা অমা | — | চামা ; |
| য়াঙ্খৈ অনী | — | য়াঙ্খৈনী ; | চা অনী | — | চনী ; |
| য়াঙ্খৈ অহুম | — | য়াঙ্খৈহুম ; | চা অহুম | — | চহুম ; |

মশীং অতৈদদি চা অহুম মরৈ।

| | |
|---|---|
| চা মরি — চামরি ; | চা তরুক — চাতরুক ; |
| চা মঙা — চামঙা ; | চাত্রুক ; |

অসীনচিংব।

মহৌশানা অনীচংপা থরার খঙনবা মিঙথৈগী মতুংদা অমা-গী মকম-দা নামা, অনীগীদনা তুমা ওই।

| | |
|---|---|
| উচেক অমা — উচেক্লামা ; | শেম্বাং অমা — শেম্বাংনামা ; |
| উচেক অনী — উচেক্তুমা ; | শেম্বাং অনী — শেম্বাংতুমা ; |

অসীনচিংব।

মহৌশানা অনীনা মশীং সাগনবা পোং অমদি অনী পাশিননগনবা শানচিংবা খঙনবা মিঙথৈগী মতুংদগী অমা-গী মকমদা নামা ওই, অনী-গীদদি পোৎম ওই।

| | |
|---|---|
| ই অমা — ইনামা ; | শল অমা — শল্লামা ; |
| ই অনী — ইপোৎম ; | শল অনী — শনপোৎম ; |

অসীনচিংব।

হকচাঙ্গী কাযাং খঙনবা মিঙথৈগী মতুংদগী অমা-গী-মকমদা নামা ওই।

| | |
|---|---|
| খুৎ অমা — খুৎনামা , | না অমা — নানামা ; |
| খুবাক অমা — খুবাক্লামা ; | মিৎ অমা — মিৎনাম ; |
| খোঙ অমা — খোঙনাম , | শা অমা — শানামা , |

অসীনচিংব।

মিংছংকী মতুংদা অমগী অ মাঙই।

| | |
|---|---|
| ঐ অমা -- ঐমা , | মা অমা — মামা ; |
| নঙ অমা — নঙম , | ঐথোয় অমা — ঐথোয়মা ; |

অসীনচিংব।

অনী হাঙ্গৈবা ৱাহৈনা মতুংদ লৈরবদি ঐখোয়-গী মকমদা ইবা, নখোয়গীদা নবা অমদি নৌবা, মখোয়-গীদনা মবা অমদি মৌবা ওইরবস্থ ওই: অনী গীনা মওং অনীমক্তা অ মাঙই।

ঐখোয় অনী — ঐখোয়নী, ইবানী;

নখোয় অনী — নখোয়নী, নবানী, নৌবানী;

মখোয় অনী — মখোয়নী, মবানী, মৌবানী;

## শরুপ-মায়রোং

শরুপ মায়রোংনবা ৱাপূন্দ মদোম-থোকপা ৱাহৈগা ওইরবশু অসেম্বগা ওইরবশু অমগা শরুপকা পূন্সনবা: অকোনবগীনা মরোল থৈ।

চাবগী শরুক লোইনা — চাবমথৈ, চামথৈ;

থকপগী শরুক লোইনা — থকপমথৈ, থম্মথৈ;

পাবগী শরুক লোইনা — পাবমথৈ, পামথৈ;

অয়ুক্কী শরুক লোইনা — অয়ুক্মথৈ;

নুংথিলগী শরুক লোইনা — নুংথিম্মথৈ;

মিং নত্তবা অতৈ নত্তবা ( মিত্তদি ) — মিংমথৈ;

খুৎ নত্তবা অতৈ নত্তবা ( খুত্তদি ) — খুৎমথৈ;

চাক্কী শরুক লোইনা<br>চাক নত্তবা অতৈ নত্তবা — চাক্মথৈ;

ফিগী শরুক লোইনা<br>ফি নত্তবা অতৈ নত্তবা — ফিমথৈ;

অসীনচিংব।

## নীথৈ

নীঙথৈনবা ৱাপূন্দ নীংথংব ৱাহৈনা চাউই। মাঙথংব ৱাহৈগী

॥ পচিনথিবা রাশৈ (বিভক্তি) নীংথংবগী মরোনন ফায়। রাশৈনা শরুোন তরেৎস্নবনা নীশৈনবা রাপূন অনীস্নবা, অহুমস্নবা, মরিস্নবা, মঙাস্নবা, তরুকস্নবা অমদি তরেৎস্নবা হাঙ্গনা কাংলূপ তরেৎ থোকই।

## নীশৈ অহানবা

নীঙশৈ অহানবদা মাঙথংব রাশৈদা থোবু (কর্তা) গী খুদম থম্লি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ই• হৌবা | — | ইহৌবা ; | ফৌ• মুনবা | — | ফৌমুনবা ; |
| উ• তুবা | — | উতুবা ; | লৈ• শাংপা | — | লৈশাংপ ; |
| কৈ• ঙাওবা | — | কৈঙাওবা ; | শগোল• চেনবা | — | শগোল্চেনবা ; |
| ঙা• চোংব | — | ঙাচোংব ; | তুরেল• লৈবা | — | তুরেল্লৈবা ; |

## নীশৈ অনীস্নবা

নীঙশৈ অনীস্নবদা মাঙথংব রাশৈদা থোশক (কর্ম) গী খুদম বু থম্লি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ইবু ফানবা | — | ইফানবা ; | পনবু নাপ্প | — | পন্নাপ্প ; |
| উবু য়ানবা | — | উয়ানবা ; | লৌবু সূবা | — | লৌস্নবা ; |
| কৈবু চনবা | — | কৈজনবা ; | শীংবু থায়বা | — | শীঙ্খায়বা, শীঙ্গায়বা ; |
| চাকপু চাবা | — | চাকচাবা ; | | | |
| তনবু হৌবা | — | তহ্নৌবা ; | শামুবু তানবা | — | শামুত্তানবা, অসীনচিংব। |

## নীশৈ অহুমস্নবা

নীঙশৈ অহুমস্নবদা মাঙথংব রাশৈদা থোরোয় (করণ) গী খুদম না থম্লি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ইনা কূপ্প | — | ইকূপ্প ; | লীনা লোনবা | — | লীরোনবা ; |
| উনানা থনবা | — | উনাথনবা ; | লূপানা য়োম্ব | — | লূপায়োম্ব ; |

খোঙনা শোয়বা— খোঙশোয়বা; য়োংন তৌবা — য়োংতৌবা;
নুংন থাম্ব — নুংথাম্ব; শীংজংন য়ানবা — শীংজংয়ানবা;
ফক্ন থাবা — ফকথাবা; সানানা হংপা — সনাহংপ;
অসীনচিংব।

## নীথৈ মরিশুবা

নীথৈ মরিশুবদা মাঙথংব রাহৈদা থোয়া (সম্প্রদান) গী খুদম দা থ্ংঙ্গি।

| | | |
|---|---|---|
| কৌক্রুদা কংপ | — | কৌক্রুকংপ; |
| খোরীফাবদা কাবা (কংপ) | — | খোরীফাবকাবা; |
| লাইদা থাবা (কংপ) | — | লাইথাবা; |
| লৈবাক্ত খাঙবা (পীজ-পীথকপা) | — | লৈবাকখাঙবা; |
| সনামহীদা লাংব (কংপ) | — | সনামহীলাংব; |

অসীনচিংব।

**খঙদবা**—লাই, লাইশং লৈবাক্নচিংবা রাহৈ গা কংপ-গা পুনবা রাপুন্দি অনীস্বা, মরিস্বা অনীমক্তা তিলই।

| | | |
|---|---|---|
| লাইদা কংপ<br>লাইবু কংপ | — | লাইকংপ; |
| লাইশংদ কংপ<br>লাইশংবু কংপ | — | লাইশংকংপ; |
| লৈবাক্ত কংপ<br>লৈবাকপু কংপ | — | লৈবাকংপ; |

অসীনচিংব।

## নীখৈ মণ্ডাস্নবা

নীখৈ মণ্ডাস্নবদা মাণ্ডথংব ৱাহৈদা থোখোঙ (অপাদান) গী খুদম দৈ (দগী) খুপ্নি।

কংলাদৈ (কংলাদগী) কুম্ব — কংলাকুম্ব;

খুভমদৈ (খুভমদগী) তাবা — খুভমতাবা;

নোংদৈ (নোংদগী) কুম্ব — নোঙ্কুম্ব;

ফমদৈ (ফমদগী) তোকপা — ফমদোকপা;

লৌদৈ (লৌদগী) কাবা — লৌকাবা;

অসীনচিংব।

## নীখৈ তরুক্সুবা

নীখৈ তরুকস্নবদা মাণ্ডথংব ৱাহৈদা ৱাই (সম্বন্ধ) গী খুদম ০ অমদি গী খুপ্নি।

ই০ মফম — ইফম; | ঈশিংঙ্গী খোং — ঈশিঙ্খোং;
উ০ মরেপ — উরেপ; | খাগী খোঙ — খাখোঙ;
কৈ০ মখোঙ — কৈখোঙ; | ফৌগী কৈ — ফৌগৈ;
চাক০ মহাউ — চাকহাও; | লৈগী চরোং — লৈচরোং;
তু০ মওং — তুওং; | হুইগী কং — হুইগং;

অসীনচিংব।

ৱাপুন্সিদা ঐগী অমদি ঐহাক্কী মফমদা ই, নঙ্গী অমদি নহাক্কী-দা ন, মাগী অমদি মহাক্কী-দনা ম ওই।

ঐগী, ঐহাক্কী ফি — ইফি;

নঙ্গী, নহাক্কী লৌ — নরৌ;

মাগী, মহাক্কী লীক — মলীক।

মথোয়শিংসিগী ময়াম খণ্ডনবশিংদদি অওইনবমক্তি ওইদ্রবগু থোম-জিন্নবমখৈদি মথোমজিন্নৈ।

ঐখোয়গী মা — ঐখোইমা, ঐখোই ইমা;

নখোয়গী মা — নখোইমা, নখোই নমা;

মখোয়গী মা — মখোইমা, মখোই মমা;

**খঙ্গদবা**—নিংথৌলৈবাক, শীংউ, উশীংনচিংবা য়াপুল্লিং অসী মপাম্বোংদ নীখৈ অনীমুবদগু চনবা য়ানা উনা উনা চংনরকপা মরোম তরুকমুবদদা চল্লি।

নিংথৌ ( গুরু ) গী লৈবাক — নিংথৌলৈবাক ( নোংথক );

শীঙ্গী উ — শীংউ;

উগী শীং — উশীং;

নিংথৌগা লৈবাক নীখৈ অনীমুবদা পুল্লননবা তারবদি লৈবাক্ত হাল্লি।

| | | |
|---|---|---|
| নিংথৌগা লৈবাক<br>অমদি<br>লৈবাক নিংথৌগা | — | লৈবাক্লিংথৌ; |

শীং অমদি উ অনী থোংমাননবা লৈবা তারবদি **য়াশম** ( সংযোজক অব্যয় ) **গা**-না শয়রুনা অতুম মরৈ।

শীং অমদি উ -- শীঙ্গ উগা;

উ অমদি শীং — উগা শীঙ্গ।

## নীখৈ তরেৎমুবা

নীখৈ তরেংগুবদা মাওথংব য়াহৈদা থৌফম (অধিকরণ) গী খুদম দা থ শই।

উপুদা চনবা ( হাপ্প ) — উপুচনবা ;
কোক্ত কাবা — কোৎকাবা ;
চীংদ কাবা — চীঙাবা ;
তমদা কূম্ব — তমগূম্ব ;
পাত্ত তাবা — পাত্তাবা ;
য়াক্কোক্ত হীপ্প — য়াক্কোকহীপ্প ;
লৈবাক্ত তাবা — লৈবাক্তাবা ;
শঙদা পানবা ( মিংজনবা ) — শঙবানবা ;
শঙদা কাবা — শঙাবা ;
হিদা তোংব — হিদোংব ;
হিদা য়ৈবা — হিয়ৈবা ;

অসীনচিংব।

## শকপান

শকপান্নবা ৱাপূন্দ মিখ্খেগা মিংথোনগা পূন্সম্নৈ। অকোনবনা অহানবগী তুংইনগনবনা ৱাপূন্দশু নীংথংবনা অতুম মনম্মি। অনীমক ৱাথৈ অহানবা • না থৈ।

থোনফম-মদোম্নবা মিঞ্খে মতুংদা অ গা ৱা-গনা চপ্প মিংথোন মমৈ মকোক থ,পই।

| | | |
|---|---|---|
| উ অশাংব | — | উশাং ; |
| কৈ অচাউবা (অচৌবা) | -- | কৈজাউ; |
| খোই অমুবা | — | খোইমু ; |
| তল অঙাঙবা | — | তনঙাঙ ; |
| ফম অপানবা | — | ফম্বাল ; |
| য়োং অথোবা | — | য়োংথো ; |
| লাং অতৎপ | — | লাংতৎ ; |
| লৈ অকনবা | — | লৈকন ; |

পাং অপীকপা — পাংপীক ; | হি অফোপ্প — হিফোপ ;
অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—লৈ ( মপান ) অমদি লৈশং না তুংওইননা পুঙ্গন্নবা অমুবা-গী মমৈদা মথ্‌ুপ্পি।

অমুবা লৈ — অমুরৈ ;
অমুবা লৈশং — অমুরৈশং।

খোনফম-অনীনবা মিঙথৈ মতুংদদি মকোক্ত মথ্‌ুপ্পি।

তুরেল অচৌবা — তুরেল্চৌবা ;
থম্বাল অঙাঙবা — থম্বানঙাঙবা ;
থরো অঙৌবা — থরোঙৌবা ;
থরো অশংবা — থরোশংবা ;
পুথ্রী অচৌবা — পুথ্রীচৌবা ;
ফীজোল অক্লবা — ফীজোল্লব ;
মায়থোং অমকপা — মায়থোংমকপা ;
লীচৎ অফবা — লীচৎফবা ;
রাঙাঙ অশোয়বা — রাঙাঙশোয়বা ;
শাজং অকায়বা — শাজংকায়বা ;
অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—তোরৈগা পুন্নবা অথেকপা দি মমৈ মকোক থ্‌ুপ্পি।

তোরৈ অথেকপা — তোরৈথেক।

শীজিন্নবা-মরোন্নবা মিংথোনগা শীজিন্ননীঙাই থঙনবা পোংশকী মিথৈগা পুন্নৈ। মিংথোন্ন মাঙ থাই ; মশাগী মমৈ থ্‌ুপই।

| | |
|---|---|
| কানবা ফি — কানফি ; | শেংনবা ফি — শেংনফি ; |
| চানবা হৈ — চানহৈ ; | হুন্নবা লাং — হুন্নবাং ; |
| ফাগ্নবা খুজাই— ফাগ্নখুজাই ; | অসীনচিংব । |

খজদবা—খোনফম-মগ্নিনবা মিংথোন মমৈগী অনী থ়্পই।

ইরুনবা ফি — ইরুফি ;

খোংহাম্নবা শেন — খোংহামশেন ;

চাইথনবা শেন — চাইথশেন ( চাইশেন ) ;

যৈননবা ফক — যৈনফক ( য়েন্নফক ) ;

হকথংনবা ফি — হকথংফি ;

অসীনচিংব।

নীংথিবনচিংব অনা হৌদবা মিংথোন খোনফম-মদোম্নবা মিজ্ঞৈগা পূনসন্নি, মমৈ থ়্পই।

| | |
|---|---|
| মায় নীংথিবা — মায়নীংথি ; | শক লূদবা — শক্লূদ ; |
| মিং মুংশিবা — মিংমুংশি ; | হৈ হাওতবা — হৈহাওত ; |
| শক ফজবা — শকফজ ; | অসীনচিংব। |

ঋাপ্ঃ পোকপা মিংথোন মিজ্ঞৈগা পূনসন্নদে।

জ্বালৈবা মী — জ্বালৈবা মী ;

মী জ্বালৈবা — মী জ্বালৈবা ;

লাইর-চুতংনবা মপোক — লাইর-চুতংনবা মপোক ;

মপোক লাইর-চুতংনবা — মপোক লাইর-চুতংনবা ;

লীচংচুম্ব অভাং — লীচংচুম্ব অভাং ;

অভাং লীচংচুম্ব — অভাং লীচংচুম্ব ;

হুরাঙ্কিন্থীবা নিপা — হুরাঙ্কিন্থীবা নিপা ;
নিপা হুরাঙ্কিন্থীবা — নিপা হুরাঙ্কিন্থীবা ;

অসীনচিংব।

পোচ্চাক থণ্ডবা মিঙ্খৈগা মচাক্তু, চনবা অমদি মদূনা থোকপা পোচ্ছক থণ্ডনবদগুশু পূনসন্নে। অহানবনা মাণ্ড থংই। অনীগী মরক্তা মশানা তাজবা রাতৈ মাণ্ডথংবগী শাগোননবা রাথৈগা কোননা থুপই। অদূনা শক-পাননব রাপূনগী মথল মতা অসিবু লকথুপ-শকপান্ হায়না থণ্ডনৈ।

ইনা কুপ্প য়ুম — ইয়ুম ;
উনা সাবা য়ুম — উয়ুম ;
কোরিনা সাবা চফু — কোরিচফু ;
চেক সাবা থোং — চেক্থোং ;
পিথ্রাইনা হৈবা তেংঙাং— পিথ্রাইতেঙ্গোং ;
লূপানা সাবা খোণ্ডজি — লূপাখোণ্ডজি ;
শেঞ্জেংনা হৈবা খূজাই — শেঞ্জেংখূজাই ;
সনানা সাবা খূদোপ — সনাখূদোপ ;

অসীনচিংব।

রাপূন মথনসিদা পোং-থণ্ডবা মিঙ্খৈগা পোংলমদগী ঙাং ওইবা পোংয়া থণ্ডবদগী পূনসননৈ।

ইশিং হাপ্পনবা খূজাই — ইশিংখূজাই ;
এঙ্খাং হাপ্পনবা থূম্মোক — এঙ্খাংথূম্মোক ;
চেণ্ড থম্মবা কৈ — চেঙ্গৈ ;
ফৌ পৈননবা কোং — ফৌগোং ;

মুক হাপ্পনবা ফূ — মুকফূ ;

শঙ্গোম হাপ্পনবা ভেঙ্গোং— শঙ্গোমতেঙ্গোং ;

খঙ্গদবা—ফূ-গা প্‌নবা ইশিংগা চাক-কগী মফমদা মথংশিংনা ইশাই-গা চা-গা ওই।

ইশিং থিন্নবা ফূ — ইশাইফূ ;

চাক থোংননবা ফূ — চফু, চফু ;

লীক-কা প্‌নবা সনা-গী মফমদা সন অমদি সন্দ ওই।

সনানা সাবা লীক — সনরীক, সন্দরীক ; সন্দ্রীক।

পোংথত্তবা মিথৈগা মদ্‌ পুথোকপা জাং নত্রগা লৈবাক খঙনবদ্‌গম্ভ প্‌নসননৈ।

| | | |
|---|---|---|
| কবোনা সুংব<br>কবোদগী লাকপা | লং — | কবোরং ; |
| তেথাউনা সুংব<br>তেথাউদগী লাকপা | মুগা — | তেথাউমুগা ; |
| ময়াংনা সুংব<br>ময়াংদগী লাকপা | লং — | ময়াংলং ; |
| মৈতৈনা সাবা<br>মৈতৈনা পুথোকপা | ফি — | মৈতৈফি ; |
| সেক্মাইনা সুংব য়ু | — | সেক্মাইয়ু ; |
| হাওনা সাবা ভবোং | — | হাওভবোং ; |

অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—রাপ্‌ন মথল অসী নীথৈ তরুকসুবদম্ভ চল্লি।

| | |
|---|---|
| ইগী য়ুম — ইয়ুম ; | চাকী ফু — চফু ; |
| উগী থোং — উথোং ; | মৈতৈগী ফি — মৈতৈফি ; |
| চাকী কোং—চাক্কোং (চাগোং ; | হাওগী চেং — হাওচেং ; |

অসীনচিংব।

মওং মতৌ মাননবা পোংশক থঙনবা মিষৈ মশেন অমনা **শক্লেপ** (উপমেয়) ওই **অমনা শকপা** (উপমা) সঃ পূনসননৈ। **শকপাননবা** ৱাপূনগী মথল অসীবু, শকপা লাম্বানদুনা **শক্লেপকী শক্তম** পাননঙাই, **লাম্বা-শকপান** হায়না থঙনৈ।

লাম্বা শকপাননবা **ৱাপূনগী শকপা-পাংথক্লবা** (উপমিত কর্ম্ম-ধারয) অমদি **শকপা-শক্তম্লবা** ( রূপক কর্ম্মধারয় ) তায়বা মওং অনীনি। অহানবগীনা গুম্ব, মানবনচিংবা ৱাহৈনা অনীস্কবগী না মক ওইবা, মশক-ওইবনচিংবনা শক্লেপ-শকপা থাই।

## শকপা পাংথক্লবা

| | | |
|---|---|---|
| মায়থোং থা মানবা<br>মায়থোং থা গুম্ব<br>মায়থোং থা পাবা<br>..................... | — | মায়থোংথা ; |
| মিৎস্না থম্বাল মানবা<br>মিৎস্না থম্বাল গুম্ব<br>মিৎস্না থম্বাল পাবা<br>............... | — | মিৎস্নাথম্বাল ; |
| থম্মোই লাইয়ুম মানবা<br>থম্মোই লাইয়ুম গুম্ব<br>থম্মোই লাইয়ুম পাবা<br>..................... | — | থম্মোইলাইয়ুম ; |
| থম্মোই লৈকা মানবা<br>থম্মোই লৈকা গুম্ব<br>থম্মোই লৈকা পাবা<br>..................... | — | থম্মোইলৈকা (থম্মোইলৈকা) |

অসীনচিংব।

## শকপা শক্তম্নবা

| | | |
|---|---|---|
| মায়থোং থা মক ওইবা<br>মায়থোং মশক ওইবা থা<br>.... .... .... .... | — | মায়থোংথা ; |
| শাইনোন লৈবিক্লক ওইবা<br>শাইনোনগী মশক ওইবা লৈরিক<br>.... .... .... .... | — | শাইনোনলৈরিক : |

অসীনচিংব।

শঙ্গদবা—ফীগে-গা সনা-গা অমা থম্বৌ-গা পাম্বোম-গা অমগা পূনসনববদা শকপা ওইবা সনাগা থম্বৌগনা মাঙ থংই।

| | | |
|---|---|---|
| ফীগে সনা মানবা<br>ফীগে সনা গুম্ব<br>ফীগে সনা পাবা<br>.... .... .... | — | সনাফীগে। |
| পাম্বোম থম্বৌ মানবা<br>পাম্বোম থম্বৌ গুম্বা<br>পাম্বোম থম্বৌ পাবা<br>.... .... .... | — | থম্বৌপাম্বোম। |

শঙ্গদবা—থক্কী শকপা-পাংথক্লবদা পাল্লিবা ৱাপূন্সিং অসী শকপা-শক্তম্নব-দগী অতুম পানবা য়াই।

থম্বৌপাম্বোম হাঙ্গবা ৱাপূন্সি নীঙ্খি তরুকস্থবদা চংলবদি থম্বৌ নশা অতুম মথঙৈন।

শক্লেপ-শকপা অনীগী পাঙ্খক্লবা মওং-মতৌ অফোঙনরবদি পূনসন্নদে।

মায়থোং থাজগুম হেল্লবা — মায়থোং থাজগুম হেল্লবা :

মিংস্না থম্বানগুম কোয়রাওনজবা — মিংস্না থম্বানগুম কোয়রাওনজবা ;

শাইনোন লৈরিক্কুম নীংথিজরবা — শাইনোন লৈরিক্কুম নিংথিজরবা ;
হকচাং লৈরাঙ্গুম থোচ্চরবা — হকচাং লৈরাঙ্গুম থোচ্চরবা ;
অসীনচিংব।

শক্লেপ-শকপা অনীগী মাননবা মওং-মতৌ-থঙবা ৱাহৈগা শকপাগশু পূল্লনৈ।

| | | |
|---|---|---|
| ইশিঙ্গুম লুবা — ইক্লনবা ; | | নোঙ্গুম খোংব— নোঙ্খোংনবা ; |
| চীঙ্গুম ৱাংবা — চীংৱাংনবা ; | | মঙ্গুম শূকপা — মংশূক্লবা ; |
| নোঙ্গুম খাকপা — নোঙ্খাক্লবা ; | | মঙ্গুম মঙ — মঙমঙ্লবা ; |

অসীনচিংব।

মচু-থঙবা ৱাহৈ মশেন অমদি মচু থঙবা ৱাহৈগা মচুদুগী মমেন-থঙবদু গা পূনসননদুনা চুদা মথল অমদি মওং তাকই। মাঙথংবনা মমৈ মকোক থূপ্লি ; নীংথংবনা মকোক্ত মথূপ্লি। ন অমা নীংমাঙ চল্লি।

অঙাঙবা অমুবা — ঙাঙমুনবা ;
অফোনবা অহাউবা— ফোহ্লাউনবা ;
অশংবা অমুবা -- শংমুনবা ;
অঙাঙবা অৱাবা — ঙাংঙ্রানবা, ঙাংঙ্রাবা ;
অঙৌবা অৱ্রবা — ঙৌৱ্রনবা, ঙৌৱ্রবা ;

অসীনচিংব।

মচু-থঙবা ৱাহৈগা-ওইৱি-ওইৱি-তৌবা হাঙ্গবা ৱাফম্মচা (বাক্যাংশ) গা পূনসননদুনশু চুদা মথল অমদি মওং লাকই।

অঙাঙবা ওইৱি ওইৱি তৌবা ( ঙাংলি ঙাংলি তৌবা ) —
ঙাঙলৈনবা, ঙাঙদানবা ;

অঙৌবা ওইরি ওইরি তৌবা (ঙৌরি ঙৌরি তৌবা) —
ঙৌরৈনবা, ঙৌথাংনবা ;

অমুবা ওইরি ওইরি তৌবা (মুরি মুরি তৌবা) —মুরৈনবা,
মুথাংনবা ;

অশংব ওইরি ওইরি তৌবা (শংলি শংলি তৌবা) —
শংলৈনবা, শংদানবা ;

অরাউবা ওইরি ওইরি তৌবা (রাউরি রাউরি তৌবা) —
রাউথাংনবা ।

মচু-খঙবা রাহৈগা অহকপা-গশু অপাবা-গশু পূন্সিন্নহনা চুপা ফোংই । অঙাঙবা, অঙৌবা, অমুবা অমদি অশংবগী তুংদা লাকপা অহকপা গী মফমদা মথংশিংনা শং, রোক, সুক অমদি ত্রিক ওই ; মচু-খঙবা রাহৈনা অনী থোল্লি, মিংথোনগী শক্লোনন মরক খল্লি ।

অঙাঙবা অহকপা — ঙাংশংঙাঙবা ;

অঙৌবা অহকপা — ঙৌরোকঙৌবা ;

অমুবা অহকপা — মুসুক্মূবা ;

অশংবা অহকপা — শংত্রিকশংব ;

অরাউবা নাপুনচিংবগদি পূনসননদে ।

অরাউবা অহকপা — অরাউবা অহকপা ;

নাপু অহকপা — নাপু অহকপা ;

অসীনচিংব ।

অঙাঙবা অপাবা — ঙাঙবানবা ;

অঙৌবা অপাবা — ঙৌবানবা ;

অমুবা অপাবা — মুবানবা;

অশংবা অপাবা — শংবান্নবা;

নাপুনচিংবগাদি অহকপা-গা পুল্লমদবগুম অপাবা-গম্ভ পূল্লমদে।

নাপু অপাবা — নাপু অপাবা;

হীগোক অপাবা — হীগোক অপাবা;

মেমানবা অপাবা — মেমানবা অপাবা:

অসীনচিংব।

থোৱানগী তাম্নোন্নবা শক্লেপ অনী পুন্সন্নহুনা লেপ্তবা মওং অমগী মশক ফোঙই।

ইরগা ইবা ইদ্রগা ইদবা — ইবইদবা (ই-ইদবা);

উরগা উবা উদ্রগা উদবা — উবউদবা (উ-উদবা);

কংলগা কংব কংদ্রগা কংদবা — কংবকংদবা (কং-কংদবা);

চারগা চাবা চাদ্রগা চাদবা — চাবচাদবা (চা-চাদবা);

থক্লগা থকপা থক্রগা থক্তবা — থকপথক্তবা (থক-থক্তবা);

ফংলগা ফংবা ফংদ্রগা ফংদবা — ফংবফংদবা (ফংব-ফংদবা);

য়ারগা য়াবা য়াদ্রগা য়াদবা — য়াবয়াদবা (য়া-য়াদবা);

শিরগা শিবা শিদ্রগা শিদবা — শিবশিদবা (শি-শিদবা);

হংলগা হংবা হংদ্রগা হংদবা — হংবহংদবা (হং-হংদবা);

থবক লোইরবা থঙনবা তায়োন্নবা থোৱান মশেল পুন্সন্নহুনা থরগী মখৈ পাঙলবা থবক মওং ফোঙই।

অইব ইদবা মখৈ — অইইদ (অইবমখৈ)

অউব উদবা মখৈ — অউউদ (অউবমখৈ)

অকংব কংদবা মখৈ — অকংকংদ (অকংবমখৈ)

অখণ্ডবা খণ্ডদবা মখৈ — অখণ্ডখণ্ডদা (অখণ্ডবমখৈ)
অচাবা চাদবা মখৈ — অচাচাদ (অচাবমখৈ)
অথকপা থক্তব মখৈ — অথকথক্ত (অথকপমখৈ)
অফংব ফংদব মখৈ — অফংফংদ (অফংবমখৈ)
অয়োব য়োদব মখৈ — অয়োয়োদ (অয়োবমখৈ)
অশঙবা শঙদবা মখৈ — অশঙশঙদ (অশঙবমখৈ)

অসীনচিংব।

## লোন্নাল

লোন্নাল্লবা রাপুন্দ অতৈ রাপুন অমা চন্নি। রাপুন রাপুন্দুগী মশা মশাগী অতাংব মবোল লোন্নাননবম লোন্তোপ অমা পোক্কবদনি।

মিঙথৈগা মিংথোনগা পুনসননদুনা লোললানবৈ: শকপাননবা রাপুনন লোললাননবদনি।

ঈ (ঈশিং) অঙোবা চেনবা লম ঈ+অঙোবা — ঈঙো;
ঈ (ঈশিং) অমুবা চেনবা লম ঈ+অমুবা — ঈমু;
কৈ (চেঈঙ) অনোবা ওইবা লম কৈ+অনোবা — কৈনো;
লৈ (লৈপাক) অঙাঙবা মানবা মচু লৈ+অঙাঙবা — লৈঙাঙ;
লৈ (মপান) অশংব শাংপ উ লৈ+অশংব — লৈশং;

অসীনচিংব।

শক্লেপ, শকপা অনীগী মওং খঙবা রাহৈগা শকপাগশু পুনসননদুনা লোললানবৈ।

নোংমৈ দৌনা অথোবা ককচেং নোংমৈ+অথোবা—নোংমৈথো।

কৈ, য়েন, য়োং-নচিংব রাহৈগা মানবা হাঙৈবসীগা পুনসননদুনশু লোললানবৈ।

কৈ + মানবা — কৈমান (হূই) ;
য়েন + মানবা — য়েন্মান (খুনু) ;
য়োং + মানবা — য়োংমান (শল) ;
অসীনচিংব।

**খঙ্দবা**—কৈথেননচিংবগী তুংদ লাকপা মানবা-গী মমৈ থ্ৃপ্তে ; ই-না লোই
কৈথেন + মানবা কৈথেন্মানবি (লম্মা) ;
লংতুম + মানবা—লংতুম্মানবি (ভোপ মখল্মা) ;

মিঙথৈগা ৱাহৈগী শরুপকশু মিঙথৈ অমগশু পৃনসননহুনা লোল-লানবৈ ঃ নীঙথৈনব ৱাপৃনন লোললাননবদনি। নীঙথৈ তরেৎমক অহুম মচললি।

১

ঈং (ঈশিং—তুরেল) লোঙবা মফম ঈ + লোঙবা—ঈরোঙ (থৌবালগী মফম্মা) ;
ঈং (ঈশিং—তুরেল) খাইনবা মফম ঈ + খাইনবা—ঈখাই (ফোগাকচাওগী মফম্মা) ;
নিংথৌং তাবা মফম নিংথৌ + তাবা—নিংথৌদা (ইরেন্মা) ;
ময়াংং খাঙবা মফম ময়াং + খাঙবা—ময়াঙ্খাঙ (খুন্মা) ;
লূৱাংং লোৎপা মফম লূৱাং + লোৎপা—লূৱাংলোৎ (চীংগী খুন্মা) ;
শগোলং মাঙবা মফম শগোল + মাঙবা—শগোলমাঙ (মফম্মা) ;
অসীনচিংব।

**খঙ্দবা**—গৃাল, পাঙল, হাওনচিংবা মীগী কাঙবু খঙনবা ৱাহৈগী তুংদ লাকপা তাবা, লৈবা মনীং থ্ৃপ্তে ; ই-না থৈ।

থাল তাবা মফম থাল+তাবা—থালতাবি / থান্তাবি (খুন্না) ;

চাইরেন তাবা মফম চাইরেন+তাবা—চাইরেন্তাবি (খুন্না) ;

পাঙল তাবা মফম পাঙল+তাবা—পাঙন্তাবি (খুন্না) ;

হাও তাবা মফম হাও+তাবা—হাওতাবি / হাওদাবি (খুন্না) ;

হাও লৈবা মফম হাও+লৈবা—হাওরৈবী (খুন্না) ;

অসীনচিংব।

খোল্লূংইনবা (অনুকার অব্যায়) শব্লেপকা ৱাহৈগী শব্লেপকা পূনসননদুনা লোললাননবা ৱাপূনস্থ ই-না খে।

চেক চেক লাউবা মশিঙ্গাং ওইবা চেক+লাউবা—চেক্লাউবি (উচেক্না) ;

চে্রা চে্রা লাউবা মশিঙ্গাং ওইবা চে্রা চে্রা+লাউবা—চে্রাচে্রালাউবি- চে্রাচে্রাবি (উচেক্না) ;

প্রুক প্রুক শোবা মশিঙ্গাং ওইবা প্রুক+শোবা—প্রুক্শোবি (মকন্না) ;

অসীনচিংব।

২

কৈ (শা) বু ফাবা মী কৈ ফাবা—কৈফাব, কৈফা ;

লান (য়েক্লবা) বু ফাবা মী লান+ফাবা লানফাবা, লানফা ;

শা (কৈ) বু ফাবা মী শা+ফাবা—শাফাবা, শাফা ;

অসীনচিংব।

পোচ্ছক-থঙবা মিঙথৈগা ৱাহৈগী শব্লেপ পোকপা হাঙ্গৈবগুম্ব পূনসম্নদুনা লোললাননৈ।

উয়ুংবু পোকপা মফম উয়ুং+পোকপা—উয়ুম্পোক (খুন্মা) ;
লাংবু পোকপা মফম লাং+পোকপা—লাংপোক (খুন্মা) ;
হৈনৌবু পোকপা মফম হৈনৌ+পোকপা—হৈনৌবোক (খুন্মা) ;
অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—কাং, থান-নচিংবা বাহৈ মতুংদদি পোকপা মমৈ থ্ পেু : ইনা থৈ।

কাংবু পোকপা মফম কাং+পোকপা—কাংপোকপি (মফম্মা) ;
কূরাউবু পোকপা মফম কূরাউ+পোকপা—কূরাউপোকপি (মফম্ম) ;

থানবু পোকপা মফম থান+পোকপা—থানপোকপি,
থাংপোকপি ; (খুন্মা) ;

খোংনাংবু পোকপা মফম খোংনাং+পোকপা—খোংনাংপোকপি (চীংনাপোন্ম) ;

তাইরেনবু পোকপা মফম তাইরেন+পোকপা—তাইরেনপোকপি (চীংনাপোন্মা নত্রগা খুন্মা) ;

থম্নাবু পোকপা মফম থম্না+পোকপা—থম্নাপোকপি (খুন্মা, খোংমা, পাংমা) ;

য়াইঙংবু পোকপা মফম য়াইঙং+পোকপা—য়াইঙংপোকপি (খুন্মা) ;

য়াইঙৌবু পোকপা মফম য়াইঙৌ+পোকপা—য়াঙৌপোকপি (খুন্মা) ;

য়েংদৌবু পোকপা মফম য়েংদৌ+পোকপা—য়েংদৌপোকপি (খুন্মা) ;

অসীনচিংব।

শিঙ্গাং ওইবা থবক্কী থৌশক, থৌবান অনী পূল্লহুনা লোল্লবা ৱাপূল্, ই-না তোল্লোই।

উবু তুবা মশিঙ্গাং ওইবা উ+তুবা—উতুবি (উচেক্মা);

উচিবু থেম্ব মশিঙ্গাং ওইবা উচি+থেম্ব—উচিথেম্বি (উচেক্মা);

ঙাবু লাকপা মশিঙ্গাং ওইবা ঙা+লাকপা—ঙারাকপি (উচেক্মা);

খোঙবু য়াংব | মশিঙ্গাং ওইবা খোঙ+য়াংব | —খোংয়াম্বি (হয়িং
,, য়াম্ব | খোঙ+য়াম্ব | মথন্মা);

চীনবু কাঙবা মশিঙ্গাং ওইবা চীন+কাঙবা—চীনগাঙবি (উচি মথন্মা);

নোংবু কৌবা মশিঙ্গাং ওইবা নোং+কৌবা—নোঙৌবি (উচেক্মা); অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—নুংনাউবি হাঙবা মিৎঞেনা মতুংদ লাকপা নোং হাঙবা মিৎঞেগী তুংইনবা কৌবা হাঙবা ৱাহৈগী শক্লেপ মমৈ থুপ্পি।

নোংবু কৌবা নুংনাউবি নোং+কৌবা+নুংনাউবি—নোঙৌ নুংনাউবি (নুং মথন্মা);

পোংমি-তাংব কায়াং খঙনবা ৱাহৈগা ৱাহৈগী শক্লেপকা পূল্লহুনা লোল্লান্নবা ৱাপূন্দদি অকোনবা পৃমথূপ থুপ্লবশু থুপ্পি: ই-নদি অহুম মরোই।

চেগপ মানবা কায়াৎ পানবা চেগপ+পানবা—
চেগপ্পানবি, | (তীন্মা)
চেগপ্পি; |

৩

তা-না তম্ব মী, পোং তা+তম্ব—তাদম;

থাঙ না তম্ব মী, পোং থাঙ+তম্ব—থাঙদম;

নোং (লাই) না তম্ব নোং+তম্ব—নোংদম লাইবক,
(তুবা-ৱাবা—তুম্মা ওইম্বু তম্ব মী);

লান ( লানফম্ ) ফাবা মী—লানফা ;

অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—পুনবা হায়বা ৱাহৈগী শরুপ্ন মতুংদ লৈবা লাংনা লৈ ওল্লি।
(লাংনা-পাদস্থীনা! লাংনানা পুনবা মী লাংন+পুনবা—
লৈপুন ; তূবা ৱাবা- তূম্মা ওইয়ু তম্ব মী)

8

অপোকপদা থাবা (কৎপ) পোচ্চে অপোকপা+থাবা—
অপোকপথাবা, (অপোকথাবা)

ওক্লরেন্দ কাবা (কৎপ) পোচ্চে ওক্লরেন+কাবা—
ওক্লরেনকাবা ;

লাইরেম্মদা থাবা পোচ্চে লাইরেম্ম+থাবা - লাইমেম্মথাবা ;
লায়িংথৌদা কৎপ পোচ্চে লায়িংথৌ+কৎপ—
লায়িংথৌকৎপ ;
অসীনচিংব।

৫

| | | |
|---|---|---|
| কোন্দগী তৈবা ষণ | — | কোন্দৈ ; |
| কোন্দগী তৈগনবা ষণ | — | কোন্দৈগন ; |
| লান্দগী ফাবা মী | — | লানফা ; |
| লান্দগী চেনবা মী | — | লাঞ্জেন ; |
| লোইদগী চেনবা মী | — | লোইজেন ; |
| লোইদগী থাবা মী | — | লোইথা ; |

অসীনচিংব।

৬

চন্দ্রগী খোং চন্দ্র+খোং — চন্দ্রখোং (থুমগোং অমা) ;
চৌঙ্গী খোঙ চৌঙ+খোঙ — চৌখোং (নিংথৌ মচা মশু) ;
চৌঙ্গী নিংথৌ চৌং+নিংথৌ — চৌংনিংথৌ (লাইমা) ;
চেঙ্গী কৈ চেঙ+কৈ — চেঙ্গৈ (য়ায়থৌ চৌংমায় অমা, চং হুনবা খুন)
দোলাইগী লেং দোলাই+লেং—দেলাইরেং (দোলাইপুবা মী, ,, খুন)
মৈতানগী কৈ মৈতান+কৈ – মৈতানগৈ (মৈতানহুনবা খুন) ;
শন্থোংগী নিংথৌ শন্থোং+ নিংথৌ – শন্থোংনিংথৌ (লাইমা) ;
কাং মরম কাং+লম—কাংলম (লম্বীমা) ;
তৌল মরম তৌল+লম—তৌল্লম (খোং মখল্মা) ;
লাই মরম লাই+লম—লাইরম " ;
শা মরম শা+লম—শারম (কৈগী য়াথোক—য়াকুম লম্বী) ;
হীয়াং মরম হীয়াং+লম—হীয়াংলম (খুন্ম) ;

অসীনচিংব।

নাৈম্নে তরেংসুবদা শিঞ্জাং ওইবা থবক্কী থোশক, থৌবান অনী পূসন্নহুনা লোল্লামে : ই-না থৈ।

উদা তাংব শিঞ্জাং ওইবা উ+তাংব—উতাংবি (উপাম্মচা মখল্মা) ;
খঙ্গদবা—শিঞ্জাং খঙনদবদি ই-না থৈদে।

কৈদা তাংব মী কৈ+তাংবা—কৈদাংব ;
য়ুমদা তাংব মী য়ুম+তাংব—য়ুমদাংব ;
লমদা তাংব মী লম—তাংব—লমদাংব ;

অসীনচিংব।

কান্নাং থগুনবা ৱাহৈগা মওং শগুনবগগী পূনসিনহনা লোন্নায়ে ঃ ই-না লোম্নি।

চীন্দা তুম্বা চীন+তুম্ব—চীন্দুম্বি (তরেংয়োং) ;

নীংদা তুম্ব নীং+তুম্ব—নীংতুম্বি (ককচেং মখন্না) ;
অসীনচিংব।

থূভম থগুবা মিথৈ মশেন পূনসিনহনগী লোননানবৈ।

থ (অতিয়া) দা য়ুম ওইবা থ+য়ুম—থয়ুম (লাই) ;

টা (পৃথিবী) দা য়ুম ওইবা টা+য়ুম—টায়ুম, টয়ুম ; | (মী) ;

মিথৈগা ৱাহৈগী শরেপকগী পূনসিনহনা লোন্নায়ে ঃ অকোনবগী মৈথুম্নি।

ঈরাংদা পাইবা ঈরাং+পাইবা—ঈরাংবাই | (অথংপা, অথংপী)

উরাংদা পাইবা উরাং+পাইবা—উরাংবাই | (কগুডাওনবা, কগুডাওনবী)

কংলৈদা পানবা কংলৈ+পানবা—কংলৈপান (নাগরিক) ;

চীংলমদা পানবা চীংলম+পানবা—চীংলম্পান চীংলম্বান | (হাও) ;

টাইবংদা পানবা টাইবং+পানবা—টাইবংপান টাইবংবান তেংবান | (থৱায় পানবা শাগৈ) ;

মুংদা পানবা মুং+পানবা—মুংবান (লূৱাং শাগৈ) ;

নোং (নোংপোক) দা পানবা নোং+পানবা—নোংবান (অঙোম শাগৈ)

নোংলমদা পানবা নোংলম+পান—নোংলম্পান নোংলম্বান | (মুমিং-থান চিংবা) ;

মালংদ পানবা মালং+পানবা—মালংপান মালংবান | (শরায়পানবা শাগৈ) ;

শারমদা চেনবা শারম+চেনবা—শারমজেন ( ওক্তবা মী )

শারমদা থোকপা শারম+থোকপা—শারমথোক ,, অসীনচিংব।

মচু-খঙবা খমৈ হাঙবা ৱাহৈগা মমেন ওইবা অমুবা নত্রগা অঙাঙবগা পুন্সননহুনশু লোললানবৈ : খমৈগী মফমদা খা ওই।

খমৈদা অমুবা খমৈ+অমুবা—খামু (খামেনচংপ ফৈজোম অমুবা) ;

খমৈদা অঙাঙবা খমৈ+অঙাঙবা—খঙাঙ (খামেনচংপা ফৈজোম অঙাঙবা)

মনীং-খঙবা ৱাহৈগা ৱাহৈগী শরৈপকস পুন্সন্নহুনা লোন্নাবৈ : শীজোনা লোন্নান্নবদনি। ১না ৱাপূন মনীং খোম্বনা নম্ম চংলি।

মঙা মঙা কোনবা মঙা+কোনবা—মঙাকোনবি মঙাকোনব | লং মখন্মা).

তরা তরা কোনবা তরা+কোনবা—তরাকোনবি তরাকোনবা | (লং মখন্মা) ;

তরা তরা পুনবা পুম্ব | তরা+পুনবা তরা+পুম্ব | — তরাপুম্বী. তরাপুম্ব ; | লং মখন্ম.) ;

কুন্মঙা কুন্মঙ হানবা কুন্মঙা+হানব—কুন্মঙাহানবি কুন্মঙাহানব | (পান্নমনা ময়োম ;

চাম চাম হানবা চাম+হানব—চামহানবি চামহানবা | (পান্নমনা ময়োম) ;

অসীনচিংব।

খজদবা—চংপ হাঙবা ৱাহৈগা পুন্সন্নহুনা লোন্নান্নবা ৱাপূন্দি ই-দনা থৈ।

অনী+চৎপ—অনীচৎপি (শেল):

মরি+চৎপ—মরিচৎপি (শেল);

স্থবা হাঙ্গবা ৱাহৈগা প্ন্সননডুনা লোললাননবা ৱাপ্ন্স্ন ই-দনা থৈ।

| | |
|---|---|
| অনী+স্থবা—অনীস্থবি ; | (মশান্নমা); |
| অহুম+স্থবা—অহুমস্থবি ; | |
| মরি+স্থবা—মরিস্থবি ; | |

অসীনচিংব।

নক্লবা মরী-থঙনবা মিঙৈ অনী প্ন্সননডুনশু লোললানৈ। ভূফাং-নবা ৱাপ্নন লোললাননবদনি।

ইপাগা ইচাগা ইপা+ইচা—ইপাচা (ইশাগৈ, ইচী);

নপাগা নচাগা নপা+নচা—নপাচা (নশাগৈ, নচী);

মপাগা মচাগা মপা+মচা—মপাচা (মশাগৈ, মচী):

অসীনচিংব।

থঙদবা—নীংথংবনা মকোক লোত্রবদি লমুম্ন শাংন পারগা লোন্নারৈ, য়াংন পারগনা ভূফাংনবা ৱাপূন মরোল পী।

ইপাগা ইচাগা ইপা+ইচা—ইপাইচা (ইচী ইশাগৈ);

ইপাইচা (পাগা চাগা অনী);

নপাগা নচাগা নপা+নচা—নপানচা (নশাগৈ নচী);

নপানচা (পাগা চাগা অনী);

অসীনচিংব।

ইমা, নমানচিংবা ৱাহৈগা ইচা, নচানচিংবগা পূন্সমডুনা লোললান্নবদশু নীংথংবা মকোক লোত্তে। লমুম্ন শাংন পারগা লোললানৈ: য়াংনা পারগনা ভূফাংনবা ৱাপূন্দ লৈ।

ইমাগা ইচাগা ইমা+ইচা--ইমাইচা ( ইহী, ইশাগৈ );

ইমাইচা ( মা-গা চা-গা অনী );

মমাগা মচাগা মমা+মচা—মমামচা ( মহী, মশাগৈ );

মমামচা ( মা-গা চা-গা অনী );

অসীনচিংব।

ইপাইপু, ইচীন-ইনাও হাঙ্গিবা তূফাংনবা ৱাপ্নন লোল্লাননরগা নিপা কাণ্ডলুপ থণ্ডৈ ; ইমাইবেন, ইচেমইচন হাঙ্গিবসিনা লোল্লাননরগনা নূপী কাণ্ডলুপ থণ্ডৈ।

অসীনচিংব অসীনচিংব।



## অহুমশুবা তাঙ্কক

# ৱাহৈ অমদি মথল

ৱাহৈ মন্ংদ কোঙ্গায় অমমা অমগা নত্রগা অমগা মরী মওং অমদ: মপা সা, কোঙ্গায় অমনা নাইতোম নাইতোম তা চংনৈ। অহানবগী পঞ্জে-দা তাবশিংবু ৱাহৈ মশেন অমগা নত্রগা অমগা মপা সানবনা **ৱাপা** হাঙ্গ-না থোন, অকোনবগীদা তাবশিংবুনা নাইতোম নাইতোম চংনঙাই **নাই-তোম** হাঙ্গনা কৌ ৱাহৈ মথল অনী তাবা য়াই॥

ৱাপাগী পঞ্জেদা তাবা ৱাহৈ মরক্ত লৈনরিবা মরী—মরোন তিন্নবা অমা, তৈনবা অমা, তায়োন্নবা অমা, মান্ননীং মাননীং তৌবা অমা অদৃগা খোঙ্লাই মাননরপ তৌবা—মওং মঙানি। অদৃনা মরোন্দ তিননবা ৱাপা-শিংবু **লোম্দিন**, তায়োননবশিংবু তায়োল্লোন শ তায়োন, তৈনবশিংবু **লোন্দৈ**, মাননীংতৌবশিংবু **লোম্মান** অদৃগা খোঙ্লাই মাননরপ তৌবশিংবু **খোম্মান** হাঙ্গনা অমুক মচা তাথবা য়াই।

ৱাপাবু মচা তাথবগুম নাইতোমগী পঞ্জেদা তাবা ৱাহৈশিংস্থ মথোয় মথোয়গী লোনবু য়েংতুনা মরোল য়াম্ন চংপশিংবু, মরোন য়াম্নঙাই, **লোন-য়াম** মরোল অকক্লবা অমত্ত চংপশিংবু, অকক্লবা মরোন অমত্ত চংনঙাই, **লোনকক** হাঙ্গনা কৌ মচা অনী তাথোকপা য়াই।

**শন্ন, ৱাপা** অমদি **নাইতোম** হাঙ্গবা ৱাহৈ মথল অনীনি। অহানবগী **লোম্দিন, তায়োন, লোন্দৈ, লোম্মান** অমদি **খোম্মান** হাঙ্গবা মচা মঙানি। অকোনবগীনা **লোনয়াম** অমদি **লোনকক** হাঙ্গবা অনীনি।




# লোন্দিন থরা

## নুমিৎ

অঙানবা, অঙানপাম্বোইবা, অপানবা অবাবা, কোরৌ, কোরৌ-অঙানবা, কোরৌঅপানবা, কোরৌঅঙানপাম্বোইবা, কোরৌহনবা, ননগুরু খোংবাল্লাল্লুম্ব, চবা কৌব গুরু, ঙসি কৌব লাই, চীঙ্খেই, চীঙ্খেনিংথৌ, চীঙ্খেবাকপ তরাঙ্খোম্ব, তাউরোযনাই, নোং, নোং-পোক, নোংপাক আবরা, নোংপোক্লিংথৌ, মঙাংগুরু, মৈত্রেং, মৈত্রেং অবাবা, যেন্নখাপাউদাবা, যোইমযাইঅঙানবা, য়োইমযাই-অপানবা ববি, লুরাংগুরু, লৈরকমাথৌব, সনা, সমামহি, সনাহিং, সনাচিংচি সনতবং সেল্লেং, সূর্য্য, শাকজিনপোল্লিবা, হযেং-কৌব-গুরু . অসীনচিংব।

## থা

আঙৌবা, অঙৌপানবা, ইতাউরেন, কুপত্রেং, চন্দ্র, চন্দ্রমা, থাজ, নোংজাঅঙনবা, নোংজাঅপানবা, লোইতাং, লোইতাম, লোইদাং, লোইদাম ...অসীনচিংব।

## মৈ

অগ্নি, খাম্বী, ব্রহ্মা,......অসীনচিংব।

## ঈশিং

ঈরা, কং, তরং, জল, পানি, লাইজ........অসীনচিংব।

## নুংশিৎ

অঙ্কি, মালং, মালংব, বায়ু, হরা......অসীনচিংব।

## লৈ

থঙ্গোল, টা, নোঙ্মা, পৃথ্বী, পৃথিবী, মালেম, লৈপাক......
অসীনচিংব।

## অতিয়া

অকাশ (আকাশ), অতিঙ্কোক, থ, তিয়া, নিংথৌলৈবাক, নোংথক,
নোংদোন, নোংমদোন, লাইরৈবাক, শুন, সর্গ (স্বর্গ)..   অসীনচিংব।

## লাই

খয়ুম, চীংঙউ, দেব, ঠাকুর, ঈশ্বর, ভগবান...... অসীনচিংব।

## পা

অপোকপা, পম্থৌ, পাবা, পাবুং, পিতা, বাবা......অসীনচিংব।

## মা

অপোকপি, পলেম, বোক, মাতা......অসীনচিংব।

## পু

থৌ, পুবোক, য়ু......অসীনচিংব।

## পেন

পাবোক, বোক, য়ু......অসীনচিংব।

পন—তোন পদ্বা—চুনিংথৌ
খুড়া—তোন, চা—পারি, পুত্র,

মামা—মান, মাতুল
তাদা—য়াম্ব, শাবি,
নাউ—শানৌ

চম্নু—মোম, লাংলেন, কন্যা
ব্রা—থংলেন, পুরোইবা, মাঙ্গ, শাবি
ভূ—তালোয়, নেমচা, শানৌ

## নিংথৌ

পুরিংলাই, মপু, মহারাজ, লাই, লায়িংথৌ, লৈকোয়মপু……
অসীনচিংব।

## লৈবাক

দেশ, প্রজা, রাজ্য ..অসীনচিংব।

অহং—নাপল
ই—মতু
ইনফি—নমথাং
ইফম—জঙ্গোল
ঈ—অঙাঙবা
ঈরী মহী
ঈরাল--ঈতোপ
উ—তলাং, পামেন
উচেক চেক্লা, পোম্বি
কোয়েং -তোলোক, কোকথোন
খেন—তান, তাঙ্গা, পুংফম, মতম
গপ—নাপল
ঘড়ী--পুংজা
ঙা—ঈশিংমচা, ঈশিংমহিক, লেম্মৈ
চাক -তরা, লুক

উয়োক—উকোন
উরাং—উখোক
কা—কক্ষ
কাও—যণ
কাওজাউ— যঞ্জাউ
কাওরেন — „
কেগে --মোইরাং
কৈ—অরাংব, অরাংচোবা,
ইবুথৌ, পাম্ব, হনুবা
মং—শশান
মণ্ড- -মণ্ডলান
মোন—মোল্লাং
মোম—খোইরু
মোম্ম,—মুপী
য়াঙ্গোই—শগোল

জাং—শাংগৈ

বঞ্জ—ঈরাং

তা—তিমেন

থম্মোই—পায়মা

থৌগাই—থৌদাং

দান—পীবা

ধমকা—কিহনবা

ধব্রা—ঈরাং

পৌ—পৌরা

ফক—তৌরা

ফম—ফম্মুং

ফি—চরৈ

ফৈজোম—খাংজেং

বম—তোপ, লংচুম্মানবি

ভন্দ্রা—উসোব

ইবা—খোৎপা

ইকপা—থাবা

ইৎপ—হাইদোকপা

ঈবা—নাবা

ঈংব—চৌকপা

উংব—লাকহৎপ

উনবা—তম্ব

য়াঙবী—পল

য়াংদৌ—লম্বী

য়ারৌ—শা

য়ারৌ—মায়গৈ মরক

য়োৎ—য়োৎপাক, য়োংলাং

রাস—জগোই

লাঙ্গোই—শামু

লাং—ঈন

লাল—হুয়েন

লৈ—লৈরাং, শীঙেল

শল—শন্নুক, শম্মুক

হুই—পদুম

হুই—তাউবা

হৈ—তাউজিং, হৈরাং

অসীনচিংব।

কানবা—লানবা

কেংপ—ফবা

খীবা—ওকপা

খেবা—লাঙবা

চাংব—হোপ্প

চেংব—পীকপা

চীংব—উৎপ

উংব—লৈব
উঙবা—কনবা
ওবা—হন্দোকপা
ওংবা—লৈবা
ঔরাইবা—পাবা
তেবা—তপ্প
থাম্ব—থিনবা
পনবা—তনবা
পাঙবা—লোইবা
য়োৌবা—খোৌবা

অসীনচিংব।

## তায়োন থরা

অঙাং—অহন
অহন—নহা
অহল্লপ—নহাক্লপ
কোক—ভোন
কোক—মৈ
খা—ৱাং
খাবম—লাইকম
খারৌ—লাইরৌ
নিঙোল—মৌ
নীং—মাঙ
নোংথক—নোঙ্খা
নোংপোক—নোংচুপ
নৌৱা—হন্নুবা
পাখং—য়ুম্নাই, য়ুম্নাইবা
খোঙ—তোন
চঙ—শি
চীং—তম
চীঙ্খে—শম্থোং
চীংয়া—তময়া
তুরেল—খোংবান
তূ—খোং
থক—খা
মঙ—তাইবং
মাঙ—তুং
মৈ—ঈশিং
য়েং—ওঙৈ
লৱায়—ইম্ফাল
লুপ্রা—হাওপানবী

পাখ্রা—হাওপান, হাওপানবা

পাং—কোম

লৈশাবী--মৌ

অসীনচিংব।

ইকপা—য়াইবা

ইৎপ—নম্ব

ইনবা—হুকপা

ঈংব—শাবা

ঈনবা—চিংব

উম্ব—লোংব

উঈবা—খাকপা

ওকপা—ব্রাংপা

ওকপা—থোম্ব, লংব, হুনবা

কংব—হিংব

কংব—চোৎপ

ককপা—শম্ব

কৎপ—লৌব

কিবা—থৌবা

কিবা—থোকপা

কুবা—কৎপ

কুৎপ—তোঙবা

কুম্ব—শীবা

কুম্ব—খাঙবা

কনবা—হাৎপ

কনবা—শোনব

কম্ব—নোকপা

কম্ব—হাউবা

কাবা চীকপা

কাবা—চাকপা

কাবা—কূম্ব

কাংব—লৈবা

কাংব—শুম্ব

কাঙবা—নম্ব

কানবা—লীৎপ

কাম্ব চীংব

কাম্ব—লূবা

কৌবা—থুম্ব

কৌবা—মরাঙ্কায়বা

কৌবা—চোনবা

খকপা—চেনবা

খঙবা—পঙবা

খৎপ—তম্ব

কূবা—ভিংব

কূংব—পাবা

কূৎপ—চোনবা

কূনবা—ভিংব

কূপ্প—পৌৰা

কেনবা—পানবা

কোংব মৎপা

কোকপা—য়োকপা

কোকপা হৌবা

কোকপা—পুবা

কোৎপ ‑ পৈবা

কোনবা—হানবা

কোনবা—থম্ব

কোনবা—ভিংব

কোপ্প—ফুনবা

কোম্ব—চিনবা

চাবা—লূপ্প

চাবা—লোৎপ

চাবা—হেনবা

চাংব—হকপা

চাকপা—মুৎপ

চানবা—লাঙ্গবা

চিৰা—লৈবা

খনবা—শীবা

খম্ব—পানবা

খাবা—ফূকপা

খাবা—থুম্ব

খাকপা—লোইথোকপা

খানবা—উমশীনবা

খানবা—লৌশিনব।

খাম্ব—ঈন্সিনবা

খাম্ব ‑ ফবা

চঙব—থোকপা

চৎপ—লাকপা

চনবা—থিংবা

চনবা—লেম্ব

চপ্প—পাকপা

চপ্প—খাবা

চম্ব—য়াকপা

ভম্বা—হৈৰা

ভাব—কাৰা

ভাবা—হাঙ্গবা

তাংব লেপ্প

ভাকপা—হংৰ

ভাকপা—থাবা, কাবা

ভানবা—লেপ্প

চিবা—হৈবা
চেৎপ—কোম্ব
চেনবা—থম্ব
চেনব—হনবা
চোংব—লীৎপ
চোংব—ফম্ব
চোপ্প—লেম্ব
চোম্ব—পাব
চৌবা—পীকপা
চৌবা—কূপ্প
তঙবা—নানবা
তৎপ—খাঙবা
তনবা—ওকপা
তনবা—চৎপ
তপ্প—ফিংব
নংব—লৈবা
নংব—শোয়বা
নকপা—লাপ্প
নঙবা—লাঙবা
ননবা—থাংব
নপ্প—ককপা
নপ্প—ছেৎপ
উমং—উকোন

তাম্ব—নকপা
তিংব—ফংব
তিকপা—য়োনবা
তিনবা—খাইবা
তীংব—ফৌবা
তোংব—কূম্ব
তোংব—মাঙবা
তোকপা—তৌবা
তোৎপ—খাইবা
তোনবা—হনবা
তোনবা—কাবা
তোনবা—শিংব
তোনবা—পুথোবপা
তোপ্প—ফকপা
তৌবা—থোনবা
পুনবা—থাদোকপা
পুম্ব—তেকপা
পূবা—শিংব
পূংব—লনবা
পূংব—কায়বা
পূম্ব—শেপ্প
পেংব—থম্ব
তম—থেল

নম্ব—চিঙ্খংপ
পংব—তুম্ব
পকপা—তাবা
পঙবা—শিংব
পৎপ—তেকপা
পনবা—তাবা, নাম্থোকপা
পনবা—থূপ্প
পম্ব—থম্ব
পাংব—তাংব
পাকপা—খূবা
পাঙবা—পনবা
পাম্ব—খীবা
পীবা—লৌবা
পুবা—থাবা
পেকপা—ফুনবা
পেৎপ—কনবা
পৈবা—চুম্ব
পোবা—থাবা
পোকপা—শিবা
পোঙবা—হম্ববা
পোনবা—তেকপা
পোপ্প—কনবা
পোম্ব—হম্ববা
পোম্ব—শাৎপা
পৌ—চৈ
ফংব—মাঙবা
ফনবা—শূপ্প
ফম্ব—হৌগৎপা

অসীনচিংব।

## লোন্দ খরা

ইকোক—ইখোক
ঈতুপ—ঈশা
ঈরা—ঈরী
উ উরী
উকা—উশা
উক্রোং—উতুপ
উরা—উরাং
চীংজেপ—চীংয়াং
চীংদোঙ—চীংহুম
চীংদোম—চীংদোঙ
চীংমায়—চীঙ্গাঙ
চীংশা—চীংনাপোম
চুং—চোঙ
তম—তময়া

কংলৈ—কংলা
কা—কাথন
কাং—কাংবোং
কাচিন—কাজুম
কারক—কারল
কৈ —কোং
কোকথোং--কোকথোন
কোন—কোন্নুং
চনীং—চবুক
চীঙ্কোক-- চীংদোন
চীঙ্খোঙ— চীংয়া
চীঙ্গোন— চীংশা
চীংজীন—চীংজেং
ফৈ—ফৈপন
ফৈরা—ফৈবোম
মণ্ডদাবা—মণ্ডদাবি
মৌ—মৌনৌ
মৌরি—মোয়াংথাং
য়াঙ—য়াঙদোঙ
য়াঙদোঙ—য়াঙবী
য়ুমদা—য়ুমদাং
য়ুমদাংবা - য়ুমদাংবি
লম—লম্বী

থা—থবাক
দোল—দোলাই
নিংথৌ —ব্রাঙ্গোম্নিংথৌ
নিংথৌজা—নিংথৌখুবা
নোংদোন—নোংথোন
নোংদোলৈমা—নোংথোলৈমা
নৌজোন—নৌচীন
পন—পল্লি
পি—পিরাং
পাংশা—পাত্তুপ
ফম—ফম্মুং
ফম্বৈ—ফম্বাল
ফম্মেন—ফম্মাঙ
লৈতায়—লৈতেম
লৈতোঙ— লৈপুং
লৈথক—লৈমায়
লোই—লোইপান
লোকচপ— লোকচেপ
লোকচীন—লোম্মাঙ
লোরী—লোরাং
ব্রা—ব্রাফম
ব্রা—ব্রারী
ব্রাকোন—ব্রায়োক

লম্পাক—লম্বান
লম্বী – লমখাঙ
লম্মাং—লমজাউ
লাম্মী—লাম্লোয়
লুচিন—লুমাঙ
লৈকং—লৈকন
লৈচীন—লৈরাই

রাখোক—রাকোক
শঙফম—শখোঙ
শীং—শীংজা
শীঙ্গৈ—শীংলূপ
হং—হঙোই
হিরেন—হিজাউ
হূই—হূইথৌ

অসীনচিংব।

ইবা – য়েকপা
উবা—য়েংব
উইবা—তূম্ব
ওবা—শিংপ
কম্ব পংপা
কাবা – ফাকপা
কাঙবা—ফকপা
কনবা—চোংব
কাম্প—থাবা
কাম্ব—হৌবা
কিবা—হনবা
কিবা—তূবা
কেনবা—হেকপা
কেম্ব—তোইবা

কংব- -শিকপা
কংপ—তম্ব
কনবা—খাম্ব
কপ্প— পেবা
খম্ব—হেক্তোকপা
খাকপা – লেম্ব
খাকপা—খেকপা
খাকপা—শোনবা
খাঙবা—মনবা
খাঙবা—লৈবা
খানবা— খনবা
খানবা—শানবা
খাম্ব – ঙাকপা
খিবা—কাঙবা

কোংব—পীৰা
কোংপ—পেকপা
কোনবা—পম্ব
কোপ্প—গুজিনৰা
কোম্ব—হীকপ
কৌবা—হাঙ্গৈবা
খকপা—পনৰা
খণ্ডবা—ভাবা
খৎপ—য়ৈবা
খনবা—নীংবা
খনবা—লৌবা
খপ্প—খৈৰা
ঙংব—কপ্প
ঙংব—চাঙবা
ঙংব—চৈবা
ঙংব—লাঙবা
ঙংব—শকপা
ঙকপা—মম্ব
ঙনবা—হানবা
ঙনবা—থীবা
ঙপ্প—নপ্প
ঙম্ব—পাঙৰা
ঙম্ব—ফেল্লৈনবা
থিকপা—চাইবা
খিনবা—য়ুংব
খীংব—ফিংব
খেংব—লাঙবা
খেকপা—লাউবা
খেৎপ—খোৎপ
খৈবা—খাবা
খোংব—লাউবা
খোকপা—হুবা
খোনবা—চিংব
খোপ্প—ভাইবা
খোম্ব—তকপা
চনবা—চম্ব
চনবা—চানবা
চপ্প—পীকপা
চপ্প লেনবা, খাঙ্গৈবা. ককপা
চম্ব—শোম্ববা
চম্ব—পঙবা
চম্ব—মোৎপ
চাংব—পাবা
চাকপা—থাবা, হোবা
চানবা—পাম্ব
চাম্ব—থীকপা

ঙাকপা—শৌবা
ঙাকপা—য়োম্ব
ঙাঙবা—চৈবা
ঙানবা—লংব
ঙানবা—য়াইবা
ঙাম্ব—পৈবা
চঙবা—হিংব
চঙবা—চৎপ
চৎপ—শানবা
চনবা—শাবা
চনবা—লানবা

ভংব—চাবা
তকপা—স্নুবা
তঙবা—পোম্ব
তৎপ—তূম্ন
তনবা—ভেবা
তম্ন—মোনবা
তম্ন—তীকপা
তম্ব—পাবা
তাংব—লঙবা
তাকপা—উৎপ
তাকপা—মাঙবা অসীনচিংব।

## লোম্মান থরা

| শাগোন্নবা মরোল | থ্বাইগী ওইবা মরোল |
|---|---|
| চেঙ—ফুত্তুনা চাননীঙায় পোৎলম<br>হৱাই—লোন্দুনা চাননীঙায় পোৎলম<br>থুম—থাক্তুনা চাননীঙায় পোৎলম<br>থাউ—ভৌহ্নুনা চাননীঙায় পোৎলম<br>মনা-মশীং—থোংহুনা চাননীঙায় পোৎলম<br>ষঙ্গোম-চুহী—ভোতুনা চাননীঙায় ,,<br>মরোয়-মোরোক—থাক্তুনা চাননীঙায় ,,<br>ঈশিং—থক্তুনা চাননীঙায় পোৎলম<br>... ... ... ... ...<br>... | চাননীঙায় পোৎলম<br>( চানরম )<br>চীঙ্গাক |

| | |
|---|---|
| খাংজেং—খ্বাংদ থাংচুনা শেংননীঙায় ফিরম<br>নমথাং—নমদা কুপ্তুনা শেংননীঙায় ফিরম<br>কোয়েং—কোক্ত য়েত্তুনা শেংননীঙায় ফিরম<br>লেংয়ান—লেংদ য়ান্দুনা শেংননীঙায় ফিরম<br>... ... ... .... ...<br>... ... ... ... ... | শেংননীঙায় ফিরম<br>( শেংনরম )<br>———<br>ফীরোয় |
| শগোল—তোংননীঙায় শারম<br>শামু—তোংননীঙায় শারম | শারম তোংননীঙায়<br>———<br>শাদোং |
| থাং—য়ানবদা / তৌবদা / ককপদা — খুৎন স্নুননীঙায় খুৎলাই<br>শীংজং—য়ানবদা / ককপদা — খুৎন স্নুননীঙায় খুৎলাই<br>য়োং—য়ানবদা / তৌবদা — খুৎন স্নুননীঙায় খুৎলাই<br>তা—থিনবদা / লেংবদা — খুৎন স্নুননীঙায় খুৎলাই<br>তেন—কাপ্পদা / থাবদা — খুৎন স্নুননীঙায় খুৎলাই<br>... .... ... ... ...<br>... .... .... ... .... | খুৎন স্নুননীঙায়<br>খুৎলাই<br>———<br>খুৎস্নু-খুৎলাই |
| হৈ-রা—চাননীঙায় হৈনচিংব পোৎলম<br>ঈশিং-ঙুংশিং থক্লনীঙায় ঈশিংনচিংব পোৎলম | চানবা, থক্লবা<br>পোৎলম<br>———<br>অচা-অথক (অচাথক)<br>অসীনচিংব। |

## খোম্মান থরা

| | |
|---|---|
| ই—নাপী মথন্মা | ঈ—হকচাঙ্গী অঙাঙবা |
| ইকোক—ই মপুন | ঈকোক—ঈশিং—পাং তুরেন-মকোক |
| ইপান—নোংজুথা | ঈপান—ঈশিং মপান |
| উন—ঈশিং অম্মুংব | ঊন—হকচাঙ্গী কুয়োম |
| উরি—হরাই মথন্মা | ঊরী—মরী চংপ মপান |
| উরা—উ মরা | ঊরা—পাংকী উচেক্মা |
| উরোল—কাবক | ঊরোং—শীং মথন্মা |
| উল্লি-রাউরি—নিংথমগী ফিভম অমা | ঊরী-রারী—মরীচংপ শাগৈ |
| এল—য়েল | এন—পোংকী শাগোন্নবা গুণ |
| কং—ক্রোকলাউবি | কঙ—ঈশিংদা হৌবা নাপী মথন্মা |
| কাং—শান্নপোং | কাঙ—তীল মথন্মা |
| কাংলুপ—কাংগী থূং | কাঙলূপ—কাঙবু |
| কু—মামা | কূ—সন্দুক |
| কাইনৌ- -নিংথৌ মমিং | কৈনৌ—চেঙ্গৈ অনৌবা |
| কৈরেন—কৈ অচৌবা | কাইরেন—কূ অচৌবা |
| খংগোন—পৃথিবী | খঙ্গোল—চাইগোনগী তায়োন |
| খুজেং—খোঙ্গী কয়াংম | খূজেং—খূংকী কয়াংম |
| খূনীং—খোঙ্গী কয়াংম | খূনীং—খূংকী কয়াংম |
| খুং—শান্নপোং | খূন—লৈকাই |
| খুন—লৈকাই | খূম—ফু মথন্মা |
| খোং—পোচৈচ থোকফম কোম | খোঙ—হকচাঙ্গী কয়াং |
| খোংগন—লাউগন | খোঙ্গন—মেলৈ মথন্মা |

খোংগুন—জ্ঞান
খোংবান—খোং অশাংব
চগা—চাক অকাবা
চগো—হং মথল্মা
চগো—হং মথল্মা
চদীং—চাক অতীংব
চদূম—চাক মতূম
চনাং—চাক অনৈবা, চাক মনাং
চনিং—শীং মহৈ মথল্মা
চবূক—ময়ায়
চবোন—চাক মহী
চমাং—অচাচেঙ্গী তায়োন
চরি—চাক অরিবা
চরোং—চবুন
চরোয়—উচেক্মা
চং—হিয়াঙ হিদোংব শেনবা মী
চাক্লাং—চাক অমাংব
চৈরুং—মরুং ওইনবা চৈ
চোং—চোংগাং
তিং—মখোল্মা
তিল—য়াদা থোকপা ঈশিং
তুরৈ—তু মহৌ
তেন—শা, লানগী থূংলাইমা

খোঙ্গুন—খোঙফম
খোঙবান—তোর্ব্বান
চাগা—শেল অকাবা
চাগোং—থুম্মোক মথল্মা
চগু—চাক মপাম্বংব
চাদিং—অচৎপ শেল
চাদূম—চা মতূম
চনান—ফৌ মথল্মা
চনীং—পুক্কী শরুক্মা
চেবূক—চেয়ায়
চেবোন—বেলুন
চেমাং—তাসকী লোংগী তায়োন
চরী—চাকখাউ
চরোঙ—ফৌরৈজৈ
চেরোই—তাসকী অরোইবা চে
চঙ—তূম্মা স্নুদবা মশীং
চাক্লাঙ—চাক চাবা মমাঙ
চায়রুং—মায়গী শরুক্মা
চোঙ—নিংথৌগী লৈতেংম
তীং—থম্মোই
তীল—থরায় মথল্মা
তোরৈ—তূথেক
তেম—ফিশা থূংলাইমা

তৌবূং—তৌ হৌফম

তৌরা—শীং মথন্মা

থবুম—থরো মপূন্মানবা
( হিদাকক্ মচীন )

থাংখাং—থাক

থাবুম—থা মকোয়

থোং—ঈশিং লাম্নবা মরম

থোখাং—চৎনবা ময়াবা

থোগন—সেবা

থোপূং—থো—মুংগী পূং

নাজি
নাচি —নাগী লৈতেং

নিং—মখোন্মা

নিন্দুং—শিথরকপা থাথায়

নিম্মাঙ—পানথৎলকপা থাথায়

নোংখোং—নোং মখোং

নোংদোন—অতিয়া

নোংদোল্লৈমা—লাইরেন্ম অমা

নোংমাই--শাগৈ

নৌরাং—হিহোঞ্জৈ

পোং—শাগৈ

মং—পোংলোইফম

তৌবুন—লম্মিং

তোৰ্ব্বং „

তৌরাং - কক

থাবুম—থা মপূম—মুমিং
কুনথ্রানি

থেংথাং—থাকফম্মা

থাবূম—থা মপূম

থোঙ—চথোক-চচ্ছিনফম

থৌখৈ—মশক নাইবা থবক

থৌগং—মচুম চাদবা থবক

থৌবুং—সুমাঙ

নাশি—কোনগী হুই

নীং—হকচাংগী কয়াৎম

নীংচু „

নীং-মাঙ—মাঙ-তুং

নোংখোঙ—নোং মংব মক্কম

নোংখোন—ফম্মা

নোংথোল্লৈমা—শীংম

নোংমায়—নোং মমায়

লৌরাং—মুংথিন লৌকূম

পোঙ—ঈশিংদ হোন্নবা মরম

মঙ—তুম্মিডৈদা থোকপা থৌরম

| | |
|---|---|
| মংগোন—য়াইফবা | মাংগোন—য়ুমগী মীতিনকম |
| মরি—মশীং | মরী—শাগৈ নাতৈ |
| য়াইঙং—মরু-মরাং মথন্মা | য়াইঙাং—য়াই অঙাঙবা |
| য়াম্বি—উচেম্না | য়াঙবি—পন |
| লু—কোক্তোন | লূ—ঙা ফানবা মরম |
| লুচিন—লু মচীন | লূচীন—লূ মচীন |
| লুতোন—লু মতোন | লূতোন—লূ মতোন |
| লুনিং—লু মনীং | লূনীং—লূ মনীং |
| লুমাং—লু মমাঙ | লূমাঙ—লূ মমাঙ |
| শংগাই—খুৎলাইমা | শঙ্গাই—অঙম্বগী য়ুম |
| শংশোন—শঙ্কুং | শঙ্গোম—শন মখোম |
| শঙ্গোয়—শঙ মথন্মা | শেংগোই—কোইরপ কোয়বা |
| শঙ—য়ুম | শম—কোক্কী পোৎলম |
| শঙজি—শঙ ময়া | শমজি—শম অপুনবা মমৈ |
| শঙ্খোঙ—শঙ মখোঙ | শমখোঙ—শম মখোঙ |
| শোং—শম | শোঙ—শামু ফানবা খোংবান অকোয়বা |
| হং—নপ্ল-ফানবা মরম | হঙ—নম্ব খঙনবা শক্লেপ মথন্মা |
| হুই—পতুম | হূই—শা মথন্মা |
| হোই—হৌবা খঙনবা শক্লেপ মথন্মা | হোয়—য়াবা খঙনবা শক্লেপ মথন্মা |

অসীনচিংব।

| | |
|---|---|
| ইবা—খোৎপ | ঈবা—নাবা |

উইবা—কাবক তুম্ব
উংব—লাকহৎপ
কাংব—হোবা
কুবা—তম্ব
খংব—থুকপা
খিবা—কাঙবা
তংব—মহাউ য়েংব
তিংব—চৎপ
তুবা—তাবা
তোংব—কাম্নবা
পাইবা—থক্ত চৎপ
ফোংব—মীনা খঙনবা
য়াংব—খল নোপ্পা
লংব—মঙান লৈবা
লাংবা—কৎপ
লোংব—মায় থক্ত ওনবা
শংব—হাঙবা
শিবা—লোইবা
শিংব—হনবা
সুবা—য়ৈবা
হাংব—লোথোকপা
হুবা—খোকপা

উঙ্গবা—কনবা
উংব—উক্রু লৈবা
কাঙবা—থাঙ্গৎপ
কূবা—মথুপ মথুপ লৈবা
খঙবা—উবা
খীবা—ওকপা
তঙবা—পোঙতুনা লৈবা
তীংব—লূপ্প
তূবা—তাইবা
তোঙবা—পোনবা
পাঙ্গবা—থুৎন লোবা
ফোঙবা—খঙহনবা
য়াঙবা—খোঙ থুবা
লঙবা—লানবা
লাঙবা—হোংনবা
লোঙবা—য়াম্ন পানবা
শঙবা—য়েংব
শীব—থাবা
শীংব—লুম্বা
সূবা—নোম্বা
হাঙবা—কাংব
হূবা—লোম্না লোবা
অসীনচিংব।

# লোনয়াম থরা

| ৱাহৈ | মরোল | খুদম |
|---|---|---|
| ইকোক— | (ক) ই মপুন | — ইকোক কয়া স্নুরে |
| | (খ) ই মকোক | — ইকোক চাউইদা ! |
| | (গ) ই মকোক ওইবা | — ইথাগী ইকোক হাইগৎসি ( খঙ্গৎসি ) |
| ইচুম— | (ক) ই মচুম | — ইচুম নফি চোৎলে। |
| | (খ) ঐগী চুম | — মাদি ইচুম চাবা মীনি। |
| ইপান— | (ক) নোং মতম | — তোর্ব্বান্সি ইপান্দ মনিঙ্খায়রনি। |
| | (খ) ঐগী পান | — ইপান ফরিঙৈদা মরুপকী মরুপশাক্ত মঙায়রম্মি। |
| উ— | (ক) মশান্নমা | — অঙাংশিংন উ শান্নে। |
| | (খ) লৈবাক্ত হোৌবা শাগৈমা | — লৈবাকওংব শাগৈদা উনা মকোক্নি। |
| উকোক— | (ক) মশীং চনবা য়ারবা উপান | — ফোরেষ্টকী উকোক পানবা লাক্লগনি। |
| | (খ) উ মকোক | — উকোক অচৌবা য়েংঙ্গুনা লৌ। |
| | (গ) উ মকোক ওইবা | — উকোক হায়বমথৈ মানা খনথরে। |
| কং- | (ক) পূ্ংদ পানবা উকক | — তবল্লাগী কং অমম্ভু খেৎপিয়ু। |

(খ) ঈশিং — ঈশিংগা তাইনবা লম্বু কং (ঈশিং) গী ফাল্লি কংফাল কৌনৈ।

(গ) লৈকং — কুমশিদি চাউবদি কং লৌহোন্দা শেন য়াম্না সাথরে।

কাং— (ক) উরী মহৈ মথন্মা — চীংমায় অসিদা কাং য়াম্না পাল্লিবনি।

(খ) শাম্নপোৎ মথন্মা — অঙাংগী উকাং অমত্ত লৈবিরকউ

(গ) গাড়ী মথন্মা — লাইগী কাং সারবরা?

(ঘ) উসোব মথন্মা — কাংদ খুবাইশৈ লিংখৎকনি।

(ঙ) ফমথক — কাং হাবা লোইরবরা?

কা— (ক) য়ুমগী কয়াংম — য়ুমজাউ কামঙা অমত্তং সাউ।

(খ) মফম — ঐগী কাদবু মানা অদু তৌবা

কাও— (ক) ষণ — কৈথেল্দা কাওমা চৎলি।

(খ) ঙা ফানবা মরম— ঙসি কাও কাইরবরা?

কুম— (ক) মচু — কুম অমুবা মচুনি।

(খ) চহী — মসি কুমওন খুদিং হরাউবা লাইফম্নি।

কৈ— (ক) ফোগী শঙ — কৈ অনৌবা অমা শারে।
(খ) কৈ ওইবা খুন -- খুন অদূদি কৈনি।

কোৎ—(ক) ফো থম্নব মফম — কোৎ কোল্লবরা?
(খ) ফো হোল্লনবা কাংপোৎকী থুম্মোক — কুমশি কোৎ চামথক্কুং সাহৌই।

কোম—(ক) অঙম্বগী য়ুম — মাদি অঙম্বা কোম্দা চঙবা মীনি।
(খ) মফম — শঙ্গোম্দা থৌরি তারিবনি।
(গ) লোনম্ব — কোনভোবা মীদি মীতিম্নবা য়াবা হৌনদে।
(ঘ) খুৎলাই — ঐগী কোন অমা লৈজে।

খং— (ক) পাম্বী মথম্মা — খং মনম নমই।
(খ) অতিয়া — খংগী কোম্নি মালেম্বু শঙ্গোন কৌনৈ।

খন— (ক) হকপা, লূম্ব — মসীমদি খন লৈ।
(খ) সেন মঙা — চেঙ খন অনীদা লোরকউ।

খাং— (ক) মথোম্মা — কাংশি মখোন খাং লাউই।
(খ) পাম্বী মথম্মা — খাং পাম্বীগা হৌরি-লাক্লিবরা?
(গ) পোৎলম্মা — খাং অচৌবমতা য়ায়গে।

খুৎ— (ক) হকচাং কয়াৎম — খুৎ য়েৎ তিংথোকউ।
(খ) কাঙবু — মথোয়গী খুৎ লাক্লবরা?
(গ) খুৎই — মা মখুৎ ফজবনি।

(ঘ) খুৎকী হৈশিংবা — খুৎহৈবা মীনা ভাবা লৈবরা ?

চীং— (ক) লোইবি — কৌক্রু অরাংব চীংনি।

(খ) নিংথৌ — পোইরৈতোন চীংখোং (নিংথৌমচা) নি

চে— (ক) অচম্বা চে — চে লৈবা চৎলুই।

(খ) দলিয়চিংব — চে পুথোকপা ঙমগদরা ?

চৈ— (ক) অচম্ব চৈ — চৈ অমত্তু পুরকউ।

(খ) য়ারক শাজৈ — লক্মেনবদি চৈ চাবা হৌনৈ।

জাৎ— (ক) শাগৈ — জাৎ ফবা মীদি পুকচেন ফগল্লি

(খ) শৈদা — মহাক্কী ইশৈ জাৎ মুংশি।

তম— (ক) তম্বাক — মচানা মমাগী তমদদা মুত্তাইজৈ।

খ) চীংন কোয়বা লম — চীং তম অনিমক্ক বর্গ মাইল কয়ানো ?

তোং— (ক) হকচাঙ্গী মহাউ — লূ তোংদ পক্লবা ধর্ম্ম খংথা থাবা করি ঙমক্কম লৈ !

(খ) মন্নিন হোবা পোংলম — ফীশা উতোং অমতা লৈগে।

থা— (ক) থবাক — মচা মথাদা কোনবী মুপীগী শকক্কম অঙকপনি।

(খ) অথোকপা থা — থানিন্দা মুমিংক'থাগা শিন্নৈ।

| | |
|---|---|
| (গ) মুমিৎ কুপ্প্ নিঙ্গী মতম | — মুমিৎ কুপ্প্ নিনা থা অমনি। |
| নম— (ক) নংগন | — ননম চৈ চাগেরা ? |
| (খ) ইনফি | — নম অপাবা অমতা পামই। |
| নমঙা—(ক) কাংথোম্নচিংবগী কম | — কাংথোন নমঙা পাল্লবরা ? |
| (খ) নিংথৌ শেনবা অঙম্বা | — অনন্তশাহ মন্ত্রী পুম্সিবনা গৌরশ্যাম, জয়সিংহ অনিগী নমঙানি। |
| নাৎ— (ক) পাম্বী মখম্মা | — নাৎকী উতোং ফংগদরা ? |
| (খ) ফি খোংদিংম | — ফি নাৎ ফারবরা। |
| (গ) লীচৎ | — মপা মপুগী নাৎ থাঙমদে। |
| নীৎ— (ক) পূক্লিং | — সংসারদা মনীং থুংব কনা লৈ। |
| (খ) তুং | — নীং-মাঙ য়েংন চৎলু। |
| (গ) নীংথু | — নীং তাবা ফজগ্রে। |
| মুমিৎ—(ক) অথোকপা মুমিৎ | — মুমিৎ থোক্লে। |
| (খ) মতম | — চয়োল অমদা মুমিৎ তরেৎনিনি। |
| নোং —(ক) মঙান | — নোং ঙাল্লে। |
| (খ) মুমিৎ অথোকপা | — নোং (মুমিৎ) বু পোকঙাই নোংপোক কৌনৈ। |
| (গ) মতমগী তাংকক অমা | — করি নোংদ থোক্লগবা ঙাইরিবনি। |
| (ঘ) ঈশিং | — নোং চুরে। |

মা— (ক) অপোকপী — ইমাগা মমাগা মরুপ্নি।
(খ) তৌল অমা — মা চিকপা খাঙডমদে।
(গ) মহাক — মা ঐগী ইনাউনি।

মি— (ক) হকচাং মমি — মিদা চাকচাইহদে।
(খ) তৌল অমা — মি অমা লাক্লে।

মৈ— (ক) পোংলম্মা — মৈ পোংলম্মগী অমনি।
(খ) নীঙ্গী শরুক্মা — শা অয়াম্বা মমৈ পাল্লি।

মো— (ক) শন খোংব মখোন — শন মো খোংই।
(খ) তৌল অমা — ফিদা মো য়াম্না লৈরে।
(গ) লৈতে-নচিংব খঙনবা শক্লেপ অমা — কেক্রেক কেক—মো, মো।

মৌ— (ক) মশম হাইগংলবী নুপী — চাওবী মৌনি।
(খ) মমুম পাল্লকপী — শাগৈগী মৌ লোইনা চোংথোকউ।
(গ) শম হাইগংপ — নমৌ অদু মৌ খোম্বিরোদনা।

য়াঙ— (ক) নংগন — মাদি য়াঙদা স্বা হৈবনি।
(খ) য়ুমথক মতোন — য়ুম য়াঙ হোরে।
(গ) অওইবা — ময়াঙদা ভাঙবা মীদি মীনা নুংশিনদে।

লম— (ক) মফম — করি লম য়োরে।
(খ) ওয়্নীঙাই মরম — ইংখোল অসি লম কয়ানো?

শীং—(ক) মৈ থানবা পোৎলম — চাক লোংনবা শীং লৈরবরা ?

(খ) শীংউৎনচিংবা — শীংন নাছুই লোনখিছ্না চৎপগ্গা য়াদে।

হা—(ক) হোৱা খণ্ডনবা শব্দেপ। — হা নিপ নহাকপু ভাবরা !

(খ) পোৎলম অমা — হা অণ্ডানবা চাগেরা ?

ছুই—(ক) পন্থম — ছুই অমতং থারবদি চেৎলগনি।

(খ) চীন্ন খোংব মখোংম — মহাক ছুই খোংছ্না লাক্লে।

হৈ—(ক) অরা-পোকথোকপা খণ্ডনবা খোল্লেম্মা — চৎলু চৎলু হ হা হৈ।

(খ) চানবা পোৎলম — হৈ চাসীনা !

অসীনচিংব।

**লোনকক থরা**

অমস্থং, তৌইগুম্বস্থং, আঃ, ইঃ, উঃ, এঃ, ঐঃ ওঃ ঔঃ, অসীনচিংব।

## ৱাহৈগী খোস্থোক অমদি মথল

ৱাহৈ মনুংদ থরনা খোনবুগী অৱাংবা খোস্থাং ( উদাত্ত ) ফমফয়ে ; থরা অমনা অনেম্ব ( অনুদাত্ত ) কায়দোংনৈ ; অমুক থরা অমনা তান্নক ( স্বরিত ) ফম্বৈনৈ। খোস্থাং অমমমথক্ত ফমফম্নবশিং অসী নত্তবা অমদগী হেনবা খোস্থাং নেৎপা কোঙ্গায় অমগু লৈ। অদুনা, অহানবা কাণ্ডলুপ অহুম অসিবু, খোস্থাং অমমমথক্তা ফমফম্ননিঙাই, ফমদোম্ন হাঙ্গনা কৌ

অদ্‌গা অকোনবা কাণ্ডবুবুনা, অমদগী হেনবা খোঙ্খাং ফমফমনিঙাই, ফম্লোন হাঙ্গনা খোন রাহৈগী কাণ্ডলুপ মপুং অনী খোকপা য়াই।

ফম্লোনগী পথৈদা তাবা রাহৈশিংবু মাগী মাগী ফমফম য়েংহৃনা, অরাংবদা ফমবুনা অরাংব শম্‌ রাং, অনেমদা লৈববুনা অনেম শম্‌ নেম অদ্‌গা তালক্ত তাববুনা তালক শম্‌ লক হাঙ্গনা মচা অহুম তাবা য়াই।

শম্‌, রাহৈ ফমফম মতুংইন্‌ ফমদোম, ফম্লোন হাঙ্গবা কাণ্ডলুপ অনী খোকই। অকোনবা কাণ্ডল্‌পকী নেম-রাং-লক হাঙ্গবা মচা অহুমনি।




খঙ্গদবা—লোনকক্কী পথৈদা তাবা অমদি খোনবুগী খোনম্থাং অমত্তমক ফমফমহৃনা লোম্লোম্নবা রাহৈ পুন্নমক ফমদোমগী পথৈনি; অদুগা অমদগী হেনবা খোঙ্খাং খোঙনেংনহৃনা তোঙান তোঙানবা মরোল পোকপা অমদি লোম্লাম্নবা রাহৈ পুন্নমক্তা ফম্লোনগীনি।

## ফম্লোন থরা

**উবা** (রাং)—শুবা—নচাদি লৌ উবা ঙমজরবরা?

(লক)—মিত্ত তারবা—ঐনা উবা হাঙ্গববু তোম্বদনি।

**কাবা** (নেম)—(ক) অরাংব ভমথংপ—উকাবা হকচাং কৈ।

(খ) মথক্লম চংপ—মহাক্তি কোম্লুং কাবা মীনি।

খঙ্গদবা—কৈথেন হায়বা রাহৈ মতুংদ লাকপা কাবা হাঙ্গবা রাহৈগী শক্লেপ

মথক্রম চৎপা হাঙ্গৈবা মরোন ঙম্বদা নত্তনা লৈব-য়োনবা হাঙ্গৈবত্ত ঙম্মি।

**কৈথেন কাবা**—কৈথেন চৎপ—মহাক কৈথেন কাগদরা?

কৈথেন্দা পোচৈচ লৈব-য়োনবা | — ঐ কৈথেন কাবা চৎলুই।

(রাং)—(ক) হোবা — হৈতবনা চনবা উচল ময়া কাবা হৌনৈ।

(খ) লাঙ্গৈবা — মচা মশু কাবা মী পঙলৈ লৈবা হৌনদেদা।

(লক)—(ক) মৈনচিংব অশাবনা শোকপা |—ঙা কাবা মনম নম্মিদা।

(খ) রাবা—মহাক কাবগী অমুক্তং হাঙ্গৈবত্ত য়ৌরবনি।

**কিবা** (রাং)—পুনবা—লংকিবা লাইরিক অদূ পুরকউ।

(লক)—থুকপা—মীকিবা মী জুগোৎ চাগন্দে।

**কোনবা** (নেম)—(ক) চুম্ন তাদবা—মদূদি মশানা কোনবা চৈনি।

(খ) মুক্তুনা খোঙ্গৈহনবা—নঙ কাঙহু কোনবা হৈগদরা?

(রাং)—(ক) থীনবা—ঐনা কোনবা ঙসিদনি।

(খ) মমৈ খোম্বা—ঙসি কনানা কোনবা।

(লক)— (ক) হকচাংন পকপা—ঐনা কোনবদা মহাক হেক্ত নোকই।

(খ) য়োকপা—অঙাং ওইবী মমাদি মচা কোনবা হৈগন্দে।

(গ) থোক্স উরোংখিনবা—লম কোনবদনা, মরাকী
মথৌদাং ওইনা তৌজবনি

(ঘ) কনবা—মিংথোকপা কোনবা মীবু কনানা
শোক্লগনি

কোবা (নেম)— ক) তেনবা—ফুরিত্তু মতোন্দদি কোবা তাই।
(খ) য়াংপা—ঈশিং কোবা কুম মী নাগল্লি।

(য়াং) - অয়াম্ব ওমহুনা
ওাওবা — করিনো লাউনা কৌরেদা?

(লক)—থোনবা—চাউবা কোবা নিপা অমা লাক্লম্মি।

থাবা (নেম)— (ক) থুমদবা—চুহী শেক্ক অমা থৈমুনস্ত
নোংমাংখানা থাবা কবা হৌমদে।
(খ) —মহাক্না ঐবুদি শ্বাবনা থেংলবনি।
(লক)—থিংব —ওসি শঙ্কন থাবা তাদ্নি।

থাকপা (নেম)—শোনবা—নোংথাংচাইবা য়াচেৎ থাকপা
মশিঞ্জংনি।

(লক)—থম—উচিনা চাক থাকপা মুকয়া য়াম্লে।

থাওবা (নেম)—(ক) ককপা—থাও অসীনদি য়াশা থাওবা
য়ারোই।
(খ) পুবা—মচা-কাঞ্জনব-মৈচাক থাওবা
ওমদহুনা ওাওরবনি।
(গ) শীজ-শীথকপা—হিয়োয়-চাক-থাওবা
কৈদৌঙৈ তাৱে?

(লক)—ননবা—ঐগী মোনসি কনবনা থাওবা নায়ে।

**খৌবা** (নেম)—(ক) তুকচবা—মীনা-মীবু পখৌ খৌবা
ভৌদবনিদা।

(খ) কিবা—অরুবনা অরুববু খৌবা ময়োশানি।

(লক)—লাইরি থৎপ—ঙসি লাইখৌবা মুমিংনি।

**চাবা** (নেম)—(ক) পূক্ক চনবা—চাকচাবা মতম ওইরে।

(খ) চুনবা—শক্ক চুগা চাবা শাজং হাঙ্গবত্থ
ওইরেদনা!

(গ) হকচাংগ মাম্নবা - চাউরক্লবনিনা হান্নগী
ফুরিৎ অমত্ত চাবা লৈত্রে।

(য়াং)—অয়েস্থ চৎপ—চাবা ওক্লেনহায়।

(লক)—(ক) লং থৈবা—কি চাবা থরা খেৎমিন্নসি।

(খ) লনবা—কিনি হাঙ্গয়ে ইচা চাবা ঙাক্তা।

**চিবা** (য়াং)—য়াংপ—শেল চিবা মতম লোকইদা।

(লক)—মনীং হৈবা--চুহী চিরিবরা?

**চোংব** (য়াং)—ময়োন হুনবা—হৈ ময়োন চোংলে।

(লক)—(ক) ফনবা—মহাক্তি খোংয়াই চোংব শানবনি।

(খ) লানবা—পন চোংব তম্মু।

**চোনবা** (নেম)—(ক) শাংথবা—কিসি থরা চোনবা তাই খল্লি।

(খ) কোনবা—মহাক্তি থবক চোনবদা থংবনি।

**চৌবা** (নেম:—পৌবা—ময়া চৌবনিনা য়াতা ফজৈ হাঙ্গবমক্তি
য়াত্রেদনা।

(য়াং)—চাউবা—য়াশচৌবা অমত্ত থাঙবিয়ু।

তকপা (নেম)—কংনবা তানবা—মচানা মমাদা অচাপোৎ তকপা [illegible]

(লক)—কুপথায়বা, মকুখোকপনচিংব—চক্রি কৌ তকপা য়াম্বিরা ?

তাবা (নেম)—(ক) খুৎন সেম্ব—মহাক্ন মোইথাপ তাবা ফজথ্রে।

(খ) থোনবা—ঐহাক লৈপন তাবা তারি।

(গ) খোঙনা খুৎন তকপা—খোঙপাক্ন তাবদনা মতীক হেক চায়।

(য়াং)—(ক) থক্তগী খাদা লাকপা—হৈনৌ তাবা মখোন অমা তায়।

(খ) মকম তোকপা—ক্ষম তাবা মী য়েংব মুংঙাইতে।

(গ) হনবা—ঈশিং ময়েং তাবা মতৌ মাঙ্গি।

(ঘ) লৈমায়দা লৈবা—পৈশা তাবা অসি উদয়া ?

(ঙ) থোকপা—ঙসিদি শেন থরা তাবা ঙমরা ?

(চ) ওইবা—পুং কয়া তাবা মতম ওইরে ?

(ছ) লৈবা—পাঙম মণিপুরদা তাবা য়াম্না কুইরে।

(জ) য়োৌবা—ঐখোয়বু কবো তম্পাক কদৌঙৈশিং তাবা ঙমগদগে ?

(ঝ) খুতম থাবা—লাই লৈতাবা লৌখৎকনি।

(ঞ) মানবা—মহাক্তি মপাগী শক্তা তাবা মচানি।

(লক)—(ক) নাদা চনবা—মিৎকীনা উবা নাগীনা তাবা মশিঙ্গাংনি।

(খ) খুনবা—মহাক্কি রা তাবা হৈবদি।

(গ) লাকপা—ঈ-পাউ তারবরা ?

তাকপা (নেম)—তুম্না মাঙবা—লীক্লা তাকপা মতম ওইরে।

(লক্ল)—(ক) তম্বিবা—মহাক লাইরিক তাকপা হৈ।

(খ) চেনবা- কনা পাউতাকপা চংকদৌরি।

(গ) হোদোকপা—ঐনা মঙোন্দা মরোন

তাকপা তারেদনা।

তিংব (রাং)—(ক) পানথংপ—পূং তিংব তারিয়ে।

(খ) কোম্বোক্লুনা থম্ব-- থোরী তিংব লম্বীদ' চংলু।

(গ) পাক্ল য়ানবা- ফি অমত্ত তি'সিব ।

(লক)—চংপ—হন্দক্তি শেল থরা তিংব তারে।

তুম্ব (রাং)—পিকপা—মচীন তুম্ব চৈ অমত্ত পুরকউ।

(লক)—(ক) মাঙবা—রাখংনবা পাম্বনিনা মরন-মথুম

থরা তুম্ব হাঙ্গৈবত্তুনিদনা।

(খ) লোইবা—হকচাং তুম্ব মতম ওইরে।

(গ) মশক ওনবা—উন তুম্ব লৌত্রে।

তৈবা (রাং)—(ক) থৈবা—ইক্লুং শোরা তৈনা ঙাল্লে।

(খ) ওল্লবা—রা অদু য়াম্ন তৈরে।

(লক)—(ক) মোংপ—মশা ইতৈ-তৈবা মী অমা লাক্লমই।

(খ) রাইরমশেংবনচিংথ—ইমুং-মাজোন তৈবা

লোইরে।

(গ) মচু থাবা—মহাক্তি লাই হিলাক তৈবা

য়াম্ন হৈবনি।

তোংব (রাং)- কান্নবা—হৌজিক মতম্না কন্নিনো
শেনফোংব থবকপু অমত্তু লৈতে।
(লক)—(ক) খুনেং শায়োং শীজিন্নবা—মহাক কাক্ত
লোল্লাই তোংব য়াওই।
(খ লাংব - নিংথৌ কম্বান তোংব কৈদৌউনো ?
তোনবা (রাং) —(ক) মমৈ ওইবা—মখোয় মচীথ্রনাউশিং
মরক্তদি থোইবনা ইতোম তোনবনি।
(খ) ফিভম ফত্তর।—তানবা নংবদনা ঐগী ইশক্লি।
(লক)—লন লওবা—শেন তোনল্লনা মহাক জ্ঞান তাক্লনি।
তোম (নেম)—নম—নজী পম্মু লৈপাক থরদংগ তোম চুমই।
(লক)—খাইবা—ঐখোয় লৈকাই তোম তারে।
তৌবা (নেম) - য়োং থাবা—লৈপাক্তৌবা হৌররি।
(রাং)—লৈত্তেং হাপ্প—মনানা কামতৌবা কি ভাক্তনি।
(লক)—থবক পাঙবা - মহাক থবক্তৌবা হৈ।
থকপা (নেম)—মংগল—ইথক থকপা কত্তে।
(লক)—মহৈনাওবা চাবা—ঈশিং কাহেন্ন থকপা কত্তে।
থাবা (নেম —(ক) মৈ হৌবা মৈ থাবা ম্রাকনা ?
(খ) মৈ চুবা—কাউশং থাবা ম্রানি।
(গ) চৎহনশিবা—কৈরৌই পোং থাবা তারি ?
(ঘ) শিবা—মী অমা থাবা তারে।
(ঙ) [illegible] থাবা চংউ।
(চ) [illegible]—[illegible] থাবা [illegible] ঊজনবনি।

(ছ) য়োনবা—মা কা থাবা চংলি।

(য়াং)—লিংব—হৈ থাবা মতম ওইরে।

(লক)—(ক) চানবা—খুমুদা শেন থাবা মাথরে।

(ঘ) নম্ব—মৌবানী মুক্লা থাবা ওয়দে।

(গ) কংপ—অপোকপথাবা পোচ্চৈ পুরকউ।

থেনবা (নেম)—লূদবা—অদূদি ইথেন থেনবা পুথ্রিনি।

(লক)—(ক) পৈবা—মীয়াম থেনবা উইদা।

(খ) থিনবা—মাঙোম্দা থেনবদা মথংই।

থোংব (য়াং)—থোম্ব—চাউবদি কাঙক্রম থোংব ফজবনি।

(লক)—চারুচিংব থোংব—চাকথোংব মী লাক্লবরা?

থোনবা (নেম)—(ক) লৈতেংব—লাইদা লৈ থোনবা ফজে।

(খ) য়ায়া পানবা—মসী মনা থোনবা শনারৈনি।

(গ) শেংপ—শ্রীযুৎ থাঙজেং থোনবা লোইরে।

(ঘ লোনবা—থবক অনী থোনবা তারে।

(য়াং)—খূদোন তম্ব—মমা মপানা মচামস্পূগী

ফিরোন থোনবা হৌনৈ।

(লক)—থাঙ্গৎপিবা—ঐগী লূকমাই কনানা থোনবা তারে?

থোম্ব নেম) হাপ্প—থবক্ত পঙথোমদা থোম্ব তারবোইনা।

(য়াং)—(ক) পঙশেত্ত শেংপ—কিদা পঙথোমদা

থোম্ব ফজবরনে?

(খ) থোংব—মানা কাঙক্রম থোম্ব ফজে।

(লক)—ওম্ব, ফুপ্প—অপোম্ব কি থোম্বহ্ মঙাররে।

থোৌবা (নেম)—(ক) চেক্সলনবা—থানিন শগোন থোৌবা হৈবদা ফাওরিবনি।

(খ) তকপা—দর্জিদবু থবক থোৌবা তম্লবদা ফুরিং ফংগ্রে।

(গ) মী মবুক খওদোকপা—মাদি মী মবুক থোৌবা হৈগ্রবনি।

(রাং)—(ক) মচীন ময়া ফবা—নওনা পাঈবা থাঙ থোৌবা হৌনদে।

(খ) শিংব - ঐগী অঙাংদি মনা য়াম্ন থোৌই।

(লক)—ফংনবা তানবা—শেন থোৌবা কনগ্রেদা!

নংব (রাং)—রাংপ—ঐ শেল নংবনা মহা ওইরে।

(লক)—(ক) মতম চানা য়োৌবা—নহাক ওসি স্কুল নংবর। ?

(খ) মতম চানা লোইবা—থবক্সি নংব ওমগদর। ?

মনবা (রাং —তকপা—মহাক মুন্না নল্লে।

(লক)—(ক) খা থাবা—চাপানা ননবা চে অদু শংলু।

(খ) থওজিনবা—মঙোন্দ থবক অদু হেক নন্সিল্লু।

(গ) শেগা তাংব - অহল-ওইবা মপা মমানা মচা মন্দূনা ননবা মশিঙ্গাংনি।

নম্ব (নেম)—(ক) নমদুনা থম্ব—নথোয়গী ভাস্নী নম্নীবরা ?

(খ) থাবা—চাউবনা তোম্ববু মমথ্রে।

(গ) খুৎন সুবা—ঐগী পূক থরা নম্বীমুবা।

নানবা (নেম)—(ক) সুবা—মহাক মশা নানবা মীনি।

(খ) খুনাম থাবা রাবা—লম্বী মানবনা খোঙ থাবা য়াদে।

(গ) শোঙবা—মচিন নানবা মীনা ঙুংশিনদে।

(লক)—(ক) খুংন শীংপ—অতাং মশা শান্নিবদ্ থরা নানবিয়ু।

(খ) বয়নচিংব পীবা—নস্থ অসী অমুক্ত নানবিরম্মু।

পকপা (নেম)—চুমবা—কজবদি তৌরিবমবৈ পকপনি।

(লক)—নন্ন ম.কোক্ত নাপি পকপা খঙগ্রমাল্লে।

পনবা (নেম)—(ক) য়ৈথংপ—ঈশিং পনবা তারে।

(খ) লৈবা—ঐ নোংম-মিনিদং অসিদা পনবা তান্নি।

(রাং)—অমদা লোৈবা—হৈ মথক্ত পনবা-উরে।

(লক)—হাঙ্গবা—মতাং চারে পনবা য়ান্ননি।

পাবা (নেম)—(ক) থাদন্না—য়ান্ন পাবা কি পাম্মি।

(খ) কুদবা—নদী শমজেৎসীদা পান্নবদি কি পাবা তারে।

(রাং)—লাম্বাজোবা—মগো মান্নদি প্পাবা রাই।

(লক)—লাইরিকয়েবনচিংব—নঙ লাইরিক পাবা তাদে কৈদৌক্ল।

পানবা (নেম)—মমিং সুবা—ঙুংশা কনবন্সিনা কি সুবা পানবা তারে।

(রাং)—(ক) য়ানবা—হৈ পানবা উরবরা?

(খ) পাঙবা—থবক পানবা তারে।

(লক)—(ক) পুন্সিনবা—কোন পামথা য়ারবরা?

(খ) পানফবা—মহাক্ন পানবা মতমদা
লৈবাক ফনা ঈংই।

পৈবা (নেম)—(ক) ঙাম্ব—উখোঙ অদু পৈবা ওইনা উইদা।

(খ) চুমদবা—উখোঙশিং অসীদি পৈবগী
পৈবা ঙাক্ত।

(গ) পৈবা—ব্না পৈবা হৌরে।

(ঘ) অরানবা—ব্না পৈবা ঙাঙবা হৌনদে।

(লক)—পূর্ন থম্ব—ফৌচেঙ পৈবা হোৎনরি।

পোনবা নেম)—(ক) তুফক-তুফাই-চনবা—মমা-লৈতবা
মচা মতু-পোনবা হৌনৈ।

(খ) লং তাবা মুন্দবনচিংব—লং অসী
মুন্দছনা পোনবনা লোইরে।

(রাং)—মীখা থাবা—মীখা পোনবা লৈবাক
চাউখৎপ ঙমদে।

(লক)—তোঙবা—মনম-পোনবা মী ফজদে।

পোম্ব (নেম)—(ক) থোংব—চগেম-পোম্ব এঙ্গাং মথম্মনি।

(খ) শাত্রিবা—লৈ পোম্ব মতম ওইরে।

(লক)—(ক) শাউবা—চীন পোম্ব শাউবগী শকফম্লি।

(খ) তোঙবা—মখোঙ পোম্ব হৌরে।

ফকপা (নেম)—মহাউ ফকপা—হৈসীদি ফকপনা মহা ওইথরে।

(লক)—ছেৎপ—উকু ফকপা হোৎনরি।

ফনবা (নেম)—চোংব - চোং-ফনবা অভাংগী হৌনশানি।

(লক) - (ক) শনবা— মশা ফনবা উচু খরা হাইদংলু।

(খ) নাপন তৌবা—মহাক্তি ইফন্দ ফনবনি।

ফাবা (নেম)—(ক) খূং চনবা—সিকাই মী ফাবা লাকই।

(খ) পুনবা—লী ফারবরা?

(গ) তূবা পানবা—লং ফারবরা?

(রাং)— চাইবা - শম্ফাবা মীওইবা হৌনদে।

(লক)—চেক্লিন্দবা—শেনফাবা মীদি নংব হায়বগুম ভায়রে।

ফানবা (নেম)—থকপা— ঈশিং ফানবা লোইরে।

(লক)—ককপা— মহাক শজিক ফানবা লাক্লে।

ফেনবা (নেম) পৈবা—ফি ফেনবহু সেম্মু।

(লক)—লং কৈবা - মসীদি লংদোম ফেনবনি।

মনবা (নেম —হকপা—রা মনবা ফঙ্ঘে।

(রাং)—(ক) খুভম তাবা—নিংথৌ অমনবা লৈরিবরা?

(খ লিবা—ফি অমনবা মচেং অমতা পামই।

(লক)—(ক) অফবা লৌথংপ—হংগাম মনবা য়াওরি।

(খ) খুনবা—লৌবুক্তা ফৌ মল্লি।

(গ) হেকপা—ইংখোন্দা এঙ্গাং মনবা হোৎনরি

মাবা (নেম)—মাঙজীন থংব—বাল্মীকি ভারতকী চৈজিংখুমাবনি।

(রাং)— শিবা মাঙবা—মপীনা কোন্দবা নক্কম মাবা হৌনৈ।

(লক) —উদনা থিবা—খোঙনা পোং মাবা হৌনদে।

মুনবা (রাং)—(ক) মপূং পুম্ফা ফাবা—হৈনৌ মুনবা মতম ওইরে।

(খ) লুম—মহাক য়াম্নীদা মুন্দুনা লৈরে।

(লক)—নমদুনা লোবা—মীশী মপোৎ মুনবা হৌনদে।

মোনবা (নেম)—(ক) থোংপ—মোইরাংকো চাক্তি মোনবা হৌনৈ।

(খ) তম্ম—থবক মোনবা মী মীওইবা হৌনদে।

(লক)—লাক্নপ লাক্নপ লোথোকপা—মাদি মোনবা হৈগ্রবনি।

য়ানবা (নেম)—ককপা—উ য়ানবা চদ্রবরা?

(য়াং)—লোচ্ছনা থম্ব ফি অদু ফিয়ানথোক্ত য়াল্লু।

(লক)—তোংনবা—ঈশিংয়ানবা শঙ্গোম হাউত্তে।

য়োনবা (নেম)—লঙবা—মীঙোন্দ য়োনবা বা ঙাঙ্গনু।

(লক)—শেনগা শিন্নবা—ঐ পোৎ য়োনবা চংলুই।

য়োবা (নেম)—(ক) মুঙাইতবা—থম্মোইদা য়োবা থবক ঙাক্ত মানা তৌথোরকই।

(খ) কাহেম্ন পাম্ব—চানীংবনা হেক য়োবা হাঙ্গীবচু ওইরে।

(লক)—(ক) লম থুংব—কদৌঙৈ য়োবা তারি।

(খ) লাকপা চৎপ—কদৌঙৈ ঐখোয়দা য়োবা তম্লি।

লংব (য়াং)—(ক) চ্ছনবা—লৈতুম লংব ফত্তে মী পাল্লুগনি।

(খ) মতম মাঙহনবা—লংচ্ছনা লৈথোকনু মমৈদা তেকচাক নম্মগনি।

(গ) ফত্তনবা শীনবা—মী লংবা হৌনদে!

(লক)—মঙান লৈবা—মসীমদি সনাগা অক্সা ওইনা লংইদা।

লানবা (নেম)—(ক) য়াংম য়োবা—তুরেন লানবা তারে।

(খ) শিবা—কদৌঙৈশিং লানবা য়ানা লৈরি ?

(গ) স্বর্গ কাবা—অকবা মীদি লানবা তৌনৈ।

(ঘ) কান্নবা—অশিবা চুক্ত হৌদোংন লানবা কত্তে।

(ঙ) চঙকম শোইবা—কাংক্রম লাল্লে।

(চ) তেন্দোকপা—হৌজিক্তি মতম লাল্লেদনা।

(ছ) লওবা—লাই লম্নানগনিহায় !

(লক)—(ক) শোয়বা—অঙ্ক লানগনি মুম য়েংউ।

(খ) লওবা—মীঙোন্দ লানবা কত্তে।

লাম্ব (নেম)—পূক লাম্ব—চাক্লাম্ব মতম্নি।

(লক)—থুং তিংথোকুনা লৌবনচিংব—অরাংবদি পোংলাম্ব কাল্লে।

লিংব (রাং)—পোংচৈ থাবা—ঐ হক্কাম লিংই।

(লক)—কনহৈবনচিংব—মশা লিংব মী য়েংব মুংঙাই।

লেম্ব (নেম)—লৈহৌবা—চাক লেম্বরা ?

(রাং)—নীংথিবা—মহাক লেম্ব মীনি।

লোনবা (নেম)—(ক) রা ঙাংব—তেনবা মরোল লোনবা উচেক্নি।

(খ) মরেক ভাকনবা—ফি লোনবা তম্লিবরা ?

(গ) থিংজিনবা—মথাদা চৈ অমত্তুংদ লোনবা তারে।

(ঘ) ভোতুনা সেম্ব—ওসি অলু লোনবা চাই।

(লক)—থোনবা—মহাক মুপীলোনবনি।

লোম্ব (রাং)—(ক) লোইবা—থবক লোম্বরা ?

(খ) তুমদবা—রা তোংল্লোম অমা চৌরে।

(লক)—মীহুৎ পুবা—মাগীদি ঐনা লোম্ব য়াগনি।

লৌবা (নেম)—(ক) পোচ্চৈ লৌবা—অত্তাং পোৎ লৌবা হৈরবরা?

(খ) লোকপা—দেরালীদা পৈশা য়াম্ন লৌবনি।

(গ) চাবা—প্রসাদ ফনা য়াম্না লৌরি।

(রাং)—(ক) কোৎপ—কি মচিদা লৌররে।

(খ) মরৈ হৈবা—মহাক্তি রভাঙথুদিং লৌবনি।

(লক)—মৈদা থাহুনা কংহনবা—ভা লৌবা লোইরবরা?

শম্ব (নেম)—(ক) তেনবা—মাদি রাশম্ব মীনি।

(খ) কাওবা—ইখোল শম্ব ফত্তে।

(গ) সুপ্প—রা শম্ব তম্মু।

(লক)—(ক) তাইবা—লং শম্ব হৈগদরা?

(খ) মখা তাবা—মাদি রা শম্ব হৈপ্রবনি।

শানবা (নেম)—চৎপা—মখোয় কদৌঙৈ শানবা তারবা?

(রাং)—ফুবা—রাশনা শানবা হাঙ্গৈবদুনিদনা!

(লক)—রায়বা পীবনচিংব—কি শানবা হৈবিরেদা!

শিংব (রাং)—হৈবা—মীদি খরা শিংবনা কৈ।

(লক)—হনবা—শেন্দোল শিংব লোইরবরা?

শেংব (রাং)—লমতু নাহুলনবা—লমতু শেংব লোইরবরা?

(লক)—মাংবগী তায়োন—ফিসীবু শেংব য়ারিবরা?

শেনবা (নেম) পৈবা—রাচেৎ অদু শেনবা তারে।

(লক)—য়েংব—ঐ শন্য শেনব তাম্নি।

শোনবা (নেম)—পাঙ্গল লৈতবা—শোনবা মতম ওইরে।

(রাং)—নীংসংব—হৌজিক মন্ত্র শোনবা মতম ওইরে।

(লক)—চিংখৎপ—ইন শোনবা হৈ হায়!

**শৌবা** (নেম)—শৌ শৌ লাউবা—মসীদি মতু য়াম্ন শৌবা ওইনা তৌই।

(রাং)—(ক) ভাকপা—রা অমতংদগা শৌবা তারি।

(খ) চোংব—য়েম্নৌং শৌবা মতম ওইরে

(লক)—শাহুনা ফুদোরকপা—ভসিদি হুমাং শৌবনা মহা ওইখরে।

**হকপা** (নেম)—লুম্ব—অঙাং মশা হকপ ফৈ।

(লক)—থাঙ্গনচিংবনা মকম থম্ব—থাঙনা হকপ মকম লৈ।

**হনবা** (নেম)—(ক) খোজোকপা—থাঙজৌনা হনবা মফম দু য়েংউ।

(খ) কুপ্ন য়েংব—রা হনবা হৈবা ফৈ।

(লক)—(ক) অমুক চৎপ—মহাক হনবা তারিবরা?

(খ) থবক থুৎহনবা—থবক অদু হনবা তারবরা?

(গ) হন্ন পীবা—মহাক্তা শেন হনবা লোইরবরা?

**হাবা** (নেম)—(ক) পৈবা—মসী লৈঙোইহাবা লম্মি।

(খ) হেনবা—থবক্ক হাবা মী হল্লুগল্লি।

(গ) চাক ঈশিং পনবা—চাক হাবা রায়।

(রাং)—(ক) য়োনবা—ঐ কি হাবা চৎলুই।

(খ) ঙ্কিংব—হাবা কন্তে. চোম নংগল্লি।

(গ) চঙবা—হন্দক কনা হাবা ভারে।

(লক)—(ক) লং থৈদোক থৈজিন তৌবা—কি হাবা থেৎসি লাউ।

(খ) চাবা—শ্রীযুৎ লুক হাবা মতম ওইরে।

**হাৎপ** (নেম) - শয়চিংব সেস্ব—শমজেৎ হাত্তোকউ।

(লক)—থরায় লৌবা—মীহাৎপত্থ কারে।

**হানবা** (বাং)—থল্লনবা—পিচকারী হানবা হৈগদরা?

(লক)—ওনবা—ঐনা হানবা মুমিৎনি।

**হাম্ব** (নেম) - শেংব খূৎ হাম্ব লোইত্রিবরা?

(লক) চওদবা—হরাইদি ইহাম হাম্ব ওাক্ত মরৈরে।

**হেনবা** (নেম লূবা শক হেনবা মী মীনা য়েংনবা হৌনৈ।

(বাং —লেপ্প চরা হেনবা মুমিত্তা শিন পাঙবা ফত্তে।

(লক)—রাৎপগী তায়োন—অসীন অত্থদগীদি হেনবা তাই।

**হৈবা** (নেম)—(ক) সাবা—কোন অমত্তা হৈবা ওম্বিগদরা?

(খ) ঈশিং থাবা—ঈশিং খিত্ত হৈবিবা য়াগদরা?

(লক) - থওবা—মহাক লাইরিকহৈবা মীনি।

**হৌবা** ( নম)—(ক) পোৎচৈ হৌবা—লৈ হৌবা উরবরা?

(খ) মতীংনচিংব ফুদোকপা—ওসিদি লোইনমক হৌবা উরে।

(গ) ভূম্বদগী হৌবা—মীহৌবা মতম্নি।

(লক)—(ক) মী হৌবা—স্কুল কাবদা থরা হৌবিরকউ।

(খ) থবক পাঙথৎপ—থবক হৌবা তারে।

# বাহৈগী ক্রিরেপ অমাদ মথল

বাহৈ মনুংদ কাওবু অমনা মপুং ওইনা অদুগা অমনা মশাং ওইনা চৎলি। অহানবগী শংথৈদা তাবশিংবু রাপুং হাঙনা কৌ অদুগা অকোন-বগীদা তাবশিংবুনা রাপাং হাঙনা থোন বাহৈ কাওলুপ অনি তাবা য়াই।

রাপুংগী পংথৈদা তাবশিংবু অমুক মশা মশাগী মঙম য়েংহনা মিং থৈবশিংবু **মিংথৈ**, মিংথৈ মরোং পুবশিংবু **মিংহুৎ**, মিংথৈদা থোনবশিংবু **মিংথোন**, থৌ পানবশিংবু **থৌবান**, থৌবান শেনবশিংবু **থৌশেন**, রাকম অনী নত্রগা রাহৈ অনী তাইবশিংবু **রাতাই** অদুগা নুংগী অরা নুঙাইনচিংব ফোঙবশিংবু **মুংফোং** হায়না মচা তরেং তাথোকপা য়াই।

রাপাংগী পংথৈদা তাবশিংবুত্ত মশা মশাগী য়েংহনা রুনা মপান ফননিঙাইশিংবু **রুইন**, রাহৈনা ফননিঙাইশিংবু **রাইন**, রাহৈ মরোন শেমদোকনিঙাইশিংবু **লোম্সেম**, মিংথৈ অমদি মিংহুৎকী শীং থৌগাই পানবশিংবু, মিংথৈ-মিহুত্ত পামঙাই **মিংবান** (শব্দবিভক্তি) অদুগা থৌবানগী মওং থাইবশিংবু **থৌথৈ** (ক্রিয়া বিভক্তি) হায়না মচা মঙা তাথোকপা য়াই।

শয়, রাহৈ ফিরেপ মতুংঈম রাপুং হায়বমগা রাপাং হায়বমগা কাঙলুপ অনী থোকই। অহানবগী মিংথৈ, মিংহুৎ, মিংথোন, থৌবান, থৌশেন, রাতাই অমদি মুংফোং হায়বা মচা তরেংনি; অকোনবগীনা রুইন, রাইন, লোম্সেম, মিংবান অমদি থৌথৈ হায়বা মচা মঙানি।



| | | |
|---|---|---|
| মিংথৈ<br>মিংচুং<br>মিংথোন<br>থোবান<br>থোশেন | — | থুদমগী অহানবা তাংকক্ত। |
| বাতাই | — | গা, বদি, গু নচিংব। |
| মুংফোং | — | আঃ ইঃ উঃ নচিংব। |
| রুইন<br>রাইন<br>লেন্লেম | — | থুদমগী অনীশুবা তাংকক্ত। |
| মিংবান | — | ৹, রু, না, দা, হু, গী, দা নচিংব। |
| থৌথৈ | — | ই, রি, রকই, রম্মি নচিংব। |

## বাতম অমদি মশক

বাহৈগী বাপুং পংথৈদা তারিবা মিংথৈনচিংব তবেংন রাফম পুম্বগী মিতম ওইবনা মথোয়গী মিইকম অমা লাউকে হাঙ্গনা থগুনৈ।

বাতমগী মশাগী কোমজনকপা শকফম মশীজিন্নবা শেমদোকই। অহুনা বাতম অমগী শকফম লেপ্লকে হাঙ্গীরবদি মহাকুনা তারুরিবা রাফম অহুদা মহাক মওং কম্রম শীজিন্নরি হাঙ্গীবহু রেংগদবুনি। লাঙ্গীনা হাঙ্গীরুরবদা বাতম অমবু লোণ্ডান তোণ্ডানবা মওংদ শীজিন্নবা য়াই।

### মিংথোন্নবা মিংথৈ

মিংথোন-শাজংনবা মিংথৈবু মিংথোন্নবা মিংথৈ কৌঈ।
ইশিং কম্বোং য়াম থৌক্রে।

খুদা কাঋল নীংথিবা অমত্ত পীংবিয়ু।
মেজ ফিদা ফজবা অমত্তং পামই।
লৈ পরেং অমত্তং লেংউ।
হিদাম কাংথোল অমত্ত চল্লাম্বা তারি।

থকী বাকমশিংদ মরেক চাউরিবা বাত্তমশিং অসী মশানা মিংথৈ ওইজরবসু মিংথোনগী শাজং চংপনা মিংথোয়বা নিংথৈ ওইরে।

খজদবা—মিংথোয়বা মিংথৈ মিংথৈদা থোনবা মিংথৈনি।

## মিংথোয়বা মিংচুং

মিংথোন-শাজংনবা মিংচুংপু মিংথোয়বা মিংচুং কৌই।

লাই'রক অসী পাউ।
চে অদু লাল্লকউ।
ফি অসীমদি কয়া পাওদে।
খুদৈ অদুমদি ফনা ফৈ।

থকী বাকমশিংদ মরেক চাউরিবা বাত্তমশিং অসী মশানা মিংচুং ওইজরবসু মিংথোনগী শাজং চংপনা মিংথোয়বা মিংচুং ওইরে।

খজদবা—মিংথোয়বা মিংচুং মিংথৈ-কোয়বা মিংচুংনি।

## মিংথৈনবা মিংথোন

মিংথৈ শাজংনবা মিংথোনবু মিংথৈনবা মিংথোম কৌই।

অঙ্গববু পামদবা কনা লৈ!
ফজববু মিত্তাদবা কনা য়াওই।
নাপংবনা করি ভাবা হৌনৈ।
মিত্তাংবনা উনিভাই করি লৈ!
থোওতেকপা অসি থর শম্বিয়ু।

থকী ৱাকমশিং অসিদা ময়েক চাউরিবা ৱাতমশিং অসী মশানা মিংথোন ওইজরবগু মিংথৈগী শাজং চংপনা মিংথৈনবা মিংথোন ওইরে।

খজদবা—মিংথৈনবা মিংথোল মিংথৈ কোয়দবা মিংথোন্নি।

## মিংথৈনবা থোৱান

মিংথৈ-শাজংনবা থোৱানবু মিংথৈনবা থোবান কোই।

ইরোইবা হকচাং কৈ।

চেনবা হকচাং য়াংই।

ওস্ত হৌবা পুন্সিনবা মরম্নি।

চাবা চাংনাইবা নাবা শেনফনিঙাইনি।

নোঙ-না লাইবক ফনৈ।

থকী ৱাকমশিংদ মরেক চাউরিবা ৱাতমশিং অসী মশানা থোৱান ওইজরবগু মিংথৈগী শাজং চংপনা মিংথৈনবা থোৱান ওইরে।

খজদবা—মিংথৈনবা থোৱান মিংথৈগী থোগাই পুবা থোৱান্নি।

## মিংথোন্নবা থোৱান

মিংথোন-শাজংনবা থোৱানবু মিংথোন্নবা থোৱান কোই।

চাউবা য়াম্না লুবা মীনি।

ভোম্ব ফনা কনবা অঙাংনি।

মহাক্তি অমদগু অমদগু চনবা মীনি।

ওসি লাকপা মী কনানো?

ওয়াং য়াইরেকপা মীকোক কয়ানো?

থকী ৱাকমশিং অসীদা ময়েক চাউরিবা ৱাতমশিং অসী মশানা থোৱান ওইজরবগু মিংথোনগী শাজং চংপনা মিংথোননবা থোৱান ওইরে।

খজদবা—মিংথোননবা থোৱান মিংথোনগী থোগাজই পুবা থোৱাননি।

## শব্দক্রম

ৱাহমগী নিপানি, নূপীনি, অনী-চৎপিনি অমদি শব্দলোংপিনি হাঙবা থণ্ডনশিংদা মওংবু শব্দক্রম কৌই। অদুনা নীপা-থণ্ডবা অমা, নূপী থণ্ডবা অমা, অনীমক থণ্ডবা অমা অদুগা অনীমক-লোংপ অমা শব্দক্রম মথল মরিনি। নীপা থণ্ডবা শব্দস্ব, নীপা থণ্ডনশিংই, নীপা-শব্দক্রম শম্ম পাশক নূপী থণ্ডবা শব্দস্ব, নূপী থণ্ডনশিংই, নূপী শব্দক্রম শম্ম পীশক, অনী-চৎপি শব্দক্রমবু, অনী ফাংনশিংই, শব্দক্রম অনীফাংবি শম্ম শকফাং অদুগা শব্দলোংপি শব্দস্ব শক লোংনশিংই, শব্দলোংপি শম্ম শক্লোং হাঙনা কৌবা ৱাই।

শম্ম, শব্দক্রম ৱাহমগী নীপা ওইবা নূপী-ওইবনচিংব শকফম তাকই। পাশক, পীশক, শকফাং অমদি শক্লোং হাঙবা শব্দক্রম মথল মরিনি।

পাশক — পা, পু, তোন, পম, ভাদা মামা-নচিংব।

পীশক — মা পেন লেদোন, মান, চে, নে নচিংব।

শকফাং — শন, ইরোই, হুই, হোদোং নচিংব।

শক্লোং — নাপী, শীংবী, উ ৱানচিংব।

## শব্দক্রম অমদি মথোক

লাম্বানবা শব্দক্রম মনুংদ থরনা মদোম মদোম থোক্লরক্লুনা লাম্বানৈ; থর অমনা, মশেল চো থোক্লহুনা ত্থানৈ: অমুক থরা অমনা নীপা-নূপী থণ্ডবা ৱাপাং মতেং লৌহুনা পোংপানৈ।

## মদোম থোক্লবা লাম্বা থরা

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| পা | |
| পাবা | মা |
| পাজি | |

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| পাবুং | মা<br>বোক |
| পম্থৌ | পলেম |
| পু | পন<br>পোক<br>পাবোক |
| পুথৌ | পেম্বৌ |
| পল<br>পাজিহন | নে, নেম ;<br>ঙ্গাল (মতু)<br>মাবোক |
| পঙ্কৌ | নে, নেম ;<br>ঙ্গাঙ্কৌ (মতু) |
| তোন<br>খুড়া | নে, নেম ;<br>ঙ্গোন (মতু) |
| য়াম্ব<br>তাদা | চে, চেম ;<br>তৈমা (মতু) |
| নাউ | চন |
| ৱা | তু |
| তৈ | নাউ |
| চা | মৌ (মতু) |
| মাক | মৌ<br>চা (মতু) |

**পাশক** — **পীশক**

কু, মান, মামা, মাতুল — নে, নেম ;

বাই — তৈমা ; চে, চেম (মতু)

শেল, শেল্লৌ — নাউ ; চন (মতু)

কুবোক — ন্দোন ; নেম্বোক (মতু)

তাউ — তা ; চন (মতু)

পাখং — সুমা, লৈশাবী, নিঙোল

লিপা — মৌ (মতৈ-মনাউ)

পাঞ্জা — লুঞ্জা, লুঞ্জাবী, নিঙোল

শিবা — নিঙোল

লাবা — অমোম

নিংথৌ — নিংথৌসু ( নিংথৌ ওইবী সুপী ; ), লৈমা, লৈমখুবি, লৈমখুবিনহা, অপাম্বি, অপাম্বিনহা ;

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| নিংথৌরেন | লৈমরেন |
| রাজোম্নিংথৌ | অক্কাসনা ; রাঙ্গোললৈমা (মতু) |
| অঙোমনিংথৌ | খুরাইলৈমা |
| লুরাংনিংথৌ | লুরাংলৈমা |
| খুমননিংথৌ | খুমনলৈমা |
| মোইরাংনিংথৌ | মোইরাংলৈমা |
| মৈতৈনিংথৌ | মৈতৈলৈমা মৈত্রেমা |
| লায়িংথৌ | লাইরেম্ম লাইরেম্বী (অনৌবা) |
| লাইবংথৌ | লাইলুড়া |
| শোরেল | অপুম্বি অসীনচিংব । |

## সাদোক্লবা লাম্বা থরা

অ'-না লোম্ব পাশক-তা ইকায়না লোমশিন্দ্না পীশক সাঙ্গ।

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| অরুবা | অরুবী |
| অহেনবা | অহেনবী |
| নীংথিবা | নীংথিবী |
| ফজবা | ফজবী |
| কৈরুংবা | কৈরুংবী |
| পুগ্রম্ব | পুগ্রম্বী |

| পাশক | পীশক |
| --- | --- |
| শারুংব | শারুংবী |
| শেল্লুংব | শেল্লুংবী |
| হুঙ্গবা | হুঙ্গবী |
| হুরানবা | হুরানবী |
| অশৈবা | অশৈবী |
| চৈজিংব | চৈজিংবী |
| নিপা | |
| মুপা | মুপী |
| পা | পী |
| ম্যাইবা | মাইবী |
| থোইবা | থোইবী |

অসীনচিংব।

আ-না লোন পাশক-তা ইকারনা নত্রগা ইন্-না লোমশিন্দ্নও পীশক শেম্মি।

| পাশক | পীশক |
| --- | --- |
| চাউবা | চাউবী ; চাউবিমু ; |
| তোম্বা | তোম্বী ; তোম্বীমু ; |
| মুবা | মুবী ; মুবীমু ; |

অসীনচিংব।

থোয়োল-অনীনবা আ-না লোম্ব পাশক-কী নীংথংব খোন্থাংদ ন্
শিন্জিন্দুনগু পীশক ওইনৈ।

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| অংবা | অংনু<br>অন্নু |
| কোবা | কোন্নু |
| খম্বা | খম্নু |
| চাউবা | চাউন্নু |
| তোনবা | তোম্নু<br>তোন্নু |
| থোইবা | থোইন্নু |
| পেবা | পেন্নু |
| মুবা | মুন্নু |
| মোবা | মোন্নু<br>মোম্নু |
| শেনবা | শেনন্নু<br>শেন্নু |
| হেনবা | হেন্নু |
| হৈবা | হৈন্নু |

অসীনচিংব।

## খ্রাপাংগী মতেংনা লাবা সাবা থরা

শকফাংনবা মিংথৈদা নিপা-নুপী তোপশিন্দুনা পাশক পীশক সাই।

| | |
|---|---|
| চানিপা | চানুপী |
| নাউনিপা | নাউনুপী |

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| স্পুনিপা | স্পুনুপী |
| পাঙনিপা | পাঙনুপী (পাঙনুবী) |
| মৈতৈনিপা | মৈতৈনুপী |
| হাওনিপা (হাওনুবা) | হাওনুপী (হাওনুবী) |

অসীনচিংব।

মুমাক-থঙবা মিংথৈদা চা-চনু হাপচিন্দুনা মুমাক মচাগী পাশক-পীশক লেপ্নি।

| | |
|---|---|
| উশমচা | উশমচনু |
| ওইনামচা | ওইনামচনু |
| এলামচা | এলামচনু |
| কাঙজমচা | কাঙজমচনু |
| খোয়বমচা | খোয়বমচনু |

অসীনচিংব।

চা-গা মিংঙোল-গম্ভ পাই।

| | |
|---|---|
| ঙাংবমচা | ঙাংবমিঙোল |
| চোংথামচা | চোংথামিঙোল |
| হাওবমচা | হাওবমিঙোল |

অসীনচিংব।

পিবা-গা মিঙোন-গম্ভ পাই।

| | |
|---|---|
| কোইজম্পিবা | কোইজমিঙোল |
| খোমজ্রাম্পিবা | খোমজ্রামিঙোল |
| খোংবম্পিবা | খোংবমিঙোল |

অসীনচিংব।

তুন্না থগুনরবদি মিপা-মনুপী হাপ্পি।

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| কোঙবম্নিপা | কোঙবমনুপী |
| য়েখোম্নিপা | য়েখোমনুপী |
| হিজম্নিপা | হিজমনুপী |

অসীনচিংব।

মনুপী-গী মফমদা মো ওইরবস্তু ওই।

| | |
|---|---|
| এলাংবম্নিপা | এলাংবম্নো |
| তোংব্রম্নিপা | তোংব্রম্নো |
| নান্দেবম্নিপা | নান্দেবম্নো |

অসীনচিংব।

লৈবাক-শাগৈ-থগুবা মিংথৈদা মচা-চনু, মচা-মনুপী নত্রগা মচা-নিঙোল হাপচিন্দুনা মচাগী পাশক-পীশক থায়।

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| পাঙম্মচা | পাঙনচনু<br>পাঙনম্নুপী (পাঙনুবী)<br>পাঙম্নিঙোল |
| মৈতৈমচা | মৈতৈচনু<br>মৈতৈম্নুপী<br>মৈতৈনিঙোল |
| কাছাড়মচা | কাছাড়চনু<br>কাছাড়ম্নুপী<br>কাছাড়নিঙোল |
| তখেম্মচা | তখেনচনু<br>তখেনম্নুপী<br>তখেম্নিঙোল |

অসীনচিংব।

শাগৈ-খণ্ডবা মি থৈনা পাশক ওইবদা মিংথৈহৃদা লোন হাপতুনা পীশক সাই।

| পাশক | পীশক |
|---|---|
| ইরাং | ইরাংলোন (মোইরাংনিঙোল) |
| খয়োই | খয়োইরোল (খুমন্নিঙোল) |
| খাবা | খাবরোল (খাগনিঙোল) |
| মুংবান | মুংবাল্লোন (লুরাংনিঙোল) |
| নোংবান | নোংবাল্লোন (অঙোম্নিঙোল) |

অসীনচিংব।

শা-উচেক-খণ্ডবা মিথ্নেদা লাবা-অমোম তপ্প্রুনা পাশক-পীশক খণ্ডনৈ।

| | |
|---|---|
| কাংঙলাবা | কাংঙঅঙোম |
| ঙামুলাবা | ঙামুঅমোম |
| শগোল্লাবা | শগোলঅমোম |
| শামুলাবা | শামুঅমোম |
| হামেংলাবা | হামেংঅমোম |

অসীনচিংব।

য়েন-দদি পা-পী পাল্লবস্থ পাল্লি।

| | |
|---|---|
| য়েল্লাবা | য়েনঅমোম |
| নত্রগা | য়েনবী |
| য়েনবা | য়েন্বী |

শনদা পীশক-তা অমোম নত্রগা পী চল্লি।

পাশক | পীশক
--- | ---
শল্লাবা | শনঅমোম<br>শনবী<br>শপ্পী

ওক-ভত্তু পীশক-তা অমোম নক্রগা পী চল্লি।

| | |
| --- | --- |
| ওক্লাবা | ওকঅমোম<br>ওকপী |

অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—গুরু-না অখণ্ড-অহৈনচিংব মরোল পোকপা মতমদা মমাঙদা পা-পী হাপচন্দুনা পাশক-পীশক থায়।

পা-গুরু | মা-গুরু
--- | ---

লাই খণ্ডনবা মতমদদি পাশক পীশক অনীমক চৎলি।

গুরু ( গুরু শিদবা ) | গুরু (লৈমরেল শিদবী)
--- | ---

য (পু) গু পাশক-পীশক অনীমম চপমান্নৈ।

য়ু (পু) | য়ু (পেন)
--- | ---
অসীনচিংব | অসীনচিংব।

## শীংদম

রাতমগী অমনি, অনীনি অমদি অনীদগী হেল্লি হাঙবা খণ্ডনিঙাই মওংবু শীংদম কৌই। অহুনা অমা খণ্ডবা অমা, অনী-খণ্ডবা অমা অদূগা অনীদগী হেনবা শম্ন মন্নাম খণ্ডবা অমা শীংদম মথল অহুম্নি। অহানবু শীং অমা চন্নঙাই শীক্কোক, অনীন্থবু অনী চন্নঙাই শীংপোৎ অদূগা অহুমন্থবু মন্নাম চন্নঙাই শীংন্নাম হাঙনা থোনবা ন্নাই।

শম্ন শীংদম-না রাতমগী অমনি, অনীনি অমদি মন্নান্নি হাঙ্বা মওং তাকই। শীক্কোক, শীংপোৎ অমদি শীংন্নাম হাঙবা শীংদম মথল অহুম্নি।

## শীক্লোক

মশানা অম-থঙনবা ৱাতম মথক্তা—

(ক) মশীং চয়নিংঙাই থঙনবা কোক-না লোইবা ৱাতম—
ইকোক (ইপুল), উকোক (উপূম), মীকোক (মীপূম), য়ুম-কোক (য়ুম্বুম), শাকোক (শাবুম), শীঙ্কোক (শীংবুম); হুইকোক (হুইবুম)...... অসীনচিংব।

(খ) নশীং-চৎপ অম থঙনবা নাম-না লোপ্ব ৱাতম—
ইনামা, উনামা, উচেক্নামা, খাওঙবুনামা, শন্নামা, সুকৃতুনামা, হংনামা...... অসীনচিংব।

(গ) অমত্ত থঙনবা মদোম-না থৈবা ৱাতম—
উদোম, খুন্দোম, য়ুমদোম, লংদোম, শঙদোম, হিদোম, হুইদোম.... অসীনচিংব।

(ঘ) মশীং কয়নিঙাই থঙনবা থোঙ-না থোপ্ব ৱাতম—
কৈথোঙ, খুম্থোঙ, য়ুমথোঙ....... অসীনচিংব।

(ঙ) মশীং থাননিঙাই থঙনবা মপুম-না নীথোপ্ব ৱাতম—
মীপূম, য়ুম্বুম, শীংবুম ..... অসীনচিংব।

(চ) মচা-তাবা থঙনবা খিবিক-কোয়বা ৱাতম—
উখিবিক, উয়ীখিবিক, লৈখিবিক, ৱাখিবিক, শীঙেলখিবিক, হৈখিবিক .. . অসীনচিংব।

(ছ) মশীং য়ৈব থঙনবা খূদিং লোয়নবা ৱাতম—
নিপা খূদিং, নুপী খূদিং, মী খূদিং, লৈপাল খূদিং, লৈয়াং খূদিং, হৈপাল খূদিং, হৈয়াং খূদিং...... অসীনচিংব।

(জ) মশীং-চৎপ অমা, অমত্ত অমত্তং-নচিংবপা থোঙলোয়নবা ৱাতম—
মী অমা, মী অমত্ত, মী অমত্তং, মী অমথক্তং...... অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

## শীংপোৎ

মশানা অনী-খণ্ডবা বাতম মথক্ত—

(ক) কাগুপ-কা কোন্নবা বাতম—

থুম কগুপ, পরেং কাগুপ, লম্বী কাগুপ ...... অসীনচিংব।

(খ) খাব্রাং-গা লোয়নবা বাতম—

উ খাব্রাং, মী খাব্রাং, লৈ খাব্রাং, শীং খাব্রাং ......অসীনচিংব।

(গ) ভূম্মা-গা শাগোন্নবা বাতম—

উচেকভূম্মা. মরু ভূম্মা, মী ভূম্মা— অসীনচিংব।

(ঘ) পাবোৎ-কা খোঙলোন্নবা—

থুম পাবোৎ, থুম্মোক পাবোৎ, শল পাবোৎ .....অসীনচিংব।

(ঙ) পোৎম-গা খোঙদিন্নবা বাতম—

ই পোৎম, ফৌ পোৎম, শল পোৎম....... অসীনচিংব।

(চ) অনী-গা চৎমিন্নবা বাতম—

উ অনী, রা অনী, শা অনী ..... অসীনচিংব।

(ছ) অনী-তপ্প বাতম—

ইবানী. নবানী, নৌবানী, মবানী, মৌবানী......অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

## শীংন্নাম

মশানা মন্নাম খণ্ডবা বাতম মথক্ত—

(ক) কাঙবু-কাঙলুপ-কা কোন্নবা বাতম—

উয়ানবা কাঙবু, হিচিংবা কাঙবু;
ইকানবা কাঙলুপ, ওাকাবা কাঙলুপ ... অসীনচিংব।

(খ) খুৎ-খুৎপু-গা লোয়নবা বাতম—

কাংখুৎ, কাংজৈখুৎ ;
নিপা খুৎপু. নুপী খুৎপু ; | ·· অসীনচিংব।

(গ) খোয়-না লোম্ব ৱাতম—
ঐখোয়, নখোয, মখোয় ;

(ঘ) মপৈ, ময়াম, মরূপ কোননবা ৱাতম—
উ মপৈ, রা মপৈ, শীং মপৈ ;
উচেক ময়াম, মী ময়াম শম্ময়াম ;
পোং মরূপ, মী মরূপ, শা মরূপ"; | অসীনচিংব।

(ঙ) শিং না লোম্ব ৱাতম—
উচেকশিং. মীশিং, শাশিং ......

(চ) শঙ্ গা চৎমিননবা ৱাতম—
উচেক শঙ্গু, শল শঙ্গু, শা শঙ্গু.. ... অসীনচিংব।

(ছ) অনৌদগী হেনবা মশীং থঙনবা ৱাহৈগা কোননবা ৱাতম—
মী অহুম, মী মরি, শল মঙা... .. অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

# থোদম

ৱাতমগী থোগাই তম্বনিঙাই মওংবু থোদম কৌই। থোবু ওইনা থোগাই তম্ব অমা, থোশক ওইনা তম্ব অমা, থোরোম্ব ওইনা তম্ব অমা, থোয়া ওইনা তম্ব অমা, থোথোঙ ওইনা তম্বা অমা, ঙাই ওইনা তম্ব অমা অদুগা থোকম ওইনা তম্ব অমা মওং তরেৎনি। অঁহানবা মওংবু থোবু অনিস্থববু থোশক, অহুমস্থববু থোরোয়, মরিস্থববু থোয়া, মঙাস্থববু থোথোঙ, তরুকস্থববু ঙাই অমদি তরেৎস্থববু থোকম হাঙৈনা কোবা য়াই।

থক্কী থোগাই মতম তরেৎ অসী নত্তবা মিংগো ওইনা তম্ব মওং অমগা লৈরি। অদুবুনা মিংগো হাঙৈনা খোনবা য়াই।

শয়, থৌদম-না বাতমগী থৌগাই মওং তাকই। থৌবু, থৌশক, থৌরোয়, থৌয়া, থৌথোঙ, ঙাই অমদি থৌকম হায়বা থৌদম মথম তরেৎনি। মিংগৌ হাপ্পগনা নীপান্নি।

## থৌদম অমদি বাথৈ (মিংবান)

বাথৈনা থৌদমগী থোঙনেৎনি। অহানবা বাথৈনা থৌবু গী, অনীস্থবনা থৌশক-কী, অহুমস্থবনা থৌরোয় গী, মরিস্থবনা থৌয়াগী, মঙাস্থবনা থৌথোঙ-গী, তরুকস্থবনা ঙাই-গী অদুগা তরেৎস্থবনা থৌকম গীনি। মিংগৌ-শু অহানবা থোঙনেৎনৈ। অদুনা, ০-না অহানবা অমদি নীপানস্থবা থৌদমগী, ০-বু-না অনীস্থবগী, দা-না অহুমস্থবগী, ঙোন্দ, দা-না মরিস্থবগী, দৈ, দগী-না মঙাস্থবগী, ০-ই-গী-না তরুকস্থবগী অদুগা দা-না তরেৎস্থবগী শকফম্নি।

## বাথৈ-চনবা মীগী শক্লোন

| শীক্লোক | শীংপোৎ | শীংয়াম |
|---|---|---|
| অহানবা—মী | মী-নী | মী-য়াম |
| | মী অনী | মী ময়াম |
| | | ......... |
| অনীস্থবা—মী | মী নীবু | মী-য়াম্বু |
| মীবু | মী-অনীবু | মী-ময়াম্বু |
| | | ......... |
| অহুমস্থবা—মীনা | মী-নীনা | মী-য়াম্না |
| | মী অনীনা | মী ময়াম্না |
| | | ......... |
| মরিস্থবা—মীঙোন্দা | মী-নীদা | মী-য়ামদা |
| মীদা | মী অনীদা | মী ময়ামদা |

| শীক্লোক | শীংপোৎ | শীংয়াম |
|---|---|---|
| মণ্ডাস্থবা—মীদৈ | মী-নীদৈ | মী-য়ামদৈ |
| মীদগী | মী অনীদৈ | মী ময়ামদৈ |
| | মী-নীদগী | মী-য়ামদগী |
| | মী অনীদগী | মী ময়ামদগী |
| | | .......... |
| তরুকস্থবা—মী | মী-নীগী | মী-য়ামগী |
| মীই | মী অনীগী | মী ময়ামগী |
| মীগী | | .......... |
| তরেৎস্থবা—মীদা | মী-নীদা | মী-য়ামদা |
| | মী অনীদা | মী ময়ামদা |
| | | .......... |
| মিংগৌ—মী | মী-নী | মী-য়াম |
| | মী অনী | মী ময়াম |
| | | .......... |

## ম্রাথৈ চনবা শলগী শক্লোল

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা—শল | শন-নী | শনয়াম |
| | শল অনী | শল ময়াম |
| | শল পোংম | .......... |
| | শল পাবোৎ | |
| অনীস্থবা— ,, | ,, | ,, |
| অহুমস্থবা—শন্ন | শন্নীনা | শনযাম |

মৈতৈ লোঞ্জল

| শীঙ্কোক | শীংপোৎ | শীংয়াম |
|---|---|---|
| | শল অনীনা | শম্নয়াম |
| | শল পোৎমনা | ............ |
| | শল পাবোৎন | |
| মরিস্নুবা—শন্দ | শন্নীদা | শন-য়ামদা |
| | শল অনীদা | শম্নয়ামদা |
| | শল পোৎমদা | . ....... |
| | শল পাবোন্ত | |
| মণ্ডাস্নুবা—শন্দৈ | শন্নীদৈ | শন-য়ামদৈ |
| শন্দগী | শন্নীদগী | শম্নয়ামদৈ |
| | শল অনীদৈ | শন য়ামদগী |
| | শল অনীদগী | শম্নয়ামদগী |
| | শল পোৎমদৈ | |
| | শল পোৎমদগী | |
| | শল পাবোন্তৈ | |
| | শল পাবোন্তগী | .......... |
| তরুকস্নুবা—শল | শন্নী | শন্-য়াম |
| শ্নগী | শন্নীই | শম্নয়াম |
| | শন্নীগী | শনয়ামগী |
| | শল অনী | শম্নয়ামগী |
| | শল অনীই | |
| | শল অনীগী , | |
| | শল পোৎম | |

| শীঙ্কোক | শীংপোৎ | শীংয়াম |
|---|---|---|
| | শল পোংমৈ | |
| | শল পোংমগী | |
| | শল পাবোৎ | |
| | শল পাবোংকী | . .. ... |
| তরেৎস্থবা—শল্দ | শন্নীদা | শনয়ামদ |
| | শল অ-ীদা | শন্ময়ামদা |
| | শল পোংমদা | ......... |
| | শল পাবোক্ত | |
| মিংগৌ—শল | | |

## রাবৈ-চনবা ঐ-গী শক্লোন

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা—ঐ | ইবানী | ঐখোয় |
| ঐহাক | ঐখোয়নী | ঐখোয় ময়াম |
| | | .......... |
| অনীস্থবা—ঐবু | ইবানীবু | ঐখোয়বু |
| ঐহাকপু | ঐখোয়নীবু | ঐখোয় ময়াম |
| | | .......... |
| অহুমস্থবা—ঐনা | ইবানীনা | ঐখোয়না |
| ঐহাক্ল | ঐখোয়নীনা | ঐখোয় ময়াম্ন |
| | | .......... |
| মরিস্থবা—ঐঙোন্দ | ইবানীদা | ঐখোয়দা |
| ঐহাক্ত \| * | ঐখোয়-নীদা | ঐখোয় ময়ামদা |
| ঐদা \| | ঐখোয় অনীদা | ......... |

* পঙনা শীজিন্নদে।

| শীঙ্কোক | শীংপোং | শীংয়াম |
|---|---|---|
| মণ্ডাশুবা—ঐডোন্দৈ | ইবানীদৈ | ঐখোয়দৈ |
| ঐডোন্দগী | ইবানীদগী | ঐখোয় ময়ামদৈ |
| ঐহাক্কে | ঐখোয়-নীদৈ | ঐখোয়দগী |
| ঐহাক্কগী | *ঐখোয় অনীদৈ | ঐখোয় ময়ামদগী |
| ঐদৈ | ঐখোয়নীদগী | .......... |
| ঐদগী | ঐখোয় অনীদগী | |
| ৬ সুবা—ঐই | ইবানীই | ঐখোয়ই |
| ঐগী | ঐখোনীই | ঐখোয়গী |
| ঐহাকী | ইবানীগী | ঐখোয় ময়াম |
| | ঐখোয়নীগী | ঐখোয় ময়ামগী |
| ৭ সুবা—ঐডোন্দ | ইবানীদা | ঐখোয়দা |
| ঐহাক্ক | ঐখোয়নীদা | ঐখোয় ময়ামদা |
| ঐদা | *ঐখোয়-নীদা | .......... |
| মিংগৌ— X | | |

## মাথৈ-চনবা মা-গী শক্লোন

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা—মা | মবানী | মখোয় |
| মহাক | মৌবানী | মখোয় ময়াম |
| | মখোয়-নী | .......... |
| | মখোয় অনী | |
| অনীসুবা—মাবু | মবানীবু | মখোয়বু |
| মহাকপু | মৌবানীবু | মখোয় ময়ামবু |
| | মখোয়মীবু | .......... |
| | মখোয় অনীবু | |

* পঙনা শীজিন্নদে।

| শীক্নোক | শীংপোৎ | শীংয়াম |
|---|---|---|
| অহুমস্থবা—মানা | মবানীনা | মখোয়না |
| মহাক্ | মৌবানীনা | মখোয় ময়াম্ |
| | মখোয়-নীনা | ...... |
| | মখোয় অনীনা | |
| মরিস্থবা— মতোন্দ | মবানীদা | মখোয়দা |
| মহাক্ত | * মৌবানীদা | মখোয় ময়ামদা |
| মাদা | মখোয় নীদা | ..... |
| | মখোয় অনীদা | |
| মগাস্থবা—মতোন্দৈ | মবানীদৈ | মখোযদৈ |
| মতোন্দগী | মবানীদগী | মখোয়দগী |
| মহাক্তৈ | মখোয়নীদৈ | মখোয় ময়ামদৈ |
| মহাক্তগী | * মখোয়নীদগী | মখোয় ময়ামদগী |
| মাদৈ | মখোয় অনীদৈ | |
| মাদগী | মখোয় অনীদগী | |
| তরুকস্থবা—মাই | মবানীই | মখোয়ই |
| মাগী | মবানীগী | মখোয়গী |
| মহাকী | মৌবানীই | মখোয় ময়াম |
| | মৌবানীগী | মখোয় ময়ামগী |
| | মখোয়নীই | |
| | মখোয়নীগী | |
| | মখোয় অনীই | |
| | মখোয় অনীগী | |

* পঙনা শীজিন্নদে।

| শীক্লোক | শীংপোৎ | শীংয়াম |
|---|---|---|
| তরেৎশুবা— মঙোন্দ | মবানীদা | মখোয়দা |
| মহাক্ত \| * | মৌবানীদা | মখোয় ময়ামদা |
| মাদা \| | মখোয়নীদা | ......... |
| | মখোয় অনীদা | |
| মিংগো— × | | |

## ব্রাথৈ চনবা নঙগী-শক্লোল

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা—নঙ | নবানী | নখোয় |
| নহাক | নৌবানী | নখোয় ময়াম |
| | নখোয়নী | ......... |
| | নখোয় অনী | |
| অনীশুবা—নঙবু | নবানীবু | নখোয়বু |
| নহাকপু | নৌবানীবু | নখোয় ময়াম্বু |
| | নখোয়নীবু | ......... |
| | নখোয় অনীবু | |
| অহুমশুবা—নঙনা | নবানীনা | নখোয়না |
| নহাক্না | নৌবানীনা | নখোয় ময়াম্না |
| | নখোয়নীনা | |
| | নখোয় অনীনা | |
| মরিশুবা—নঙোন্দ | নবানীদা | নখোয়দা |
| নহাক্ত | নৌবানীদা | নখোয় ময়ামদা |
| নঙদা | নখোয়নীদা | |
| | নখোয় অনীদা | |

---
* পঙনা শীজিন্নদে

| শীঙ্কোক | শীংপোৎ | শীংয়াম |
|---|---|---|
| মঙাসুবা—নঙোন্দৈ | নবানীদৈ | নখোয়দৈ |
| নঙোন্দগী | নবানীদগী | নখোয়দগী |
| নহাক্কে | নৌবানীদৈ | নখোয় ময়ামদৈ |
| নহাক্কগী | * নৌবানীদগী | নখোয় ময়ামদগী |
| নঙদৈ | নখোয়নীদৈ | .......... |
| নঙদগী | নখোয়নীদগী | |
| | নখোয় অনীদৈ | |
| | নখোয় অনীদগী | |
| তরুকসুবা—নঙ | নবানীই | নখোয়ই |
| নঙগী | নবানীগী | নখোয়গী |
| নহাক্কী | নৌবানীই | নখোয় ময়াম |
| | নৌবানীগী | নখোয় ময়ামদগী |
| | নখোয়নীই | .......... |
| | নখোয়নীগী | |
| | নখোয় অনীই | |
| | নখোয় অনীগী | |
| তরেৎসুবা—নঙোন্দ | নবানীদা | নখোয়দা |
| নহাক্কে | * নৌবানীদা | নখোয় ময়ামদা |
| নঙদা | নখোয়নীদা | |
| | নখোয় অনীদা | |

মিংগৌ— ×

অসীনচিংব অসীনচিংব।

* পঙনা শীজিন্ননদে

# মিংথোল অমদি মথোক

(ক) থোবাম অনী পুলয়ত্নুনা মিংথোল সাই।

চাবা+হৈবা—চাবহৈবা;

নীংব+থুংব—নীংবথুংব;

পাবা+কনবা—পাবকনবা;

চাবহৈবা মীনা থিং মনোয়।

নীংবথুংব মীদি নোকপা হৌনৈ।

পাবকনবা অঙাংন হৈবা হাঙ্গৈবদুমঙাইদনা।

অসীনচিংব।

(খ) মিংথৈ অমগা থোবান অমগা পুলয়নুনত্ত সাই।

পুক+ফবা—পুকফবা;

মিং+পানবা—মিংপানবা;

লৈ+তাবা—লৈতাবা;

পুকফবা মী মীনা মুংশিনৈ।

মিংপানবা মী শোয়বা হৌনদে।

লৈতাবা থম্মোইদনা শিন পাওই।

অসীনচিংব।

(গ) থোন্নোল অনীনবা পয়্-বয়্-বা লোয় য়্রাক-থঙনবা বাহৈগী পয়্-বয়্-গী অম্ মিংথোল ইয়া ওই।

ভোকপয়—ভোকপিয়া;

থোংবয়—থোংবিয়া;

পেবয়—পেবিয়া;

তোকপিয়া পণ্ডিত অচৌবা খণ্ডদ-খণ্ডবা, হৈদ-হৈবা নীপানি।

থোংবিয়া মোইরাংনিংথৌ লেম্মি হাঙৈনৈ।

পেবিয়া পণ্ডিতনা কংলা নুংথোঙ হাংখি হাঙৈনৈ।

খজদবা—শাপম, ঙাংবম, হাওবম-নচিংবদদি অম্-দা আ ওই।

শাপম—শাংপ ;

ঙাংবম—ঙাংব ;

হাওবম—হাওবা ;

শাংপ চাউবা হুহারনি।

ঙাংব শেলুংব, নিংথৌ-ঙম্ব নীপানি।

হাওবা গৈবীরাম গরীবনরাজ হাক্তকী সনাপতিনি।

অসীনচিংব।

থোরোল অনীদগী হেনবশিংদগু আ ওই।

অরাম্বম—অরাম্ব ;

চনম্বম—চনম্ব ;

অরাম্ব চাউবা ঐগী মামনি।

চমম্ব পেনাখোংবনা পেনা অমুক নৌনা পানখংখি।

অসীনচিংব।

(খ) জম্-না লোইবা বাহৈগী জম্-গী অম্ আম্ব ওই।

কাংজম—কাংজাম্ব ;

কোইজম—কোইজাম্ব ;

নিংথৌজম—নিংথৌজাম্ব ;

কাংজাম্ব শুবদায় নিংথৌ অমগী হাক্তক লৈখাক

পুখিবা নীপানি।

কোইজায় পেনা-শকপা লৈবাক-ফাওবা অশৈবনি।
নিংথৌজায় সুবদার চাউদম-শাংদম্ব মীনি।

অসীমচিংব।

খজদবা—হিজম ফিজম-নচিংবদদি মবৈগী ম্-দা বা ওই।

হিজম—হিজবা;

ফিজম—ফিজবা;

হিজবা ধবলো লৈবাকীদমক রাখিবা মী অমনি।
ফিজবা জমান্দার নিংথৌকি ফংথি।

নিংথৌখোংজম গীনা অম্-দা আ ওই।

নিংথৌখোংজম—নিংথৌখোংজা;

নিংথৌখোংজা কূৎ-না তা অমগা চুং অমগা লেপপ্রবদা
পাবিনিঙাই কনা লৈখিদে।

(৬) থাম্-দাম্-না লোইবা বাহৈগী-গী আম্-ম! মাঙই।

চিংথাম—চিংথা;

চোংথাম—চোংথা;

চিংথা জমান্দার জর্ম্মন লান চৎখিবা অমনি।
চোংথা মিয়া মেজর অমগী মিংনি।

খজদবা—থৌদাম, হিদাম-নচিংবদদি ম্ মাঙলবত্ত মাঙই, ম্ দা বা
ওইববত্ত ওই।

থৌদাম—থৌদা, থৌদাবা;

হিদাম—হিদা, হিদাবা;

হিদা শংলাকপা লৈরিবরা?

হিদাবা লাইরিক-হাণবা লৈশিত্রবরা ?

অসীনচিংব।

(চ) থেম-না লোইবা বাহৈদা বা হাপচিন্নি।

মোইরাংথেম—মোইরাংথেম্ব ;

লৈশাংথেম—লৈশাংথেম্ব ;

মোইরাংথেম্ব চাউবা য়োরক্লবরা ?

লৈশাংথেম্ব হন্নুবা বার্ত্তোন থাবরা ?

অসীনচিংব।

(ছ) দেম্‌-না থৈবা বাহৈগী এম্‌-দা ইবা ওই।

থাইদেম—থাইদিবা ;

থাইদিবা লাকণা লৈত্রে।

(জ) খোম, চোম, মোম-নচিংবনা খোম্বশিংগী ওম্‌ ওইনা ওই।

য়েখোম—য়েখোইবা ;

অচোম—অচোইবা ;

শমোম—শমোইবা ;

য়েখোইবা মেঙ্গর ব্রজবাসীগী সেবকনি।

অচোইবা মোইরাংনিংথৌ অরাম্বাই মপা-লৈতনা হৈ।

শমোইবা মাইবা থাও স্নুবদা পাবিনিঙাই লৈতে।

অসীনচিংব।

থক্তদবা- রাইখোমদদি রা ওই।

রাইখোম—রাইখ্বা ;

ওসি রাইখ্বা লীলাল লম্পাক্তা কাওজে শারগনি।

থোকচোমগীদনা আউ ওই।

থোকচোম—থোকচাউ ;

থোকচাউ গঙ্গাশিং মমিং-নাইবা নিপানি।

খোইরোম, হুইড্রোম-নচিংবদনা বা হাপচিল্লি।

খোইরোম—খোইরোম্ব ;

হুইড্রোম হুইড্রোম্ব ;

খোইরোম্ব চাউবা লাকদরা ?

হুইড্রোম্ব লালুপচিংবা কাররুববা ?

অসীনচিংব।

(ঝ) শম, শ্রম-না লোইবা বাহৈগী ম-দা বা ওই।

উশম—উশবা,

লিশম – লিশবা ;

লাইশ্রম—লাইশ্রবা ;

উশবা চাউবা মচীঞ্জাক-চাবা মীনি।

লিশবা তোম্ব শামুহঞ্জবগী মীনি।

লাইশ্রবা সুবদার মতিক চাবা নিপানি।

অসীনচিংব।

(ঞ) ময়ুম-না থোব বাহৈগীদি ময়ুম মাঙলগা মাঙই, মাঙত্রগা মাঙদে।

গুরুময়ুম—গুরু ; গুরুময়ুম ;

লাইরেন্ময়ুম—লাইরেন ; লাইরেন্ময়ুম ;

হিদংময়ুম—হিদং ; হিদংময়ুম ;

গুরু তোম্বনা হাঙ্গবনি।

লাইরেল অঙৌ তৌব-ঙম্ব নিপানি।

হিদং চাউবা পূজারিনি।

অসীনচিংব।

(ট) ভারতীয় শব্দগীদি মশা মশাগী অতাবি অদু অতুম মশীজিন্নৈ।

| | |
|---|---|
| দেশ—দেশী, দেশীয় ; | রাজনীতি—রাজনৈতিক ; |
| প্রদেশ—প্রাদেশিক ; | সমাজ—সামাজিক , |
| প্রান্ত—প্রান্তীয় ; | স্বদেশ—স্বদেশী ; |

ঐগী ফি অসীদি দেশীনি।
হৌজিক্তি দেশীয় রাজ্য পূম্নমক চুপশিনখ্রে।
প্রাদেশিক শাসনগী মরীদা খরদং খন্নরীঙাই লৈ।
হিন্দীদা প্রান্তীয় ভাষা য়াম্না লৌশিল্লে।
মনিপুরগী রাজনৈতিক অবস্থা অরেম্ন হাঙ্গনবা ওমত্রি।
মৈতৈগী সামাজিক সংস্কার মতম ওইরে।
ওসি-ওয়াং অসীদি স্বদেশী ফিনা নম্ন শেংনরে।

অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

## মিংথোল অমদি শক্লোল

মিংথোল শক্লোল অহুম পুই। অমনা মশাগী শকফম মপুংদুনি ; অদুগা অমনা মশা'মগা থানবদা লোকপগনি ; অদুগা অমুক অমনা ময়ামগা য়েংনবদা খনগংশদুনি। অহানবগীবু শক মপুং ওইনগাই শক মপী শয় শকপী, ময়াইগীবু শকথানবদা লোকপা শক ওইনগাই শক অরোকপা শয় শক্লোক অদুগা অকোনবগীবুনা শকয়াম য়েংনবদা খঙৎপ শক ওইনগাই শক অথনবা শয় শকথল হাঙ্গনা কৌবা য়াই।

শন্ন, মিংথোল শক্লোল অহুম চংলি। অমনা শকপী, অমনা শক্লোক অদুগা অমুক অমনা শকথল হাঙ্গনা কৌই।

## শক্লোন অমদি মথোক

শকপী-দা হেনবা তপ্পগা শক্লোক, লোলেম ই নত্রগা পূর্ন তপ্পগনা শকথল থোকই।

| শকপী | শক্লোক | শকথল |
|---|---|---|
| ফজবা | ফজবহেনবা | ইক-ফজবা, পূক্ক-ফজবা, |
| শেংবা | শেংবহেনবা | ইশেং-শেংব, পূমশেং-শেংবা ; |
| হেনবা | হেনবহেনবা | ইহেন-হেনব, পূক্কোন-হেনবা ; |
| | | অসীনচিংব। |

ফজবা অঙাং মীনা মিস্তানৈ।

অনীসিদগী ফজবহেনবা'মা থক্লৌ।

ময়ামচুদগী ইক-ফজবচু নহাক্তী শক্লি।

থোলেল মতেংনগু মিংথোলগী শক্লোক-শকথল সাই।

| | | |
|---|---|---|
| মুংশিবা | হেন্ন মুংশিবা | ইহেন-হেন্ন মুংশিবা |
| | থোইনা মুংশিবা | পূক্কোন-হেন্ন মুংশিবা |
| | | পূমথোই-থোইনা মুংশিবা |
| মেঙবা | হেন্ন মেঙবা | ইহেন-হেন্ন মেঙবা |
| | থোইনা মেঙবা | পূক্কোন-হেন্ন মেঙবা |
| | | পূমথোই-থোইন মেঙবা |
| | | অসীনচিংব। |

ইবোহল মুংশিবা অঙাংনি।

ইবোহল ইবোয়াইমদগী হেন্ন মুংশিবা অঙাংনি।

' ইবোহল খ্বাইদগী ইহেন 'হেন্ন নুংশিবা অঙাংমি।

অসীনচিংব।

## মিংথোল অমদি মশীজিন্ন

মিংথোল মশীজিন্ন অনীনি; অমনা মিংথৈগা শাগোন্নবনি, অদুগা অমনা থোৱাল্লোম্না তিনবনি। অহানবগীদু মিংথৈগা শাশোন্নহুনা মিংথোল-মিংথোল ওইনা চংনঙাই মিংথোন্নবা মিংথোল অদুগা অকোন-বগীবুন থোৱানগা তিন্নহুনা থোৱাল সানঙাই থোৱান্ন। মিংথোন হাঙ্গনা কোবা য়াই।

শন্ন, মিংথোল শীজিন্নবা মতুংইন্ন মিংথোন্নবা মিংথোল হাঙ্গব'মা থোৱান্নবা মিংথোল হাঙ্গব'মা মথল অনীনি।

### মিংথোন্নবা মিংথোল

নুংশিবা লৈরাং মিহৌদবা কনা লৈ!
ককবা শকুম মিতাদবা থম্মোই কনা মরৈরিগদরা!
পোমশাংনবী লৈরাংগী মায়থীকম মথোককারকপী
নুজানি।
উইনমকনবা মীদনা মমান্ন পাকই।

অসীনচিংব।

### থোৱান্নবা মিংথোল

চাউবা হাঙ্গবা মিপাদো ককবনিবা!
ইবেতোন হাঙ্গবীদো লুজবনিকো!
অঙাংদো ময়াম্বনা চাঙবনি।
নহাদো মথুংশিংবনি।

অসীনচিংব।

## মিংথোলগী শক্লোক অমদি মশীজিং

থননবা থঙনবদা অনীদা শকপী শীজিন্নবৈ; তাননবা থঙনকনবা শক্লোক শীজিন্নবৈ। অহানবগীদবা লাখা ফিংথোল মশেল তাল্লোন-নি হাঙবা অদুগা অকোনবগীদনা মশানি হাঙবা থঙবৈ।

—চাউবগা ভোক্লগদা তোম্বনা ফজবনি।

—চাউবগা ভোম্বগদা তোম্বনা ফজবনি, চাউবনা ফজদবনি।

—চাউবগা ভোম্বগদা তোম্বনা ফজবনি চাউবনা থীবনি।

—মচীম্বনাউদা মনাউনা শিংবনি।

—মচীম্বনাউদা মনাউনা শিংবনি, ময়াম্বনা শিংদবনি।

—মচীম্বনাউদা মনাউনা শিংবনি, ময়াম্বনা পঙবনি।

নঙ মাগদা নঙনা লানবনি।

—নঙ মাগদা নঙনা লানবনি, মানা লান্দবনি।

—নঙ মাগদা নঙনা লানবনি, মানা চুম্বনি।

অম্নীনচিংব।

চাউবগা ভোম্বগদা তোম্বনা ফজবহেনবনি।

—চাউবত ফজবনি তোম্বত ফজবনি; ফজবা অনীদা তোম্বগীনা হেনবনি।

মচম্বনীংদা মনম্বনা ফবহেনবনি।

—মচম্বনীংদা মনম্বত ফবনি, মচনত ফবনি; ফবা অনীদা মনম্বগী-না হেনবনি।

মাগা ঐগদা ঐনা থীবহেনবনি।

—মাত থীবনি ঐত থীবনি; থীবা অনীদা ঐগীনা হেনবনি।

অমীনচিংব।

অনীদা [illegible] পুনসিবা [illegible] [illegible]-একথম-না অহুম ৱাপুই।

চাউবা, "তোম্ব," কোবা অহুমদা কোববা ফজবনি।

—চাউবা, তোম্ব, কোবা অহুমদা কোববা ফজবনি, চাউবগা তোম্বগনা ফজবনি।

—চাউবা, তোম্ব, কোবা অহুমদা কোববা ফজবনি, চাউবগা তোম্বগনা থীবনি।

লৈকাই মচাশিংদ চাউবনা লীচৎ-ফজবনি।

—লৈকাই মচাশিংদ চাউবনা লীচৎ ফজবনি, অতৈনা লীচৎ-ফজবা নত্তবনি।

—লৈকাই মচাশিংদ চাউবনা লীচৎ ফজবনি, অতৈনা লীচৎ থীবনি।

নজ, মাগা, ঐগা অহুমদা মানা লুবনি।

—নজ, মাগা, ঐগা অহুমদা মানা লুবনি, নজ ঐগনা লুদবনি।

—নজ, মাগা, ঐগা অহুমদা মানা লুবনি, নজ ঐগনা চহনি।

:অদীমচিংব।

চাউবা তোম্ব, মোবা অহুমদা মোবনা ইশিং শিংবনি।

—চাউবগু শিংই, তোম্বগু শিংই, মোবগু শিংই; শিংব অহুমদা মোবগীনা হেনবনি।

ছাত্রশিংদ তোম্বনা লীচৎ ইক-ফজবনি।

—তোম্বগু লীচৎ ফজবনি, ছাত্রশিং অতৈগু লীচৎ ইক-ফজবনি; ফজবা মরামদা তোম্বগীনা হেনবনি।

নজ, মাগা, ঐগা অহুমদা ঐনা ইপগু-পগুই।

তোথ শাকই ;

অসীনচিংব ।

(খ) খিজাং ওইবা থবক থওনবদগী শীজিন্নৈ ।

মহাক অঙ্গুক-অঙ্গুক চেলই ;

ইকুল পুং শঙা-তঙাদা হাংই ;

ঐ ঋুমিং থোক্লিভৈ-থোক্লিভৈ হৌই ;

অসীনচিংব ।

(গ) লেওদবা থবক থওনবদগী শীজিন্নৈ ।

থানা পৃথিবী কোই ;

পৃথিবীনা ঋুমিং কোই ;

নিংথম মতুংদা কাম্বি কাওরকই ;

অসীনচিংব ।

(ঘ) রাগ্নী শীংবুল সাবদগী শীজিন্নৈ ।

থাম্বনা নিংথৌ অমা পালই ;

থাম্বনা হাওনা তত্তনা তম্বাক্ত লান তাই ;

থাম্বনভৈদদি মৈতৈনা চীংবুরোয় তম্বুরোয় পুম্ব

লোই চন্দুনা পালই ;

অসীনচিংব ।

(ঙ) মরুম পানবদগী শীজিন্নৈ ।

মহাক লাইরিক পাই হাজদবনি ;

নহাক মংই ঋুংশিবনি ;

মা হাওই হাইবনি ;

অসীনচিং'ব ।

(চ) খোকপা ম্নাবা থবক থওক্লীদত্ত শীজিন্নৈ।

নবীন লাকপা ম্নাই;

মণি চৎপা ম্নাই;

মতোল থঙ্কা ম্নাই;

অসীনচিংব।

খঙদবা—ং না লোয় রুদা তম্ম ই মকমদা লি ওই।

থং+ই—থংলি;

চং+ই—চংলি;

পং+ই—পংলি;

অসীনচিংব।

ন অমদি ল-না থৈবা রুদা তম্মগীদত্ত লি ওই।

| | |
|---|---|
| কন্+ই—কন্নি; | পল্+ই—পল্লি; |
| চন্+ই—চন্নি; | শল্+ই—শল্লি; |

অসীনচিংব।

ম না লোইবা রুদা তম্মগীদনা মি ওইরবত্ত ওই।

কম্+ই—কমই, কম্মি;

চম্+ই—চমই, চম্মি;

অসীনচিংব।

ং না মমৈ থোয় রুদা তম্মগীদনা ঙি ওইরবত্ত ওই।

কং+ই—কংই, কংঙি;

থাঙ+ই—থাঙঙি;

কোং+ই—কোংই, কোংঙি;

অসীনচিংব।

## শ্রি

(ক) হৌজিক হৌজিকমক তৌরিবা থবক থওনবদা শীজিন্নৈ।

হৌজিক নোং তাব্রি ;
হৌজিক ঐ চাক চাব্রি ;
মহাক হৌজিক যোং তৌব্রি ;

অসীনচিংব।

(খ) হান্নদগী হৌজিকফু ওইরিবা থবক থওনবদগী শীজিন্নৈ।

চাউবা থাদা কুন কুন অচুম কংলি ;
মহাক হান্নগুম অচুম মনংলি ;
মহাক মহৌশাগুম অচুম কব্রি ;

অসীনচিংব।

(গ) ময়াম পানবদগী শীজিন্নৈ।

নঙ চাক চাব্রি কৌবিদবনি ;
মহাক মংলি লৌবিদবনি ;
ঐ যাব্রি য়াওদবনি।

অসীনচিংব।

(ঘ) খোক্লবা য়াবা থবক থওনবদগী শীজিন্নৈ।

গোপাল লাকপা য়াব্রি ;
চাউভন চাক চরবা য়াব্রি ;
ভোলতৌ চংলবা য়াব্রি ;

অসীনচিংব।

থবকপা—থোনবুনা অমাদ য়-না খেদবা রু-দা তম্ন রি লি ওই।

কং+রি—কংরি ;
কক+রি—ক্করি ;
কং+রি—কংলি ;

কল+রি—কল্লি ;
কপ+রি—কপ্রি ;
কম+রি—কম্রি ;

অসীনচিংব।

## রে

(ক) যৌজিক হৌজিক লোইবা [illegible] থবক থওনবগী শীজিনৈ।

নিমাই চাক চারে ;
কমল লাকলে ;

থোইবা [illegible]রে ;

অসীনচিংব।

(খ) হৌখ্রিবা মতমগী তাবকম্ অমদা থোকপা হৌজিকসু ওইরিবা থবক থওনবদগী শীজিনবৈ।

মহাক থাদা নিফু নিফু চারে ;
ঐ নোংমদা অনীরক অনীরক অপিশ কারে ;
ঐ অমুক অমুক হাবা চারে ;

অসীনচিংব।

(গ) থোকখ্রিবা থবক থওনবদগী শীজিনবৈ।

ঐ নোংম মথোয়দা চৎলে ;
মহাক [illegible] লাক্রে ;
চাউবা মহাল উরে ;

অসীনচিংব।

(ঘ) মরম পানবদগী শীজিনবৈ।

নও চাক চারে [illegible] ;
[illegible] লাক্রে কৌব্রবনি ;

মা [illegible]রে মংশিবনি

অসীনচিংব।

চাউবনা হাকুমদগী নিঙোল লাক্লি ;

অসীনচিংব ।

## রুমই

(ক) হৌখিবা মতমগী অককুদবা তাঙ্গা অমদা থোকপা গ্রাক থগৈ ।

ঐ মহাকপু লম্বীদা উরুমই ; | খোংবাল অসি প্লাক্লমই ;

অঙাং অমা পাউ হাঙ্গরমই ; | অসীনচিংব ।

(খ) হৌখিবা মতমগী তানকম অমদা মতমগী তাংকক অমা কোমবা থবক থগনবদা শীজিনৈ ।

ঐন চৎলুবদা নোং তারমই ;

ঐনা য়েংলুবদা মা লাইরিক পারমই ;

নহাল নীনি হুম্নি নোং তারমই ;

অসীনচিংব ।

খঙ্গদনা—রুমই মফমদা রম্মি নত্রগা রম্নি-শু ওই ।

গোপাল চাক চারম্মি ; নত্রগা চারম্নি ;

চাউবা লাইরিক পারম্মি ; নত্রগা পারম্নি ;

অসীনচিংব ।

## রুই

হৌখিবা মতমগী তাঙ্গা অমদা তোকুরবা থবক থগনবদা শীজিনৈ ।

চাউবা নোংম মখোয়দা লৈরুই ;

তোম্ব আদা চাক চারুই ;

ঐ মখোয়দা থবক তৌরুই ;

অসীনচিংব ।

খঙ্গদবা—ঙ্গ মতৌ খোনয়া অমদি ং মতুংদ ঙ্গই লূই ওই।

কং+ঙ্গই—কংলুই; | কাম+ঙ্গই - কাম্লুই;
কম+ঙ্গই—কম্লুই; | পঙ+ঙ্গই—পঙলুই;
কাপ+ঙ্গই—কাপ্লুই; | অসীনচিংব।

## ঙ্গমএ

হৌখিবা মতমগী তাঙ্গা অমদা তৌরম্লবা থবক থঙনবদা শীজিনবৈ।

ঐনা চংলুবদা মহাক চাক চাঙ্গমএ;
চাউবনা য়েংলুবদা মহাক লোইছনা লৈঙ্গমএ;
তোম্বনা হৌঙ্গবদা মহাক্কি চাক চাহনা লৈঙ্গমএ;
অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—ঙ্গমএ হৌজিক্তি ঙ্গম্মে নত্রগা ঙ্গম্মে না শিনে।

ঐনা য়েংলুবদা মহাক লোইরম্মে নত্রগা লোইরম্মে;
ঐ ওরাং মঙোন্দা পাউ হাঙ্গৈরম্মে নত্রগা হাঙ্গৈরম্মে;
অসীনচিংব।

নাতোম্লবীনবা নত্রগা খোনয়া-না মাওওইনবা ঙ্গমএ লমএ ওই।

ঙং+ঙ্গমই - ঙংলমএ; | কক্+ঙ্গমএ - কক্লমএ;
কন+ঙ্গমএ—কন্লমএ; | চং+ঙ্গমএ—চংলমএ;
থম+ঙ্গমএ থম্লমএ; | অসীনচিংব।

## খি

মকুঙ্গথ্ৰবা, লোংমদি লাক্কবা থবক থঙনবদা শীজিনবৈ।

চাউবা ডাক্তর কৌখি; | মবেল কৈথেল কাখি;
তোম্ব স্কুল চংখি; | অসীনচিংব।

মকুঙ্গথ্ৰবা মতমগুম্ভ তাংদাংব থঙদ্ৰবা থবক থঙনবদগুম্ভ শীজিনবৈ।

মহাক নোংম ঐগীদা চাক চাখি;
ঐ নোংম নদপা কদাইদনো উনখি;
নও নোংম মখোয়দা উখি;

অসীনচিংব।

মকুইখ্‌রবা থবক খঙনবদগু শীজিন্নৈ।

মপা লংকৈ চংখি;
মহাক লরায়দা লৈখি;
তোম্ব লাইরিক তম্ব লংকৈদা চংখি;

অসীনচিংব।

কুইখরবা থবক খঙনবদগু শীজিন্নৈ।

ঐখোয়না অঙাং য়ান্না ওইরিঙৈদা হাওরাল তৌখি;
১৯১৪ টংগী জর্ম্মন লান মৈতৈগু য়াওখি;
১৯১৬ ইংদ অকিব ফংব ঈচাউ অমা থোকখি;

অসীনচিংব।

কুইদ-কুইখ্‌রবা, উহৌত্রবা থবক খঙনবদগু শীজিন্নৈ।

থায়না সিংথো অমা পানখি;
ময়া'ঙম্বা হাকুণ্ড চহী তরেৎ থুত্তাকখি;
গরীবনরাজ হাকুক মহাবলী লিংখৎখি;

অসীনচিংব।

খিরমঞ

হৌখ্‌রা মঙমগী থবক অনীদা মাঙওইমবা খঙনবদা শীজিন্নৈ।

ঐনা চংখিবদা মহাক চংখিরমঞ;
চাউববু য়ে'হন্নবদা মহাক চাক চাহনা থোকখিরমঞ;
ঐনা অসাই উনগে চৎপদা মাদি আপিশ কাখিরমঞ;

অসীনচিংব।

## গনি

লাককদবা শতক্ষ্মী তাক্তা অমদা থোক্লগদব থবক থওনবদা শীজিননৈ।

কৈক্তা ওসি লাক্কনি; | থোইবা হংচিং কুমগনি;
---|---
থোম্ব হয়েং চংকনি; | অসীনচিংব।

থক্তদবা—থোনয়া মতুংদা গনি কনি ওই।

চং+গনি—চংকনি; | মক+গনি- মক্কনি;
---|---
কক+গনি- কক্কনি; | অসীনচিংব।

## উ

থোদাবনচিংব থবক থওনবদা শীজিননৈ।

উশা থাউ; | হৈ মহী থক্রীংবরা থকউ;
---|---
করি করি চানীংব চাউ; | লৈ ক্লেক্কীংবরা হেকউ;
 | অসীনচিংব।

থক্তদবা—ও না লোম্ব কু মতুংদ উ মাওই।

তোম্ব কো (কো+উ) | ফো ফো (ফো+উ);
---|---
থবক ত্তো (ত্তো+উ) | অসীনচিংব।

ই, য় নচিংব লৈরবদি উ, য় ওই।

ঈশিং চাইয়ু; | উবাক থাঈয়ু;
---|---
থরুং কায়য়ু; | অসীনচিংব।

## সি

হৌরনচিংব থবকঁ থওনবদা শীজিননৈ।

ঐখোয় মহাবলী থুরম্মুসি;
ঐখোয় মরি মীচং ওইসি;

ঐখোয় অনীমা চাউবা নখোয় অনীমা তোম্ব কাসি ;

অসীনচিংব ।

অতোপ্পদা তাকপা, হাঙৈবনচিংব খওনবদগী শীজনবৈ ।

চৎসি চৎসি ঐ খোমদা থৈজিনগা ।

অসীনচিংব ।

## সন্থু

তৌহন্নীংবনচিংব থবক খওনবদা শীজনবৈ ।

| | |
|---|---|
| থোইবা লাকসন্থু । | মণি য়াওসন্থু । |
| তোমাল চৎসন্থু । | অসীনচিংব । |

## গে

হাঙৈবা, মিবনচিংব থবক খওনবদা শীজনবৈ ।

| | |
|---|---|
| ঐ চাগে ; | ঐ শঙ্গে ; |
| ঐ লোগে ; | অসীনচিংব । |

খল্লবা—খোনয়া মতুংদদি গে কে ওই ।

| | |
|---|---|
| ঐ চৎকে ; | মা লাক্কে তৌহোবরা ; |
| নও থক্কে হাঙৈবরা ; | অসীনচিংব । |

## বা

হংব শুকপা, থাগৎপনচিংব থবক খওনবদা শীজনবৈ ।

| | |
|---|---|
| ঐনা করি তৌবা ! | মাবু পীজ পীথক কবা ! |
| নওনা কদাই চৎপা ! | চাউববু লাইরিক হৈবা ! |
| মহাক্ক করি শেৎপা ! | মশক কয়া কন্নবা ! |

অসীনচিংব ।

ইশিঞ্জবা, ভকসিনবনচিংব খঙনবদা উ, শি, গে অমদি সম্ভু চনবা বাহৈদা বা তপনৈ।

নঙ চৎলুবা।
লাইরিক পাউবা।
চৎসিবা ইবুংঙো কৈদৌরবগে!
চৎকেবা ঐবু কৈদৌরবগে!
চৎসজুবা মহাকপু করি লুংঙাইতবগে!

অসীনচিংব।

শীংনবদশ, শীজিন্নৈ।

| | |
|---|---|
| খঙনি তৌবা। | চৎতা চৎলুবা খঙঙোইত্রদো! |
| নতীক থোক্রবদি চৎলুবা | অসীনচিংব। |

বোইনা

তাংদাংবা খঙদবা থবক খঙনবদা শীজিন্নৈ।

মহাক লাইরিক তম্বোইনা।
নঙ নহাল চাগা য়াওবোইনা।
চাউবদি মীরক কয়া তিম্পবোইনা।

অসীনচিংব।

খজদবা— খোমগ্লা মতুংদদি বোইনা পোইনা ওই।

| | |
|---|---|
| মচা য়াম্ন কম্লোইনা! | নঙ থরা ঙকপোইনা! |
| মহাক য়াওনা চৎপোইনা! | অসীনচিংব। |

খোঁবানগী শক্লেপ-তা তপলবদি খোনয়ু নৈরবগু থোইনা অহুম মওই।

লাইগী নমথাং অসীমদি মহাক্র কৎপবোইনা।

ননাও নঙ্গীদা লাকপা তত্তবোইনা।
মহাক্কি হিংনাক-লাংথক থক্তবোইনা।

অসীনচিংব।

বোইএ

লৌনসি হাঙ্গিবা খণ্ডবা থবক খণ্ডনবদা শীজিন্নৈ।
থায়না নিংথৌ অমা পানবোইএ।
থায়নঙৈদা লৈবাক অমদা মতৈ-মনাও লৈবোইএ;
নোংম নীপা অমনা হাঙ্গবোইএ।

অসীনচিংব।

তাংদাংবা খুণ্ডবা থবক খণ্ডনবদগু শীজিন্নৈ।
মহাক্কু ঐগী ইরমদা অহুম হাঙ্গবোইএ!
নঙমক্কু অহুম তৌবোইএ!

অসীনচিংব।

ম্নাদবা খণ্ডবা থবক খণ্ডনবদগু শীজিন্নৈ।

ঐনা নপোং চাবোইএ!
মানা নঙবু চৈবোইএ!
নঙনা ঐবু কৌবোইএ!

অসীনচিংব।

খন্দবা—খোনয়া মতুংদদি বোইএ গু পোইএ ওই।

মহাক চৎপোইএ!
চাউবা কয়োইএ!
তোম্ব লাকপোইএ!

অসীনচিংব।

থৌবানগী শক্লেপ-তা তিল্লবদি শক হোংদে।

মহাক কপ্পবোইএ।
নঙ চল্লবোইএ।
ঐ ম্নাওব্রবোইএ।

অসীনচিংব।

## ময়াই

হৎনে মখ থবক খঙনবদা শীজিনবৈ।

নঙ চৎপ য়াওবদাই?

নঙগু মানা-ছাইবা তাহোৌবদাই?

ঐগা নোংমা উনখিবদাই?

অসীনচিংব।

খন্দবা—খোনয়া মতুংদা ময়াই পদাই ওই।

| | |
|---|---|
| মহাক চৎপদ্রাই? | ননাউ থোকপদাই? |
| চাউবম লাকপদাই? | অসীনচিংব। |

## ময়সে

তোহন্নীংব অমদি তৌনীংবনচিংব থবক্তা থোবা, চাঙ্গিনবচিংব থবক খঙনবদা উ, সি, গে অমদি সন্নু চনবা বাহৈদা মসে থোমজীন্নৈ।

| | |
|---|---|
| নখোয়বু ফন্নুবসে। | ঐবু চৎকেবসে। |
| ঐখোয়বু চৎসিবসে। | মহাকপু চৎসন্নুবসে। |

অসীনচিংব।

## গবা

তোদ-তোহন্নীংব অমদি তোদ-তৌনীংবনচিংব থবক খঙনবদা উ, সি, গে অমদি সন্নু চনবা বাহৈদা গবা থোমজিন্নৈ।

| | |
|---|---|
| নঙবু চৎলুগবা। | ঐবু চৎকেগবা। |
| নঙবু চৎসিগবা। | মাবু চৎসন্নুগবা। |

অসীনচিংব।

## গবসে

তোদ- তোহন্নীংব অমদি তোদ-তৌনীংব থবক্তা থোৌই, চাঙ্গিন-

বমচিংব থবক থঙনবদা উ, সি, গে অমদি সন্নু চনবা বাহৈদা গবসে থোমজীনৈ।

নঙবু চৎলুগবসে।
নঙবু চৎসিগবসে।
ঐবু চৎকেগবসে।
মাবু চৎশন্নুগবসে।

অসীনচিংব।

## বদো

থেম্ব, মৌবনচিংব থবক থঙনবদা উ, সি, গে অমদি সন্নু চনবা বাহৈদা বদো থোমজিনৈ।

নহাকপো হাঙ্গয়ুবদো।
ঐখোযবো তৌসিবদো।
ঐহাকপো চৎকেবদো।
মহাকপো চৎসন্নুবদো।

অসীনচিংব।

ত্তকপা, থৌবনচিংবদশু শীজিননৈ।

হেক লোবদো।
কোক চৎসিবদো।
কিৎ নম্গেবদো।
থোক তৌসন্নুবদো।

অসীনচিংব।

## বও

থেম্ব, নৌবনচিংব থবক থঙনবদা উ, সি, গে অমদি সন্নু চনবা বাহৈদা বদো থোমজীন্নবগুম বও শু থোমজীননৈ।

কন্নুবও নঙবু।
হাঙ্গসিবও নঙবু।
নৈলগেবও ঐবু।
চাসন্নুবও মাবু।

অসীনচিংব।

## গবদো

থেমদ-থেমব, মৌদ-নৌবনচিংব থবক থঙনবদা বদো শীজিন্নকম-শিংদা গবদো শীজননৈ।

নঙবু চাউগবদো। | ঐবু চৎকেগবদো।
নঙবু চৎসিগবদো। | মাবু চৎসনুগবদো।

অসীনচিংব।

## গবও

গবদো গী থবক গবও-নগু তৌই।

নঙবু চাউগবও। | ঐবু চৎকেগবও।
নঙবু চৎসিগবও। | মাবু চৎসনুগবও।

অসীনচিংব।

## গবওদে

ইথৈদা নোদ-নোবনচিংব থবক থঙনবদা শীজিনবৈ।

পামু নঙবু লাকউগবওদে।
করি মুমিং থাদবু
মুংশি নঙ্গী নপাউখোল
মুঙ্গা ওইবী ঐনা তাজগবওদে!

অসীনচিংব।

## দো

খেমব, নোবা, ইঙ্গিমবনচিংব থবক থঙনবদা উ, সি, গে অমদি সম্‌ চনবা বাহৈদা দো তঙ্গি।

অচুক চৎলুদো। | নঙ অচুক চৎসিদো।
ঐ অচুক হাঙ্গেদো। | মহাক অচুক চৎসনুদো।

অসীনচিংব।

## দনা

খেম, নোব, ইঙ্গিনবমচিংব থরা হেঙ্গিলপ তৌব থবক থঙনবদা উ, সি, গে অমদি সম্‌ চনবা বাহৈদা দনা চঙ্গি।

| | |
|---|---|
| নঙ অদুক চৎলুদনা। | ঐ ঙহাক ফমগেদনা। |
| নঙ অছুক হাঙ্গৈসিদনা। | মা ঙহাক্তং চৎসন্নুদনা। |

অসীনচিংব।

দা

থেম্ব, হাঙ্গৈবা, ইন্সিবমবচিংবদা বল্লপ তৌবা থবক খওনবদা উ, সি, গে অমদি সম্নু চনবা বাহৈদাদা তপশিন্নৈ।

| | |
|---|---|
| চৎলুদা নঙবো। | চৎকেদা ঐবো। |
| চৎসিদা নঙবো। | চৎসন্নুদা মাবো। |

অসীনচিংব।

দে

শেরেংনচিংবগী অকেবা রাচন্দ শীজনবৈ।

চেক্লা ননীং তয় খোংজোদে।

শানৌ ননীং তয় নোকচোদে।

অসীনচিংব।

না

য়াবনচিংবা থবক খওনবদা উ, সি, গে অমদি সম্নু চনবা বাহৈদা মা চল্লি।

| | |
|---|---|
| লোনা কৈদোবগে। | চাসিনা কনাস্নু করি হাঙ্গৈরোই। |
| লোগেনা করি দোবগে। | চাসন্নুনা করি দোবগে। |

অসীনচিংব।

নে

তক্সিনবমচিংব থবক খওনবদা নে শীজিনবৈ। উ, সি, গে অমদি সম্নু চনবা বাহৈদা তপঙ্গৈ।

লাইরিক পাউমে। | ঐহাক চৎকেনে।
থবক চৎসিনে। | মগাক হেক্ক চৎসন্নুনে।
অসীনচিংব।

## নেসে

তক্ক-তক্কিনবনচিংব থবক থওনবদা নেসে শীজিন্নৈ। উ, সি, গে অমদি সন্নু চনবা ৱাহৈদা তপই।

হাঙ্গৈয়ুনেসে। | হাঙ্গৈগেনেসে।
হাঙ্গৈসিনেসে | হাঙ্গৈসন্নুনেসে।
অসীনচিংব।

থরুদবা—শীংন। শওনবা থবক্ক না শীজিননবগুম হসে, হদো, দো, দনা, না, নে অমদি নেসে শু শীজনন্নৈ

য়েংসি তৌবসে! | তৌদনা নত্তীক লৈরগা!
তৌবদো খওনি! | তৌনা ওম্নবদে।
খওনি তৌদো! | তৌনেসে ওম্নু ওমজরবদে!
অসীনচিংব।

## রো

হৌজিক হৌজিকমক তৌহন্নীংব থবক থওনবদা রো শীজনন্নৈ।

চাক চারো | মহাক কৌরো।
লাইরিক পারো। | অসীনচিংব।

তুলী তাঙ্গা অমদা তৌহন্নীংব থবক খওনবদশু শীজিনন্নৈ।

নোংম ঐখোয়দা চাক চারো!

ঐবু নোংম লৌরো।

নুতিগী ঐখোয়দা লাইরিক পারো।

অসীনচিংব ৮

য়াবনচিংব থবক থণ্ডনবদগু শীজিনবৈ।

তৌরো তৌরো ঐ করিগু হাঙ্গদে।

চৎলো ঐ খিংদে।

শীরো ঐ য়ারে।

অসীনচিংব।

খোনয়া অমদি নত্তোনয়ম্বীনবা ময়েক মতুংদদি রো, লো ওই ;

রা অমা কক্লো।

ওক্লে ঈংলো ঈংলো।

অসীনচিংব।

খন্নদনা—রো চনবা বাহৈদগু ভকপা, থেমবা, নৌবনচিংব থয়ক
খণ্ডনবদা বা, বসে, গবা, গবসে, বদো, বও, গবদো, গবও, গবওদে, দো, দনা, দা, দে, না, মে অমদি নেসে চন্নি।

চাক চারোবা কৈদোগে।

ফি শেৎলোবসে থেঙলে।

থেঙলে লাক্লোগবা নঙবো।

থবক লোইরোগবসে মুমিং চেপশ্রে।

অঙাং থারোবদো খীক্লে।

লাক্লোবও কৈদোরিবগে।

লোইরোগবদো শিগদোরে ঙাইবদা।

চৎলোগবও নহাকপো মুমিং অসী লৈত্রেসে।

ঐগী শগোল পঙ্গসিং

অহিংগী তন্দন ওই

মুংথিলগী চেক্লা ওই
পাইরক্লোগবগুদে।
হাঙ্গৈরোদো তারসি।
য়েংলোদনা কৈদোরে।
চংলোদা করিগু হাঙ্গদে।
চেক্লা নগুবু খোংউদে।
হাঙ্গদোক্লোনা করি দৌরবগে।
চখোক্লোনে কৈদোবগে।
থৈদোক্লোনেসে ঙাইরে।

অসীনচিংব।

কন্দাননা য়েংপনচিংব থবক খগুনবদা ই রি. রে. রুই. রমই. রমএ. খি. খিরমএ. গনি. বদাইনচিংব চববা বাহৈদা বা চলিনবৈ।

ঐগু হাঙ্গবা।
ঐগু তৌরিবা।
চংলুরেবা পাগুহাঙ্গ মহাঙ্গবসিবো।
কৌরুইবা মুঙাইখিদ্রে।
মহাক্লু তৌরম্মিবা।
ঐ ঙরাংন তৌরম্মেবা।
থবক চংখিবা করিঙ্গী পক্কোদা কৌরিবনো!
তৌখিরম্মেবা করি তৌরুখিগে হাঙ্গবগে।
চংকনিবা ওহাক্লু মঙাইখো।
হাঙ্গখিবদাইবা ঙাম্মরেদা।

অসীনচিংব।

নোৌদামনা য়েৎপ কমবমচিংব থবক্ত দা চলিনবৈ।

মাশু

| | |
|---|---|
| তৌইদা ; | তৌরম্মেদা ; |
| তৌরিদা ; | তৌখিদা ; |
| তৌরেদা ; | তৌখিরম্মেদা ; |
| তৌরুইদা | তৌগনিদা ; |
| তৌরম্মিদা ; | তৌখিবদাইদা ; |

অসীনচিংব।

পূক্লাংদ পানব ফোঙবনচিংব থবক থঙনবদগু তপশিনবৈ।

| | |
|---|---|
| ঙাওগু ঙাওইদা ! | চংগু চংলেদা ! |
| পঙগু পঙলিদা ! | |

অসীনচিংব।

পূক্লাং নূংশরপ য়েৎপমচিংব থবক থঙনবদা গবা, গবদো, গবও, গবসে, বদো, বও, বসে নচিংব তপশিনবৈ।

মাগু

| | |
|---|---|
| তৌইগবা ; | তৌইবদো ; |
| তৌইগবদো ; | তৌইবসে ; |
| তৌইগবও ; | তৌইবও ; |
| তৌইগবসে ; | |

অসীনচিংব।

তমব, লীবনচিংব থঙনবদা দো তপশিনবৈ।

| | |
|---|---|
| ওসি তেনবা অমা ফায়দো। | মহাক্কি চংখিরম্মেদো। |
| থায়না নিংথৌ অমা পাল্লিদো। | নঙনা হাঙখিবদাইদো। |
| ঐদি পাউ চেনখিদো। | |

অসীনচিংব।

থাজকাত্তবনচিংব থবক থগুনবদা লনা তপশিনবৈ।

মসিদি চুম্মিদনা।

মহাক লাক্লোইদরা হাঈববু লাকইদনা।

ঙম্মল্লোইদ্রা নীংববু ঙম্মিদনা।

অসীনচিংব।

শৌগৎপনচিংব থবক থগুনবদা না তপশিনবৈ।

| | |
|---|---|
| মহাক চৎলিনা। | নঙ থগুইনা। |
| ঐ তৌইনা। | অসীনচিংব। |

কল্লিজনবদনা না না সে ওই।

| | |
|---|---|
| মহাক চৎলিনে। | তোম্বগু থগুইনে। |
| চাউবগু হাইনে। | অসীনচিংব। |

কন্দ-কল্লম থিন্দনা তাকপনচিংব থবক থগুবদা সে অমা থোমজিনবৈ।

| | |
|---|---|
| মহাক চৎলিনেসে। | ঐগু হাঈথিনেসে। |
| নঙগু থগুইনেসে। | অসীনচিংব। |

## কো

নংশিনা তাকপ-তিকপনচিংব থবক থগুনবদা কো তপশিনবৈ।

| | |
|---|---|
| অসীদি কৈকো। | তাদনা চৈগনিকো। |
| অসীদি মাংইকো। | অসীনচিংব। |

পাউমেনবনচিংব থবক থগুনবদগু শীজিনবৈ।

| | |
|---|---|
| চৎলুকো শেঁথিবা য়াত্রবনি। | চাল্লুকো কনা লৈজত্রবনি। |
| তৌকো কাউবা য়াদেকো। | অসীনচিংব। |

## দহাই

**থোওইদবনচিংব থবক** খণ্ডনবদা দহাই তপশিনবৈ।

| | |
|---|---|
| হেক্ত **তৌদহাই**। | কিং হেক **নম্মুদহাই**। |
| থোক হেক **হাঙ্গীমুদহাই**। | অসীনচিংব। |

**মুংঙাইতবনচিংব থবক** খণ্ডনবদগী **শীজিনৈ**।

| | |
|---|---|
| মহাক ঐবু তৌবসি **তৌইদহাই**! | চাউ'না চংপসি **চংলিদহাই**! |
| নণনা হাঙ্গীবসি **হাঙ্গীমল্লিদহাই**! | অসীনচিংব। |

## দনহাই

**অঙকপনচিংব থবক খণ্ডনবদা দনহাই** তপশিনবৈ।

মসীদি **ফনা ঙম্মিদনহাই**!

হোংনরবদি মীগী পাইবা **ঙম্মিদনহাই**।

নণগী মতাং **অমদি মঙম্মুরেদনহাই**!

অসীনচিংব।

উশিং-**থোওইদবনচিংব থবক** খণ্ডনবদগী **শীজিনবৈ**।

মাগুম্বনা য়াওববু **য়াওসন্নুদনহাই**!

**নঙ্গুম্বনা** তৌবশাববু **তৌজোদনহাই**!

**ঐমক্ল হাঙ্গবা ইক্রবা** কৈদোনি **তোকচোদনহাই**।

অসীনচিংব।

## মাল্লে

**অরেপ্প খণ্ডবন**চিংব থবক খণ্ডনবদা ‐াল্লে শী জবৈ।

| | |
|---|---|
| মহাক লাইরিক **তম্মাল্লে**; | চাউবা **লাম্মাল্লে**; |
| নণ থবক **চংমাল্লে**; | মতাং **কপমাল্লে**; |
| ঐ মা **মাম্মাল্লে**; | অসীনচিংব। |

## দে

হৌজিক হৌজিক থোকপা মতমদি অকক্নদবা থবকনচিংব থঙনবা ই মফমদা তৌদবনচিংব থবক থঙনবদা দে শীজিমৈ।

চাউবা চাক চাদে। | তোম্ব শেল নংদে।
কমল লাইরিক পাদে। | অসীনচিংব।

খঙদবা—নাতোল্লমবীনব নত্তব অতৈ থোনয়া মতুংদদি দে তে ওই।

তাদদি অমুক্নগু ইনেহোইদা চত্তে।
মহাক ঙসি লাক্তে হাঙ্গবা করিগীনো।
নঙদি ঙসিফাওবা ময়েক চত্তে হাঙ্গৈনেনা।

অসীনচিংব।

## দরি ( দ্রি )

হৌজিক হৌজিমক তৌরিবা থবকনচিংব থঙনবা রি মফমদা দরি (দ্রি) ওই।

খম্ব হৌজিকফাওবা চাক চাদরি ( চাদ্রি );
থম্বাল কৈথেল কাদরি ( কাদ্রি );
তোম্পোক মরা চুমদরি ( চুমদ্রি )

অসীনচিংব।

খঙদবা—দে না তে ওইফমদা দরি (দ্রি) গু তরি (ত্রি) ওই।
নিংথৌজাও লাক্তরি ( লাক্ত্রি );
চাউভল হৌজিকফাও চত্তরি ( চত্রি )
ইবোহল নাবা কত্তরি ( কত্রি );

অসীনচিংব।

## দরে ( দ্রে )

হৌজিক হৌজিক লোইবা মতঙ্গক্তি অককনদবা থবকনচিংব থঙনবা রে মফমদা দরে (দ্রে) ওই।

মহাক থবক তৌদরে ( তৌদ্রে )
ঐ লাইরিক পাদরে ( পাদ্রে );
নঙ চৎপ নংদরে ( নংদ্রে );

অসীনচিংব।

খঙদবা—দরি (দ্রি) না তরি (ত্রি) ওইফমদা দরে (দ্রে) গু তরে (ত্রে) অতৃম মওই।

ইবোতোন ঙসিদি থবক চত্তরে ( চত্রে );
অমুবা হৌজিক্তি মপাল থোক্তরে ( থোক্ত্রে );
অচৌবা ঙরাং লাক্তরে ( লাক্ত্রে );

অসীনচিংব।

## রক্তরি ( রক্ত্রি )

হান্নদগী হৌজিক্ক তৌনরিবা থবকচিংব থঙনবা রকই মফমদনা রক্তরি (রক্ত্রি) ওই।

নহান্দগী নোং তারক্তরি ( তারক্ত্রি );
ঐ ঙরাংদগী লাইরিক পাঙ্গরক্তরি ( পাঙ্গরক্ত্রি )
নঙ মচীনতৈদগী থবক নোংমতা য়াওরক্তরি (য়াওরক্ত্রি);

অসীনচিংব।

খঙদবা—রক্তরি ময়োল দরি (দ্রি) নগু অতৃম মপুই।

ঐ ঙরাংদগী চাক চাদরি ( চাদ্রি );
মহাক নহান্দগী লাইরিক শোক্তরি ( শোক্ত্রি );

তোম্ব নোংমাইজিং সুমিত্তগী **উদরি** ( উদ্রি ) ;

অসীনচিংব।

## রমদরি ( রমদ্রি )

হৌখিবা মতমগী অককনবা তাঙ্গা অমদা খোকপা থরক্লচিংব থগুনবা **রমই** দনা রমদরি (রমদ্রি) ওই।

ঐনা চৎখিবদা মহাক চাক **চারমদরি** ( চারমদ্রি ),

ঐখোয়না হৌরুবদা মখোয় **লোইরমদরি** ( লোইরমদ্রি ) ;

চাউববু যেংহল্লুবদা তোম্বদি মফি **হোংলমদরি** ( হোংলমদ্রি ),

অসীনচিংব।

## রমদরে (রমদ্রে)

হৌখিবা মতমগী তাঙ্গা অমদা তৌরম্লবা থবক থগুনবা রমএ দনা রমদরে (রমদ্রে) ওই।

থোইনা চৎখিবদা মহাক **লৈরমদরে** (লৈরমদ্রে)।

ঐনা যেংহল্লুবদা মহাক **চংলমদরে** (চংলমদ্রে)।

চাউবা থারুবদা মহাক **নারমদরে** (নারমদ্রে)।

অসীনচিংব।

থজদবা—রমদরে রমদে নণ্ড শিজি।

ঐনা যেংহল্লুবদা মহাক **নারমদে**।

মানা কৌরুবদা মহাক **লৈরমদে**।

ঐনা হংহল্লুবদা চাউনগা মহাক **উনরমদে**।

অসীনচিংব।

## রুদে

হৌখিবা মতমগী তাঙ্গা অমদা তৌরুরবা থবক থগুনবা **রুই** দনা রুদে ওই।

তোমাল নোংমতা মচেমগীদা **চৎলুদে**।

ঐ মহাকপু অমুক্ত **য়েংলুদে**।

ঐগাক মতাং অতুমদি ইয়েংবু **য়েংলুদে**।

অসীনচিংব।

## খিদে

**মচুইখরবা** অমদি **কুইখরবা** থককচিংব খওনবা খি দনা খিদে ওই।

থাযনদি নিংথৌ অয়াম্ব লৈত্তানা পানবা **ওন্নখিদে**।

ওসি **অয়ুক** নোং **তাখিদে**।

মচা লৈরিঙৈদা চাউবী ঐখোয়দা পওনা **লাকখিদে**।

অসীনচিংব।

**খঙনবা**—তৌরম্মনচিংবদগী তোক্কখিবনচিংব থবক খওনরবদি খিদে দা খিদরে (খিদ্রে) ওই।

মহাক থক **লাকখিদরে** (লাকখিদ্রে)।

মসীদি থাযনগীনি তৌজিক্কি **চৎনখিদরে** (চৎনখিদ্রে)।

তৌজিক্কি ভারত্ত সনাগী শেল **চৎনখিদরে**।

অসীনচিংব।

## খিরমদরে

হৌখিবা মতমগী থবক **অনীদা মাওওইনবা** খওনবা খিরমগ্র দা খিরমদরে (খিরমদ্রে) ওই।

মখোয় চৎখিবোই নীংববু **চৎখিরমদরে** (চৎখিরমদ্রে)।

গোপাল চাখিবরা হাঙবু **চাখিরমদরে** (চাখিরমদ্রে)।

তোম্বত্ত খওখিবোই নীংববু করিমতা **খওখিরমদরে**

(খওখিরমদ্রে)।

অসীনচিংব।

## নু

খাম্ব, থিংবনচিংব থঙনবা থবক্ত নু শীজৈ।

থবক অসী ফজে **তৌনু**।
য়া অথীবা থক **হাঙ্গনু**।

পোৎ ফত্তবা থক **চানু**।
অসীনচিংব।

খজদবা—নু দা গনু গু ওই।

লাইরিক তম্লিভৈদা **কোইনু**।
থবক তৌরিভৈদা **থেগনু**।

হকচাং শেংত্রিভৈদা **চাগনু**।
অসীনচিংব।

খোনবু অমদি নাতোল্লবীনবনা থৈদবা মফমদদি গনুনা নম্ন শীজৈ; গ দনা ক ওই।

ঙসি নুংশা শাই **চথোক্কনু**।
অনা অয়েক তৌনবা মতমদা লংফৈ **চৎকনু**।
ফুঙ্গাদা মৈ লৈবনি মৈথেং **থেৎকনু**।
অসীনচিংব।

## ফদে

হৌনদে হাঙ্গবনচিংব থঙনবা খামব থিংবনচিংবদনা ফদে শীজৈ।

অমাংব পোৎ **চাফদে**।
ফত্তবা শাজং **চৎফদে**।

নত্তবা সঙ্গ **তৌফদে**।
অসীনচিংব।

## রোই

তৌরোইদবনচিংব থঙনবা থবক্ত রোই শীজৈ।

ঐ ঙসি চাক **চারোই**।
নঙ ঙসি স্কুল **কারোই**।

মা য়া অমতা **তারোই**।
অসীনচিংব।

খজদবা—নাতোল্লমবীনবা অমদি অতৈ খোনয়া মতুংদদি রোই লোই ওই।

গোপাল ঙসি থবক **চংলোই**। | মহাক ঙসি **লাক্লোই**।
ঐ চা **থক্লোই**। | অসীনচিংব

**বরা** (ব্রা)

হৌজিক হৌজিককী ওইনা হংব থঙনবা থবক্ত বরা (ব্রা শীজরৈ।

নঙ লাইরিক **পাবরা** (পাব্রা)? | নংগোয় মহাক **উবরা** (উব্রা)?
মহাক চিঠি **ইবরা** (ইব্রা)? | অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—নাতোল্লম্বীনবা নত্তবা অতৈ খোনয়া মতুংদ বরা (ব্রা) **পরা** (প্রা) ওই।

মহাক টিকেট **ককপরা** (ককপ্রা)?

নঙ মখোয়দা **চৎপরা** (চংপ্রা)?

নঙ্গ মহাক মরী **থোকপরা** (থোকপ্রা)?

অসীনচিংব।

**দরা** (দ্রা)

দরা (দ্রা) শু বরা শীজিন্নকমদা শীজিরৈ।

মহাক স্কুল **কাদরা** (কাদ্রা)? | ঐ **নুংশিদরা** (নুংশিদ্রা)?
নঙ লাইরিক **পাদরা** (পাদ্রা)। | অসীনচিংব।

খঙ্গদবা—নাতোল্লমবীনবা নত্তবা অতৈ খোনয়া মতুংদা দ দরা (দ্রা) তরা (ত্রা) ওই।

নিংথৌজাও থবক **চত্তরা** (চত্রা)?

তোম্বসাবু মবুক কয়া **ফত্তরা** (ফত্রা)?

লাকইবত্থু চাউবা **নত্তরা** (নত্রা)?

অসীনচিংব।

দরা (দ্রা) মফমদা **দবরা** শু শীজিরৈ।

ফুরিৎ অসী নঙোন্দ **চাদবরা** ? | কলম অসী **পামদবরা** ?
ফি অসী ননীং **খুৎদবরা** ? | অনীনচিংব ।

দরা না তরা ওইফমদা দবরা গু তবর ওই ।

য়েংউ মসী **কত্তবরা** ? | নঙবু ফি **ফোত্তবরা** ?
অঙাংগী মখুৎ **শোক্তবরা** ? | অসীনচিংব ।

মৈ অমদি **হাউ** মতুংদ দরা গা দবরা গদা মথং মথং তরা গা তবরা গা ওই ।

চাউবা য়ুমদা **লৈতরা** (লৈত্রা) ? **লৈতবরা** ?
এঙ্গাং অসী **হাউতরা** (হাউত্রা) ? **হাওতবরা** ?

অসীনচিংব ।

**হাও** হাঙ্গবা বাহৈ মতুংদদি দ গু ত গু **অনীমক** ওই ।
ঙসি কৌরিববো **হাওদরা** ? **হাওতরা** ?

অসীনচিংব ।

## গদরা

হৌজিক হৌজিককী **ওইমা** হংবদগু **তুংগী ওইমা** হংবদগু গদরা শীজরৈ ।

নহাক এঙ্গাং অসী **চাগদরা** হাপাকেদন ।
নহাক ঐখোযদা চাক **চাগদরা** ?
মহাক তয়ো **লাক্কদরা** ?
ঐ ইচাসী লাইরিক **হৈগদরা** ?

অসীনচিংব ।

## রোইদরা

গদবা শীজিন্নফমদা **রোইদরা** গু শীজিনবৈ ।

নহাক হরাই চারোইদরা ?
মহাক লাইরিক পারোইদরা ?
মহাক মথন চৎপা কিরোইদরা ?
অসীনচিংব।

নাতোন্নমবীনবা অমদি অতৈ খোনয়া মতুংদ রোইদরা লোইদরা ওই।

নৈ অসী কংলোইদরা ?
হৈ অসী কল্লোইদরা ?
নঙ কুম্মৈ য়েংব চংলোইদরা ?
ঙসি খোং শিংলোইদরা ?
মসী লৌবা ফংলোইদরা ?
অসীনচিংব।

## না

হৌজিক হৌজিক থবক অনী ফাংন থোকপদ অমদা তপ্নে।

মহাক হিদাক থক্ন থক্ন ফমই।
চাউবা মচা লাইবিক তম্বি তম্বিনা পয়া শি।
মহাক নোক্ল নোক্ল বা ঙাঙই।

অসীনচিংব।

## দুনা

থবক অনী মথং মথং থোকপদা মাঙথংবদা শীজননৈ।

ঐ চাক চাদুনা লাক্লে।
মহাক চা থক্তুনা লাইরিক পারে।
নঙ নফি শেত্তুনা ঙাইয়ু।

অসীনচিংব।

## রগা

তুংদ থবক অনী থোকপদা মাঙথংবদা শীজননৈ।

ঐ চাক চারগা চংকনি।
মহাক লাইরিক য়েংলগা লাকনি।

চাউবা থবক লোইরগা থোক্লকনি।

অসীনচিংব।

**বদি**

**থবক অনী থোকপদা অমনা অমগী মরম ওইরবা, মরমনবা থবক** খণ্ডনবদা চনবৈ।

| | |
|---|---|
| নোং **তারবদি** ঐ চংলোই। | চাউবা **য়াওরবদি** ঐ যাওরোই। |
| মহাক **উম্নরবদি** ঐ লাক্লোই। | অসীনচিংব। |

**নীংজিংনমা য়াবনচিংব থবক** খণ্ডনবদশু শীজনবৈ।

| | |
|---|---|
| ফিসী **করবদি** কৈ। | মহু **য়াবদি** যাই। |
| মসী **চুম্বদি** চুমই। | অসীনচিংব। |

**শু**

**অরেপ্প তাক্লবা থবক** খণ্ডনবদা শীজনবৈ।

| | |
|---|---|
| **চারবশু** চাগনি। | **চংলবশু** চংকনি। |
| **লাক্লবশু** লাকনি। | অসীনচিং'ব। |

**বনি**

**পাউ তম্ব, তাকপনচিংব** খণ্ডনবদা শীজনবৈ।

মহাক ওসি **কাবনি**।

মহাক **অম্নক কোঙ্গবনি**।

তোঙ্গলন্দি মবুক য়াম্ন **করবনি**।

অসীনচিংব।

**থজদবা—মাতোম্নমবীনবা নত্তবা অতৈ থোমম্না** মতুংদ বনি পনি ওই।

তোলমু ওসি **লাকপনি**।

নচা ওরাং **চংপনি**।

তোঙ্গাও তত্তুনা অয়ুক চথোকপনি।

অসীনচিংব।

## দবনি

বনি শীজয়্নকমদা তৌদবমচিংব খঙনবদা দবনি শীজয়ৈ।

ইবোবী ঙসি লাইরিক পাদবনি।

ইবোহল ঙরাং মুমদাং চাক চাদবনি।

ইবোয়াইমা নহান্দগী স্কুল কাদবনি।

অসীনচিংব।

## গদবনি

তৌগদব তাকপমচিংব খঙনবা থবক্ত গদবনি শীজয়ৈ।

নঙ ঙসি ঐগা উন্নগদবনি।

মহাক নঙ্গ হয়েং লরায় কুমগদবনি।

চাউবচু নখোয়দা লৈগদবনি।

অসীনচিংব।

হৌনবনি হাইবা তাকপনচিংব পুন্নমক্ত গু শীজয়ৈ।

মীনা মী য়েংগদবনি।

মীওইবনা পোক্লবদা মহৈ অমা তমগদবনি।

মী পুন্নমক শিকম চাবা ফংলবদি শিগদবনি।

অসীনচিংব।

খঙদবা—নাতোম্নবীনবা মত্তুবা অতৈ খোনয়া মতুংদ গদবনি কদবনি ওই।

নঙ্গ মাগা চৎকদবনি।

য়াত্রবদি নপোং হেক্ত মৎকদবনি।

ফত্তবা লম্বী কঙ্কদবনি।

অসীনচিংব।

## য়োইদবনি

তৌরোইদবা তাকপনচিংব খঙনবা থবক্ক য়োইদবনি শীজন্নৈ।

নঙ ঙসি থবক তৌরোইদবনি।

তোন্দোন ঙসি স্কুল কারোইদবনি।

ঐহাক করিশু য়ারোইদবনি।

অসীনচিংব।

হৌনদবনি হাঙ্গৈবা তাকপনচিংব থবক খঙনবদশু শীজন্নৈ।

ফত্তবা থবক তৌরোইদবনি।

হকচাং মাঙ্গদবা চীঙ্গাক চারোইদবনি।

তনবা খক তৌরোইদবনি।

অসীনচিংব

খঙ্গদবা—নাতোল্লমবীনবা অমদি অতৈ খোনয়া মতুংদ য়োইদবনি লোইদবনি ওই।

নহাক ঙসি চঙলোইদবনি।

মহাক হয়েং চৎলোইদবনি।

ফত্তবা মী মহু থংজম চন্নোইদবনি।

অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

# য়াহৈ মশক অমদি মরোল

মৈতৈরোন্দ শীজিননরিবা য়াহৈশিং অসী মশক্ক কাঙলুপ অনী তানৈ।
অমনা মমাঙদা ম অমমম য়াওই অতুগা অমনা য়াওদে। ম না হৌবা

বাহৈশিংদ মশা মশাগী মবোন্দ নত্তনা অতোপ্প লোন অমমম থ্ৰুপ্তনা লৈ। অত্নগা হৌদবশিংদদি মশা মশাগী মরোন অত্নুনা অত্নম মরোই। অহান-বগী কাণ্ডলুপ্ত তাবশিং অসীবু মশা মশাগী মরোনন লোন্তোপ অমমম চেননন্ডাই **লোঞ্জেম**বা অমদি **লীনাইবা**, শম্ম **লোঞ্জেল** অমদি **লীনাই** অত্নগা অকোনবগীদা তাবশিংবুনা মশা মশাগী মরোন্দ পীনন্ডাই **লোন্দো-মনবা** অমদি **লীনাইদবা**. শম্ম. **লোন্দোম** অমদি **তোম্বাল** হাম্বনা কৌবা যাই।

শম্মা, মৈতৈ বাহৈদা ম না হৌবা অমগা হৌদবা অমগা **শকক্ম** অনীনি। অহানবগী পংথৈদা তাবা বাহৈশিং অসী মশা মশাগী মবোন্দ লোন্তোপ অমমম চেননন্ডাই **লোঞ্জেল** অমদি **লীনাই**বা অত্নগা অকোন-বগীদা তাবশিংবুনা মশা মশাগী মবোন্দ **পীন**ন্ডাই **লোন্দোম** অমদি **তোম্বাল** হাঙ্গনা কৌই।

## লোঞ্জেল থরা

**মপা, মমা, মওং, মতৌ, মখোক, মতোল, মচৎপ, মফবা অসীনচিংব।**

## মরোল

মপা – মচা পোকপা নিপা ; চেন্নবা—মচাগী রাখল।

মমা— ” পোকপী নুপী ; চেন্নবা—মচাগী রাখল।

মওং—**করিগুম্বা** অমগী ওংদা ; চেন্নবা—ওংনাইবা অমগী রাখল।

মতৌ—থবক অমা তৌবগী ওংদা ; চেন্নবা—**অতৌবা** থবক অমগী রাখল।

**মখোক – করিগুম্ব অমগী খোক ; চেন্নবা—খোন্নাইবা অমগী রাখল।**

**মতোল—করিগুম্ব অমগী তোল ; চেন্নবা—তোন্নাইবা অমগী রাখল।**

**মচৎপ—চৎপগী থবক্ত নৌবা ; চেন্নবা—চৎপ হাঙ্গবা থবকী রাখল।**

**মফবা—ফবদা রাৎপ ; চেন্নবা—ফবা হাঙ্গবা মওংগী রাখল।**

## লোন্দোম থরা

উ, রা, লী, চাক, মৈ, থাঙ, শীংজং         অসীনচিংব।

## মরোল

উ—লৈপাক্ত হোৌবা পোংশক অমা।

রা—লৈপাক্ত হোৌবা পোংশক অমা।

লী—লৈপাক্ত হোৌবা পোংশক অমা।

মৈ—শীজন্ননবা পোংশক অমা।

থাঙ—শীজন্ননবা পোংশক অমা।

শীংজং—শীজন্ননবা পোংশক অমা।

## লোঞ্জেল অমদি মরোল

লোঞ্জেলগী পথোঙ্গা তাবা বাহৈশিং অসী মশা মশাগী মরোল মওং থেংহুনা ঙাই মরোন্নবা, ওইবা মরোন্নবা অমদি হাংপ মরোহুবা হাঙ্গবা মচা অহুম তাবা য়াই।

## ঙাই মরোন্নবা থরা

মপা—চা মাগী পা;

মমা—চা মাগী মা;

মচা—পা / মা | মাগী চা;

মতোল—করিগুম মাগী তোল;

মথোক—করিগুম মাগী থোক;

অসীনচিংব।

## ওইবা মরোন্নবা থরা

মকক—ককপা মানা ওইবা (মওং);

মচৎ—চৎপ মানা ওইবা (মওং)

মতৌ—তৌবা মানা ওইবা (মওং)

মপাং—পাংব মানা ওইবা (মওং);

মফা—ফাবা মানা ওইবা (মওং);

অসীনচিংব।

## ৱাৎপ ময়োন্নবা

মকনবা—কনবা অয়োবি য়োদবা;

মচৎপ—চৎপ অয়োবি য়োদবা;

মতম্ব—তম্ব অয়োবি য়োদবা;

মপাবা—পাবা অয়োবি য়োদবা;

মফবা—ফবা অয়োবি য়োদবা;

অসীনচিংব।

লাঙ্গনা, ৱাহৈ মকোক্কবা ম পূম্নমক ময়োল অমত্তগী নত্তে : থন্নবা মা হাঙ্গবা মিংছৎকী ঙাই দা ওইবা মাগী গী অস্থপ্প শকফম্মি। থম্না অমনা মানা (কনাগুম্ব অমদি কন্নিগুম্ব অমনা) ওইবা ফিভম থগুনবনি অদুগা। অতৈনা লোন্নেম্নি, মহাক তম্ন ৱাহৈশিংগী ময়োল মশা মশানা তাকপা ময়োন্দগী সেমদোক্লবনি হান্নবা থগুনৈ।

থজদবা—গী মতুংদ লাকপা মপা মমানচিংবগী ম 'মশাগী ময়োননৈ।

মাগী মপা—মাগী মশাগী (অপোকপা) পা

মাগী মমা—মাগী মশাগী (পোকপী) মা;

অসীনচিংব।

## ৱাহৈগী খোনবু

ৱাহৈ ময়েক্ক চনবনি। ময়েকী খোম্থোক্ক মহাকী লেপঠৈ। অদুনা মহাক্কী খোনবু নীংথিনা হৈগে হান্নবদি ময়েকা মুনন শকথগুনদবা য়াদে।

মৈতৈবোন্ন মবন্নাই ময়েক **শীজন্নখিনহ্না** বাঙ্গলা ময়েক **শীজন্নববগু** মখোন্নগী খোঙ্থোক অমদি খোনবু মৈতৈগীনা ওইগনি।

মৈতৈ ময়েক্কী খোনবুশিংগী, নেম্ম পুবা অমা রাংব পুবা অমা **অনেম-অরাং অনীগী মরক্ত চৎপ** অমা, খোঙ্থোক খোঙ্থাং অহুম্নি। অহুমসীবু **নেম-রাংলক** হাঙ্গনা থঙবৈ। অদুনা রাহৈগী খোঙ্থোক অসী চননরিবা খোনবুগী খোঙ্থোক খোঙ্থাংনা লেপই।

রাহৈ অমদা চল্লিবা খোনবুগী খোঙ্থাংদি মহাক্ত তারু'বিবা রাফম, খোল্লুরিবা মফম খোক্করিবা মীশক্ত চংবন তাকই।

## অ

অনেম্ব—সনাহুলগী **মচল** লৈববা?

অন্নাংব—এঙ্গাং **মচল** শুরবরা?

মরক—কাংথোল **মচল** ফজৈদা!

অনেম্ব—পোৎ **মনম** হৈত্রে।

অরাংব—লৈ **মনম** অমা লাকইনা!

মরক—**মনম** কুপ্পিঙাই ফি অমফাওবা লৈতে।

অনেম্ব—**মমন** হেন্মল্লবগু মী মাঙই।

অরাংব—**মমন** কানা থানবা তৌ।

মরক—এঙ্গাং **মমন** লূরেদা!

অনেম্ব—**মশম** থরা পুন্সিবিয়ু

অন্নাংব—পোত্তুদি মাগী **মশমদা** হাপত্রবনি।

মরক—ঙ অসী **মশম** ফজদেদা!

অসীনচিংব।

## আ

অনেম্ব—নহাক হুয়েং বারুণী **কাবা** য়াওগদরা?

অরাংব—উচল ময়া **কাবা** পামদে, নিংথি নিংথিনা খুৎলাই থাউ।

মরক—মৈন **কাবা** ওইরমাল্লেনসীদে!

অনেম্ব—লৈবাক পুনঙাই নি'থৌবু **লৈমাবা** কৌনৈ।

অরাংব—থুৎন **মাবদা** ফংবরা য়েংউ।

মরক—য়েরুমহু **মাবা** তারেদো!

অনেম্ব—ঐগী টিকিসী **লাবরা** য়েংউ।

অরাংব—পুং কুম্মরি **লাবা** হৌনদে।

মরক—ষণ **লাবা** অমতা পামই।

অনেম্ব—লৈঙোই **হাবা** লমদানি।

অরাংব—মাদি পোং **হাবা** হৈবনি!

মরক—লুক **হাবা** লোইরবরা?

অসীনচিংব।

# ই

অনেম্ব—লম্মা'দোংদ **লি** থবা তারক্লবরা?

অরাংব ঙরাং ঐখোয় ঐঙ্গানা কুদাম মথুল **লি**।

মরক—কুমসি মহাক মোরোক য়াম্ন **লি**।

অনেম্ব—সনা হকচাং **ই**।

অরাংব—**ই** পোৎমদা ফাল্লু।

মরক—মা চিঠি **ই**।

অনেম্ব—ঐখোয়নি লাকই।

অরাংব—লম্বোইবনা ভিক্ষা **নি**।

মরক—মা ঐগী ইচা নি।

অনেম্ব—মহাক সনাতোম্বগী মপি রা?

অরাংব—পি খংদা তাবা য়াদবনিদা!

মরক—ঐ চাঁদা পি।

অসীনচিংব।

ঈ

অনেম্ব—মাঙলে মাঙলে ঈ না লৌখোং চেহ্নোরে!

অরাংব—ঈ করিনোসীদে!

মরক—ঈ মুংশিদা!

অরাংব—রী-র রিরি

মরক—রী র রি রি

অনেম্ব—রী-র রি রি রী

অনেম্ব—আদা হী হী হাঙ্গৈবা খোনফম অমা তারিবসীবু হিরাউখোল্লা?

অরাংব—হী করিনো হাঙ্গৈরিবসীদে!

মরক—হী নোকচরিবসে মুংশিদরা!

অসীনচিংব।

উ

অনেম্ব—কু কনানা চনবা!

অরাংব—কোকিল্ল কু খোঙই।

মরক—মৈতৈরোল অরিবদা মামবু কু কৌই

অনেম্ব—ফি মকু অসীবো করিননো!

অরাংব—মকু খোংব তাবরা?

মরক—লিল মক মাল্লিদা!

অনেম্ব—মানা ষণ **চু চু** থৌজিল্লিবনিনে।

অরাংব—মী পুম্নমক নোংদি **চুচু** হাঈনরিবনিদা।

মরক—অঙাংসে **চুচু** থিরেসে!

অনেম্ব—**লু** হেল্লু।

অরাংব—**লু**দা তাপ হেক্ত মপায়বা!

মরক—নকোক **লু**।

অসীনচিংব।

## উ

অনেম্ব—গুরুনা **উ**ন হায়না কহ্লৌরে।

অরাংব—মওং **উ**মপ তামাল্লেদা!

মরক—অসীদি **উম্ব** হাঈবত্নিদা।

অনেম্ব—মহাক খুংদৌনা **উং**ইবনি

অরাংব—করিগী **উং**ইবনো?

মরক—ঐগী ব্রাদা মা **উং** হেক্ত লাউবনিদনা!

অসীনচিংব।

## এ

অনেম্ব—তরেং **নেংনেং** নাইখংলক্লে।

অরাংব—হারি **নেংনেং** খোংগংলক্লে।

মরক—**নেংনেং** লাউবা অমা তাই।

অনেম্ব—লোক্ল **থেথে** লাউরে।

অরাংব—হিদাকফু **থে** চল্লরা?

মরক—খেবা পামজদে নও য়াম্ন **থে**!

অসীনচিংব।

## ঐ

অনেম্ব—ফৌ কৈ কাৱবরা ?

অৱাংব—মহাক্ত কৈদা চৎপা !

মরক—শা কৈ গুমইদা !

অনেম্ব—তৈশু তৈরেদা !

অৱাংব—ঙাংলিবহু তৈশু তৈরেদা !

মরক—মতৈ মনাউদা মরৈ ।

অনেম্ব বারমাল্লে, হৈ হৈ হেক লাউরে ।

অৱাংব—মহাক্তি মহৈ য়াম্ম হৈ ।

মবক—হৈরাংলিঙৈদা মুরাংবিরিবোইযে !

অসীনচিংব ।

## ও

অনেম্ব—মৈতৈরোল তরাই তরাই হৈবা য়াদে ।

অৱাংব—অশৈবশিংনা লৈরোল য়াম্ম শক্লে ।

মরক—নহারোম্ম অহল্লোন থানগন্দে ।

অনেম্ব—কুমসিদি ভাদা য়াম্ম শোললে ।

অৱাংব—ইপা, ইপু শোন শোন শোন ।

মরক—শোন তৌমুদা !

অসীনচিংব ।

## ঔ

অনেম্ব—কুমসিদি নঙদি হৌবা তারেদনা ।

অৱাংব—ঐ মহাক হৌবা চৎকদোরি ।

মরক—হৈ অসী হৌবা তারে ।

অনেম্ব মশা শোঁ শোঁ লাউইদা !
অরাংব শোঁদনদা হেক লৈদা !
মরক—য়া অমত্তা শোঁদনা।

অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

## ম্যেক্তিন

তাইনবা ময়েক অনীন ওইনবা মওংবু ম্যেক্তিন কৌই।

খোনবু অতৈনা মাঙওইনবা অমা, অনী, অহুম গী অমদি থংম-নাউম থঙবা অহানবা, অনীস্থুবা, অহুমস্থুব গী অ থ্রপ্লগা থ্রশই লৈরগা অহুম মরৈ।

মচা+অমা—মচামা ; মচা অমা।
+অনী—মচানী ; মচা অনী।
+অহুম—মচাহুম ; মচা অহুম।
+অহানবা—মচাহানবা ; মচা অহানবা।
+অনীস্থুবা—মচানীস্থুবা ; মচা অনীস্থুবা।
+অহুমস্থুবা—মচাহুমস্থুবা ; মচা অহুমস্থুবা।

লাই+অমা—লাইমা ; লাই অমা।
+অনী—লাইনী ; লাই অনী।
+অহুম—লাইহুম ; লাই অহুম

মী+অমা—মীমা ; মী অমা।
+অনী—মীনী ; মী অনী।
+অহুম—মীহুম ; মী অহুম।

মকু+অমা—মকুমা ; মকু অমা।
+অনী—মকুনী ; মকু অনী।
+অহুম—মকুহুম ; মকু অহুম।
কূ+অমা—কূমা ; কূ অমা।
+অনী—কূনী ; কূ অনী।
+অহুম—কূহুম ; কূ অহুম।
কৈ+অমা—কৈমা ; কৈ অমা।
+অনী—কৈনী ; কৈ অনী।
+অহুম—কৈহুম ; কৈ অহুম।
চগো+অমা—চগোমা ; চগো অমা।
+অনী—চগোনী ; চগো অনী।
+অহুম—চগোহুম ; চগো অহুম।
ষষ্ঠৌ+অমা—ষষ্ঠৌমা ; ষষ্ঠৌ অমা।
+অনী—ষষ্ঠৌনী ; ষষ্ঠৌ অনী।
+অহুম—ষষ্ঠৌহুম ; ষষ্ঠৌ অহুম।

অসীনচিংব।

খোনয়ানা মাণ্ডওইনয়বশু তৌই।

লোক+অমা—লোক্ম ; লোক অমা।
+অনী—লোক্নী ; লোক অনী।
+অহুম—লোকহুম ; লোক অহুম।
লোং+অহানবা—লোংহানবা ; লোং অহানবা।
+অনীশুবা—লোংনীশুবা ; লোং অনীশুবা।

+অহুমস্থুবা—লোংহুমস্থুবা ; লোং অহুমস্থুবা।

কোৎ+অমা—কোৎম ; কোৎ অমা।

+অনী—কোৎনী ; কোৎ অনী।

+অহুম—কোৎহুম ; কোৎ অহুম।

কোন+অমা—কোন্ম ; কোন অমা।

+অনী—কোন্নী ; কোন অনী।

+অহুম—কোনহুম ; কোন অহুম।

কোম+অমা—কোম্ম ; কোম অমা।

+অনী—কোম্নী ; কোম অনী।

+অহুম—কোমহুম ; কোম অহুম।

অসীনচিংব।

ং মাঙওইনরবগু তৌই।

লোং+অমা—লোংম ; লোং অমা।

+অনী—লোংনী ; লোং অনী।

+অহুম—লোংহুম ; লোং অহুম।

চং+অমা—চংম ; চং অমা।

+অনী—চংনী ; চং অনী।

+অহুম—চংহুম ; চং অহুম।

অসীনচিংব।

খঙদবা—অ মাঙকমশিংদা মশাগী শকথ্ৎপ ই অমা হাপ্লবস্থ হাপই।

মচা+অমা—মচাইমা।

কোৎ+অমা—কোৎইমা।

লোং+অমা—লোংইমা।

য়ুম+অহানবা—য়ুমহহানবা।

অসীনচিংব।

অহনগী অ দি থ্ পে।

মী+অহন—মী অহন।

উ+অহন—উ অহন।

মী অহন য়োংনি।

উ অহন লাইনি।

অসীনচিংব।

হন্বা মরোম্নদবা মকোক অমদি খ্বাইগী অহানবা মবোম্নবা অহনগী অ দি থ্পই।

মচা+অহন- মচাহন।

উ+অহন—উহন।

নিংথেম+অহন—নিংথেমহন।

ঙসি মচাহন লোইশং কাম্নক্তে।

উহন উ পূম্নমক্কী অহম্নি।

নিংথেমহন্দি (সুরচন্দ্র) পক্ইকুইনা পানখিদে।

অসীনচিংব।

ং মতুংদ ই লৈরবদি ঙ অমা চঙলবস্থ চঙই। ঙ চঙলবদি ই শকঙম্নি।

কং+ই—কংই; কংঙি।

পং+ই—পংই; পংঙি।

লং+ই—লংই; লংঙি।

অসীনচিংব।

ঙ মতুংদ লৈরবগু তোই।

খঙ+ই—খঙই; খঙঙি।

পণ্ড+ই—পণ্ডই ; পণ্ডি।

মণ্ড+ই—মণ্ডই ; মণ্ডি।

অসীনচিংব।

ং মতুংদ ই লৈরবদি ল অমা চঙই ; ই শকওলি।

কং+ই—কংলি।

চং+ই—চংলি।

পং+ই—পংলি।

অসীনচিংব।

ন মতুংদ ই লৈরবশু তৌই ; ন শু ল ওললগা ওল্লি ; ই দি শকওল্লি।

কন+ই—কনলি ; কল্লি।

চন+ই—চনলি ; চল্লি।

তন+ই—তনলি ; তল্লি।

অসীনচিংব।

প মতু'দ ই লৈরবদি প অনী থোললবশু থোল্লি ; থোললবদি ই কওলল্লি।

কপ+ই—কপই ; কপ্পি।

চপ+ই—চপই ; চপ্পি।

তপ+ই—তপই ; তপ্পি।

অসীনচিংব।

ম মতুংদ ই লৈরবশু ম অনী থোললগা থোল্লি ; থোরবদি ই শকওল্লি।

কম+ই—কমই ; কম্মি।

চম+ই—চমই ; চম্মি।

তম+ই—তমই ; তম্মি।

অসীনচিংব।

ল মতুংদ ই লৈরবদি ল অনী থোলদি ; ই শকওলদি।

কল+ই—কল্লি।

চেল+ই—চেল্লি ।

তেল+ই—তেল্লি।

অসীনচিংব।

রুগী অ মতুংদ ই লৈরবদি অনী পুন্দুনা ঐ ওই।

ক+ই—কৈ।

রুগী ঐ মতুংদ লাকপা ই থুপই।

চৈ+ই—চৈ।

তৈ+ই—তৈ।

পৈ+ই—পৈ।

অসীনচিংব।

ং মতুংদ উ লৈরবদি ঙ অমা চঙলবত্ত চঙই ; ঙ চঙলবদি উ শকওলদি।

কং+উ—কংউ ; কংঙু।

নং+উ—নংউ ; নংঙু।

শিং+উ—শিংউ ; শিংঙু।

অসীনচিংব।

ঙ মতুংদ লৈরবত্ত তোই।

খঙ+উ—খঙউ ; খঙঙু।

চঙ+উ—চঙউ ; চঙঙু।

পঙ+উ—পঙউ ; পঙঙু।

অসীনচিংব।

ঙ মতুংদ উ লৈরবদি ঙ অমা, চঙই উ শকওললি।

কং+উ—কংঙু।

চং+উ—চংঙু।

তং+উ—তংঙু।

অসীনচিংব।

ন মতুংদ উ লৈরবগু তৌই; ন গু ল ওললগা ওললি; উ শকওললি।

কন+উ—কনলু; কল্লু।

চন+উ—চনলু; চল্লু।

পন+উ—পনলু; পল্লু।

অসীনচিংব।

প মতুংদ উ লৈরবদি প অনী থোললবগু থোললি; থোলবদি উ শকওল্লি।

কপ+উ—কপউ; কপ্পু।

চপ+উ—চপউ; চপ্পু।

তপ+উ—তপউ; তপ্পু।

অসীনচিংব।

ম মতুংদ উ লৈরবগু ম অনী থোললবগু থোললি; থোলবদি উ শকওল্লি।

ফম+উ—ফমউ; ফম্মু।

চম+উ—চমউ; চম্মু।

তম+উ—তমউ; তম্মু।

অসীনচিংব।

ল মতুংদ উ লৈরবদি ল অনী থোললি; উ শকওললি।

কল+উ—কল্লু।

চেল+উ—চেল্লু।

পেল+উ—পেল্লু।

অসীনচিংব

রুগী অ মতুংদ উ লৈরবদি অনী পুন্দুনা ঔ ওই।

ফ+উ—ফৌ।

রুগী ই মতুংদ উ লৈরবদি য় অমা চঙই; উ শকওললি।

কাই+উ—কাইয়ু।

চাই+উ—চাইয়ু।

হাঙ্গ+উ—হাঙ্গয়ু।

অসীনচিংব

রুগী উ মতুংদ লাকপা উ মাঙই।

চাউ+উ—চাউ।

রুগী ও মতুংদ লাকপগু মাঙই।

পো+উ—পো।

রুগী ঔ মতুংদ লাকপগু মাঙই।

কৌ+উ—কৌ।

তৌ+উ—তৌ।

লৌ+উ—লৌ।

অসীনচিংব।

ং মতুংদ এ লৈরবদি ঙ অমা চঙলবগু চঙই; চঙলবদি এ শকওললি।

কং+এ—কংএ; কংঙে।

লং+এ—লংএ; লংঙে।

শং+এ—শংএ; শংঙে।

অসীনচিংব।

ঙ মতুংদ লৈরবগু তৌই।

চঙ+এ—চঙএ; চঙঙে।

তঙ+এ—তঙএ ; তঙঙে।

পঙ+এ—পঙএ ; পঙঙে।

অসীনচিংব।

ৎ মতুংদ এ লাকলবদি ল অমা চঙই ; এ শকওললি।

কৎ+এ—কৎলে।

চৎ+এ—চৎলে।

পৎ+এ—পৎলে।

অসীনচিংব।

ন মতুংদ এ লাক্লবগু তৌই ; ন গু ল ওললগা ওললি ; এ শকওললি।

কন+এ—কনলে ; কল্লে।

শন+এ—শনলে ; শল্লে।

হন+এ—হনলে ; হল্লে।

অসীনচিংব।

প মতুংদ এ লৈরবদি প অনী থোললবগু থোললি ; থোললবদি এ শকওললি।

কপ+এ—কপএ ; কপ্পে।

চপ+এ—চপএ ; চপ্পে।

তপ+এ—তপএ ; তপ্পে।

অসীনচিংব।

ম মতুংদ এ লৈরবগু ম অনী থোললগা থোললি ; থোললবদি এ শকওললি।

কম+এ—কমএ ; কম্মে।

চম+এ—চমএ ; চম্মে।

তম+এ—তমএ ; তম্মে।

অসীনচিংব।

ল মতুংদ এ লাক্লবদি ল অনী থোললি ; এ শকওললি।

কল+এ—কল্লে।

চল+এ—চল্লে।

তল+এ—তল্লে।

অসীনচিংব।

ৱ়ৄগী অ মতুংদ এ লৈরবদি অ মকমদা ঐ ওইরবগু ওই ; অদুগা য অমা চণ্ডলবগু চণ্ডই ; চণ্ডলবদি এ শকওললি।

ক+এ—কএ ; কৈএ। কয়ে ; কয়ে

ৱ়ৄগী নীঙ্খোম্ব থোনবু অতৈশিং মতুংদগু য় অমা চণ্ডলগা চণ্ডই ; চণ্ডলবদি এ শকওললি।

কা+এ- কাএ ; কায়ে।

চাই+এ চাইএ ; চাইয়ে।

লাঈ+এ—লাঈএ ; লাঈয়ে।

লাউ+এ- লাউএ ; লাউয়ে।

লৈ+এ—লৈএ ; লৈয়ে।

লৌ+এ—লৌএ ; লৌয়ে।

অসীনচিংব।

ং মতুংদ ও লৈরবদি ও অমা চণ্ডলবগু চণ্ডই। চণ্ডলবদি ও শকওললি।

কং+ও কংও ; কংঙো।

পং+ও—পংও ; পংঙো।

ফং+ও—ফংও; ফংঙো।

অসীনচিংব।

ঙ মতুংদ লৈরবগু তৌই।

খঙ+ও—খঙও; খঙঙো।

পঙ+ও—পঙও; পঙঙো।

শঙ+ও শঙও; শঙঙো।

অসীনচিংব।

ৎ মতুংদ ও লৈরবদি ল অমা চঙই; ও শকওললি।

কৎ+ও—কৎলো।

চৎ+ও—চৎলো।

তৎ+ও—তৎলো।

অসীনচিংব।

ন মতুংদ ও লৈরবগু তৌই; ন শু ল ওন্নগা ওললি; ও শকওললি।

কন+ও - কনলো; কল্লো।

চন+ও—চনলো; চল্লো।

পন+ও—পনলো; পল্লো।

অসীনচিংব।

প মতুংদ ও লৈরবদি প অমী থোললগা থোললি; থোল্লবদি ও শকওললি।

কপ+ও—কপও; কপ্পো।

চপ+ও—চপও; চপ্পো।

তপ+ও—তপও; তপ্পো।

অসীনচিংব।

ম মতুংদ ও লৈরবগী ম অনী থোনলগা থোললি ; থোললবদি ও শকওললি।

কম+ও—কমও ; কম্মো।

খম+ও—খমও ; খম্মো।

চম+ও—চমও ; চম্মো।

অসীনচিংব।

ল মতুংদ ও লৈরবদি ল অনি থোললি ; ও শকওললি।

কল+ও—কল্লো।

মল+ও—মল্লো।

শল+ও—শল্লো।

অসীনচিংব।

র্‌গী ই মতুংদ ও লৈরবদি য় অমা চণ্ডলবগী চণ্ডই ; চণ্ডলবদি ও শকওললি।

চাই+ও—চাইও ; চাইয়ো।

ফাই+ও—ফাইও ; ফাইয়ো।

হাই+ও—হাইও ; হাইয়ো।

অসীনচিংব।

খোনবু মতুংদ লাকপা কাণ্ডলুপ মকোক চংপ ময়েক মকমদা মশা মশাগী কাণ্ডলুপ ময়াইথংব মযেক ওই

| | |
|---|---|
| ক+ক্য—কগা। | চে+পাং—চেবাং। |
| চা+চুম—চাজুম। | চৈ+তা—চৈদা। |
| পি+তুম—পিছুম। | পো+পা—পোবা। |
| লী+তা—লীদা। | কৌ+তনা—কৌদনা। |

অসীনচিংব।

**থজলবা**—কোগী ও মতুংদ লাকপা কায়গী ক. পীগী ঐ মতুংদ লাকপা পাগী প, লৈগী ঐ মতুংদ লাকপ পীগী প দদি থককী পথাপ চঙদে।

কো+কায়—কোকায়।

পী+পা—পীপা।

লৈ+পী—লৈপী।

অসীনচিংব।

কোকায় ফত্তরে অমত্ত শাবিয়ু।

ঐখোয় পীপা শান্নরি।

ফক্লাং লৈপী তৈবা লোইরে।

লৈগী ঐ মতুংদ লাকপা পাক কী প দি ব ওইরবত্ত ওই।

লৈ+পাক - লৈপাক। লৈবাক।

নাত্তোললম্বীনবা ময়েক মতুংদগু কাগুলুপ মকোক চংপা ময়েক মফমদা মপা মপাগী ময়াই-চংপ ওই।

কং+তা—কংদা।

কঙ+তগী—কংদগী।

পন+পান—পনবান।

ফম+পান—ফম্বান।

অসীনচিংব।

**ন** শাগৈ মতুংদ প লৈরবদি প দা ব ওইবদা নত্তনা **ন** শাগৈদসু **ম** ওইরগা ওই।

কান+পী—কানবী; কাম্বী।

য়েন+পী—য়েনবী; য়েম্বী।

ষণ+পী—ষণবী; ষব্বী।

অসীনচিংব।

খজদবা—উন নচিংবগী ন মতুংদদি প দাব মওই; মঁদি হোংদে।

উন+পী—উনবী।

উন+পী—উনবী।

অসীনচিংব।

অসীনচিংব অসীনচিংব।

---

